# শম্বল অমসুং অতোপ্পা ৱারীশিং

কাংজম পদ্মকুমার



রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

**SHAMBAL AND OTHER STORIES**
*— a collection of sixteen short stories in Manipuri language*
by shri Kangjam Padmakumar Singh

3710
27.1.97

*অহানবা ফোঙবা* : আগষ্ট ১৯৯৬

*ফোঙবা* : অইবা মশানা রাইটর্স ফোরম,
বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড,
ইম্ফাল — ৭৯৫ ০০১ গীদমক ফোঙবা

*কপি মশীং* : ১০০০

*ছাপা নম্বা* : পদ্মা প্রিন্টর্স (কম্প্যুটরাইজ)
পাউনা বাজার, ইম্ফাল

*মখুম য়েকপা* : সাপম নন্দ, উরিপোক

*মমল* : লুপা ৪৫/-

অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং

*সন্ধ্যাগী ইশৈ (শৈরেং ১৯৭২)*
*মসিনা ঐগী অরোইবা রানি (শৈরেং ১৯৯২)*

# ফোরমগী মায়কৈদগী

খৃঃ চহী ১৯৮৮ দগী হৌদুনা রাইটরস ফোরম্না হৌজিক ফাওবদা মণিপুরী অইবা/কবি ৪০ গী লাইরিক ৪০ ফোঙদোকখ্রে। লোয়ননা চৎলিবা চহীসিদা ফোরম মশাগী ওইজবা 'মণিপুরী সোর্ট ষ্টোরিজ' অহানবা ভোলুম (ইংরাজি লোন্দা হন্দোক্লনা ফোঙবা) লাইরিক অসিগা থানা পুন্না লাইরিক ৪১ মীয়ামগী খুৎতা শিন্নজখ্রে। হন্দক পুথোকচরিবা শ্রীকাংজম পদমকুমারগী ব্বারীমচাগী লাইরিক 'শম্বল অমসুং অতোপ্পা ব্বারীশিং' অসিনা ফোরমগী ৪২শুবা খুদোলনি।

সাহিত্যগী মশুণ লৈবা লাইরিক ফোঙদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈদা হাপচিন্নবা অমসুং অইবা মশানা লাইরিক ফোঙজবদা থেংনরিবা খুদোংচাদবা কয়া কোক্লবা হোৎনবনা অইবশিংগী মরূপ অসিগী মপুঙওইবা পান্দম্নি। শেন্দোং তানবগী ব্বাখল লৈজদে, অইবা মশেল খুৎশম্নদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পোখোক পুথোকমিন্নবনি।

নহা ওইরিঙৈ পুন্সিগী তামহৌরবা হিদেন তাফমশিংদা হঙ্গৎনা চৎখৎতুনা নুংঙোল্লবা থম্মোয়গী মপাউ কয়া পুরক্লিবা ঈচেলগুম্নবা শ্রীপদ্মকুমারগী ব্বারীমচাগী লাইরিক অসি মীয়ামগী খুৎতা হরাও তয়ান্না শিন্নজরি।

*ইম্ফাল,*

৮ আগষ্ট, ১৯৯৬ ইং

**বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম**

*জেনেরেল সেক্রেটরী*

রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল

# অইবগী ৱারোল

ঐনা করিগী ৱারী ইরিবনো? ইদবা ঙমদদুনা ইরিবনি। পুন্সিদা থেংনবা অশেংবা থৌদোকশিংনা ঐবু কলম পায়হল্লি। নুংশি নুংশিরবা মীশক খরা মরক মরক্তা নীংশিংঙকই, মঙ-হাদসু করিগুম্বদা উরকপা য়াওই। খুয়া-তুশিংনা তুমলগা নোংঙাল্লমদাইদা মতম চানা মিংকপ থোকপা নুমিত্তুদি ঐগী পুক্নিংসি হৌখ্রবা ৱারী-ৱাখোঙনা পীক থল্লি। পুন্সিগী অৱাবদি, চুম্নগী মখোয়গী মশক-মতৌ উরকপদা নত্তে, মখোযনা ঙাংলম-শারম্বা ৱাহৈ খোঞ্জেলগা লোয়ননা তারকই। 'ইবুংঙো, নং ইশৈ লেংবা হৈত্রা? অমতং লেংঙু, ঐ শক্কে।' মরুপ ওইনা লোয়নবা য়াম্লুং অমনা নোংমা ঐঙোন্দা হায়খিবনি। মহাক শিখিবা কুইরে। মমা পুক্নুংগী ওইনা মাগী মথক্কী চিনবান কায়, ফোৎপগী মমি তাই। যেংবদা ফজদবদি তৌদে। মাগী নাকোংগী তাশিন-লৌশিনবগী শক্তি অসুক্কী মতিক কল্লি মহাক্না হেক পুক্নিং চংনা তারুবা ইশৈগী অরুবা খোম্লোক মাগী পুক্নিংগী নাকোংদা বেকোর্ড তৌদুনা থমহৌবগুম, হার্মনী অমা পায়রগা ময়েক য়াওদনা সুরখক্তদা শক্তোকপা ঙমই। ইংনা নুংশিবা খোঞ্জেলনি, লাপ্না মাইক্তা মহাক্না ইশৈ শকলকপা তাবদা, মাগী খোঞ্জেল ঐ খুদক্তা খঙই – হৌগত্তুনা ঐ মফমদু তাম্না চেল্লি। অদুবু, ঐখোয়না উদবা থৌওইনা খন্দবা মাগী চিনবাল অদুতবু মহাক্না ইকাইদুনা ইচং থৌনা মীমাং থোকপা ঙমখিদে। পিথোরকপা মাঙোন্দা লৈবা ইশৈগী মহৈ অরেম্বদা মাঙহনখি। য়াম্না নৌনা শিখিবা মী অমবুসু ঐনা মরক মরক্তা নীংশিংঙকই, য়াম্না নক্না তোৎন-তিন্নরুবা মীসু নত্তে। অদুদি করিগী মাবু কাওবা ঙমদ্রিবা? মাগী মমিৎসি থৌম্রে। পেন্সিল মতেক অমা পায়রগা চুম্নগী অচম্বা লেখাবয়দা য়েকপা মাগী লাইদা য়েংনিংবা হেক্তা পোকই, কলাগী খুৎশেম অমা ওইনা ফন হেক্তা চোংথোকই। জগৎসি মাগী মমিত্তদি অমম্-অঙান অনীতনা শাগৎপা ফজবা পোৎ অমা ওইনা উখি। য়াম্না নুংশিনা ইশৈ শকপা ঙম্বা মীশকনি মহাক্তি, থোইনা ওজা নাইনা তম্মুবসু নত্তে। নুপী-নহা থিখিদ্রবা, কলাদা মপুন্সি কৎথোক্লবা ঐগা পিক্নিকৈংদগী তিন্নরকপা মিংকুপ্তা শ্বায় মাঙখিবা ঐগী মরুপকী লংবা মপোক্কু খল্লুবদা খমথেংনা নুংঙাইত্তে। মাগা লৈমিন্নবা, মাগা চৎথোকমিন্নবা করিগুম্বা আর্ত গেলেরী অমদা মখল মখলগী অয়েকপা লাই-তিন য়েংবগুম্বনি। নুপানি জগোয়দা মথ্বায় লুপ্তুনা লৈজবা। জগোয়না থল্লবা কল্লনাগী

জগৎ অমদা পূমঙাও ঙাওজবা মীনি; শরদ্ধ-শয়াং পান্দবা মীশক্তি। সত্যবু ঐনা ওইদবনি লৌখি — মহাক ঐনা শিহননিংদে! পুন্সিগী কেনভাসতি ঙমখৈ নাইদে। পুন্সিদা থেংনরকপা মচু, চুমথাংগী মচু তরেৎনা শিনবা য়াবা নত্তে, মচু কোটিনি। পৃথিবীসি অশিবা অমসুং অহিংবা মীগী ব্বারী-ব্বাখোঙ্না থল্লবা লৈবাক্নি। পুন্সি অসিমক, মীনা মীরক্তা হিংলিবা অসিমক অচৌবা কলা অমনি। নুংশিবা, চান্নবা, অরোনবা অথুপ্পা, ফজবা অথিবা ব্বারীগী হৌফমনি। ব্বারী ইবা নুংঙাইরবা কলা অমনি।

ব্বারী ইনিংবগী বেকগ্রাউণ্ডসি থিবকপদা ঐনা শেংনা হায়নিংবা অমা লৈ। ঐ মতম অমদা ব্বারী য়ান্না পাখি — অমগী মথংদা অমা কোয়থি থিদুনা। থব্বায় য়াওনা পাখি। ব্বারীমচা ইবসি কলা অমনি ঐ চপ চানা খঙবা ঙম্মকখি। মো পাসান্তনা, রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা, চেখোভনা, মমিং কাওখ্রবা কয়ানা ঐবু মখোয়গী ব্বারীগী লৈবাক্তা কোয়পু পুদুনা চৎখি। নুংঙাইখি কান্নবা খোঙচৎ ওইখি। মবুক শিংপা ঐগী পুন্সি মবুক থনবগুম ফাওখি। পাবগী অশেংবা ভ্যেলু ফংখি। ব্বারীশিংদো য়ান্না কাওখ্রে, করম্বা ব্বারীনা কনাগীনো হায়বা ফাওবা ঙমদবা য়াওরে। ঐনা থব্বায় তাবা ব্বারীবু অচৌবা পণ্ডিতনা থাগৎলম্বা থেংনরুবদা ঐ নুংঙাইজে — ঐগী সাহিত্যগী চিলহাও খঙবগুম তৌই। মো পাসান্তগী ওইরমাল্লে খল্লি 'মিস্ হেরিয়েৎ' কৌবা ব্বারী মচাদো। সহরগী হব্বা-নুংশিৎ ফঙদ্রবা, চয়েৎনবা পুক্নিং থম্মোয়গী লায়থুং পক্তবা খুঙ্গংগী মীগী নুংশিবা ব্বারীনি। অঙৌবা চেবাংগুম নুং-পাল অনীমক তরু তরুবী চন্নবা নুপী-মচা অমগী ব্বারীনি। মহাক্তা লাইয়েকপা অমগা ভারা চাদুনা হিংবী নুপী অমগী ময়ুমদা থেংনখি। লাইরোল-লাইব্বা শন্দোকপনা মাগী পামজবা মথৌনি। মাগী মিৎয়েংদা নুপা অদুবু ব্বাংনা উখি অমোৎপা লৈখোমদা ওন্দুনা হিংলিবা সমাজগী ঙমখৈ লান্দুনা জগৎকী অঙকপা ফজববু কলাগী মতেংনা থিরিবা। নুপা অদুবু মহাক্তা পুকচেল তিংনা নুংশিখি। নোংমদি উরুই শগোল শঙ্দা, থবল মুৎশি-মুৎশি থোকপা অহিংদা, নুপা অদুগা নৌনা লাকপা নুপী অমগা লৈমিন্নবা — মকা ফন্না শাৎলবা লৈরাংদা খোইমুনা ঙাওজবা। ইখঙ্ খঙহৌদনা মাঙখ্রবী নুপী মচা অদু নুমদাংব্বাইদা অঙৌবা ফিজোলগা লোয়ননা গুহা মনুংদা শিনা ফংখি। অহিং চুপ্পা লাইয়েকপা নুপা অদুনা হেরিয়েৎকী অশিবা হকচাংদু উখাদা থমদুনা শংখি, নোংঙাল্লকপা ঙাইখি চৎনবী ক্রিয়া কর্ম্ম পাঙথোক্লবা। অথেংবদা অহিংদা লাইয়েকপনা নুপীমচা অদুগী থম্মোয়গী অথুপ্পা মশক অমা উরকখি, থম্মোয় ফাজিনবা ঙমদনা অশাবা পিরাং শিঙ্খি। 'কনত্রি এক্সকরসন' (খুঙ্গংদা কোয়বা) মীনা শিংথানৈ। অচুম্বা অমনা ব্বারীসিগী থব্বায় হাপ্পনি। অপাম্বা, অনিংবা, যৌরাংবা পুক্নিংগী লক্ষণনি। অশেংবা পুক্নিংগী অকনবা ঈথক-ইপোন্না মীবু য়াই থাবদা ব্বাখল চোইদবা লৈতে, মুনি-ঋষি ফাওবা পঙথদবা ঙমদে। হায়নরিবনি তুমনিংবনা মুল্লবা

মমানা মচা শুন্বগী নাওথেমখোল তাবদা তুমনিংদবা অঙাং মিৎকুপ্তা তুমই। 'বিয়েল মূদ' (real mood) এক্সনগী সাবথীনি। মী চিক্লবা খুঙ্গংগী পাৎ থাবলনা শুঙ্কৎযাই ওইহল্লি। নুংশা শোবগী অশাবা লোয়নরবা নুপাগী নাপচিকপা চিবোল তাবদা হিদা কোযবা লাক্লিবা নুপী অমসুং মাগী মচানুপী খূদক্তা নুংঙোলখি অমসুং লাংদা থুখি। অব্রাবা রাখল পঙ্গেং যৌনা শৈথাবা ইশৈনা খ্বাইদগী নুংশি, কবি শেল্লীগী ব্রাহেনি। রাখল পবিং অসিদা ববীন্দ্রনাথকী ব্রাবী অমা মমিং-মথা কাওথ্রবসু নীংশিংঙকই। মিত্তা উবকই খুঙ্গংগী নুপী মচা অমা, মন্নুংঙোগী সেবাদা মথ্বায় লুপচবী। নুপাদুনা মহাকপু শ্লেট-কাংগ্রু শিজিন্নদুনা মপী লাইবিক তম্বীখি। চহি শাংনা জেলদা লৈরুবগা, অহানবা হেক জেলদগী থোবকপা নুমিৎতুমক্তদা কার অমা গেটতা থাদুনা নুপা অদুবু ওকপা লাকখি। ব্রাবোল খবা হোদোক্লববা মতুংদা নুপা অদু গাডীদা পুদুনা লাব্রগা অচৌবা ইমুং অমদা ইকাইখুম্ননা পুশিন্দুনা ফমহনখি। মী অমতা লৈবমদে। নুপা অদুনা অসুম কোযেং যেংবদা উবকখি — থাইনা মহাব্রা নুপীমচা অমদা মযেক ইবা তম্বীবদা শিজিন্নখিবা শ্লেট অদু। মকোক খুম্নবী মৌ অমা থোবক্তুনা মাগী মখোং শোক্লা খুরুমখি। লুখ্রাশিংদা চল্লবী মৌ অদুগী মায়থোংদা অসুম য়েংশিল্লুবগা নুপা অদুনা উবকখি — মাগী মমাংদা মতম অমদা কাতু-কাবল চত্তুনা মাগী সেবা তৌখিবী পিক্লিবী নুপীমচা অদু। মহাব্রা মৌ অদুগী মচিন্দগী হৌখ্রবা মতমদা থোকখিবা থৌদোক খবা খঙখি। 'ডাক্তব' এনতোন চেখোভনা ইবা ব্রাবীনি হায়না খল্লি। মচা শিবগী ঙাওদুনা লৈবিবা ডাক্তব অমসুং মাগী নুপীগী ফিবমনি। অহিংনি অশিবা মচা শঙলিবনি, নোংঙাল্লগা হৌনবী থবক পাঙথোক্কদৌবিবনি। তাঞ্জা অসিদা নুপা অমা মাগী নুপী য়াম্র হকচিন্না নাদুনা লৈবে হাযদুনা ডাক্তবদুবু কৌবা লাকখি। মাগী নুপী মতোমতনি, থাদোক্তুনা চৎপা যাদবা ডাক্তবগী অরুবা ফিবমদু নুপাদুদা হোদোকখি। মহাব্রা হন্না হন্না হাযজববা মতুংদা ডাক্তবগী থম্মোযদা মিনুংশি ফাওবকখি। ডাক্তব পুদুনা মাগী মযুমদা য়ৌবদা মাগী নুপীদি অতোপ্পা নুপা অমদা চেনখিবমলে। তাৎ তৌদুনা নাশিন্নবগা মপুবোইবা লৈত্রিঙৈদা চেনখিবনি। ইকাইবনা চংশি শিরবা নুপা অদুনা ডাক্তবগী মমাংদা চপ লেপ্পুনা লৈখি। নুপা অদুনা মমিত্তা উবকখি — থম্মোয কায়ববা ডাক্তব মতৈ মনাওনা অশিবা মচাগী হকচাং শংদুনা লৈবন্বা ফিবম, নুপী মথস্তা অকিবা খাঙদুনা লৈহৌবা, চৎসি য়াদ্রবা ডাক্তবদা হন্না হন্না হাযজখিবা। অব্রাবনা ব্রা ঙাংথোকপা ঙমদ্রবা নুপাদুগী ফিবম ডাক্তবনা খঙই, মাগী নুপী কায়নবগী অনৌবা মৈশা লাংঙি হায়বসু উই। অদুবু মাগী পেন্দবা ব্রাহে অমদি ফোঙদোকলমলগা ডাক্তব অদু চৎখি। নুপা অদু তিংদম শিনা ইকাইখি, মাগী অব্রাবা অসিনি হায়ফম খঙখিদে।

অবোইবদা, ব্রাবীমচা অমা অনী ইরবগী মতুংদা কুইনা মাযগৈ অসোমদা চংঙুদবগী মবম লৈ। নীংশিংঙুবদা হৌজিক নুংশিবকই। লাইবিক ইবা মীশক খবনা ঐবু নুংশিবীবদগী মখোয়গী খুইদা লৈবা পোৎশিং পামিন্নবা অমসুং তাথোক-তাশিন

তৌবদা মায়গৈ অশোমদা ঐনা চায়েংজনবগী মতম ফংখিদে। কপ্লোক-নানথোকপা য়াদবা জীবিকাগা মরী লৈনবা অমসুং লৈনদবা সাহিত্যগী লমদগী হেন্দোক্লুনা ওর্গানাইজেসন কয়ানা ঐবু নমদুনা পুশিনবিখি। অশংবা মতম ফংখিদে। অচৌবা মরম অমনা, য়াম্না নৌরিঙৈদগী অহল-লমলশিংনা ঐবু 'কবি মচা' কৌবী, শৈরেং ইবা মীশক অমা ওইনা লৌবিখি। সাহিত্যগী সংস্থনশিংনা, রেডিওগী (ইম্ফাল ব্রাঞ্চ, অল ইণ্ডিয়া গৌহাটিদগী হৌরদুনা) থবক পুবা মীশিংনা ঐবু শৈরেংতম ইহনখি। মরম লৈতবসু নত্তে। হাইস্কুলগী ছাত্রমচা ওইরিঙৈদা ঐনা সম্পাদন তৌদুনা শৈরেংগী লাইরিক 'পোমশাৎনবী' ফোঙখি (খৃঃ ১৯৫৪)। শৈরেং অয়াম্বা শেমদোক-শেমজিন তৌখি – অইবা ইমান্নবশিংনা ব্লারৌনখি, ব্লারু-নুংজু থোকখি। ঐগী উদেশ্য অমা লৈবনা মখোয়গী অনিংবনা ঐবু চিংদুনা পুবা ঙমখিদে। খৃঃ ১৯৯৫ গী মনুংদা অতেনবা ৱারীমচা খরা ইখি। 'শম্বল অমসুং অতোপ্পা ৱারীশিং' হায়বসি ৱারী তরাতরুক্কা শাবনি। ভোল্যুম খরা চাউহন্নিংবনি, চৎতবা য়াদবা ইমুংগী অচৌবা শেনফম অমা মখোঙ্ থাঙ্গত্তুনা লৈবদগী, লেমহৌরিবা ৱারীশিংগী মথক্তা অনৌবা খরা ইরগা ৱারীমচাগী অনিশুবা লাইরিক অমা ফোঙ্বা হায়বা ৱাখলসিদা পেপ্লোকপা তাখি। হন্দক ফোঙলিবা লাইরিকসিগী মনুংদা ৱারী অনীদি চহি কয়াগী মমাঙদা ফোঙখ্রবনি, মমিংশুস্বদি হোংলে। লাইরিকসি ৱারী ইবগী কলাদা ঐগী অহানবা চাংয়েংনি। অপাবগী মত, কমেন্ত যৌরাংনা ঙাইজরি মতুং ইবদা পুক্লিং লৌশিং ওইজগে হায়দুনা।

থবক্কী মৈশা মরক্তা লাইয়েকপগী অরূবা পোৎলুম অমসু হাপচিন্দুনা মখুম য়েকপীবা ঐগী পাঠশালদগী তিন্নরকপা মরুপ শ্রীসাপম নন্দ অমদি পদ্মা প্রিণ্টর্সগী ইচাশিংবু লাইরিকসি পুথোকপদা তেংবাংবিবগীদমক ঐনা থাগৎচরি।

*ইম্ফাল, তাং ৮/৮/১৯৯৬* **শ্রীপদ্মকুমার**

# য়াওরিবশিং



০ ০ ০

# চীংয়া-তময়া

কাংপোকপীদা থম্বালনম্বীগী হোটেল মমিং চৎলি। হায়নৈ অহানবদা মহাক মফম অসিদা খোংনাং অমগী মখোঙদা পোৎফম অমা ফম্মম্মই। মদুদগী হৌদোকখিবনি। মতম শাংনা আসাম ব্যাপার চৎলক্লবা, হাফলোংদা ফি য়োনবা তোয়না চৎপা করবাব-ন্নালাশিংনা মহাকপু খঙদবা য়াওদে। মহাক মশামক্লা চা লোল্লমই; পুজারী ওইনা ওইনা মাগী হোটেলদা চংঙকপা মীশিংগী সেবা তৌরমই। অচৎ-অথোক মীশিংনা মাবু উবসি অয়াম্বা মতমদা মহাক শালু অঙাংবা, শালু অশংবা শেৎলি; সনাবৈ মচুগী মপাল অশংবা চনবা ফি মতেক, খুঁদৈরাংবা মতেক তরু তরু যাম্না ইনগল্লি। নোং ফুং ঙানবদগী তুলসীবোংগী মূর্ত্তিকা মরায়বক্তা নম্ব্রগা অয়ুক, নুংথিল অমসুং নুমদাং খাযদনা মহাক থবক্কী মৈশা লাংদুনা লৈ। মাগী হোটেলদা চঙবসি মী মখল শুই – গৌড়ীয়া তৌবা বৃন্দাবন চৎপা অহল-লমলদগী হৌরদুনা ড্রাইভব. লল্লোল-ইতিক তৌবা মীশিং, লম-কোয়বা চৎপা নহারোলশিং, অকোযবদা লৈবা চীংগী ইচিন-ইনাওশিং। মাবু মীনা অসুক য়ারিবসি করিগীনো? মশক-মতৌ ফজবদগীবা? মরাহৈ-খোনফম নুংশিবদগীরা নত্রগা মফি-মরোল তরু-তনানবদগীবা?

চুম্মী, থম্বালনম্বী হেক উবদা মোৎতাই-শুদাইনবী শেংনা ঈরুজ-মায়থজদবী নুপী মান্দে। ইম্ফাল সহবদগী লাকপা অতৈ নুপীশিংদি মফম অসিদা হেক লৈবগা অনৌবা পুন্সি অমা হৌই হাযবা যাই। নোংঙানবগা কমদৌবিবা জাৎনো খা হেক্তা চাদুনা থোক্করকই, মখোয়সিবু ঈরু-মায়থরমগদ্রা খল্লুবদা চিংনবা পোকই। ঐনা অসামদা ফি য়োনবা চৎপা হৌখিবসি নুপী থিরবা মতুং নুপামচা অহলসি পোকপা অদুব্রাইদগীনি – চহি কুপ্পামঙারোম শুবম্রগনি। অদুগা ঐনা থম্বালনম্বীবু উরকপসি চহি তরা কল্লে। ড্রাইভর অমনা পুবকক্কুনা মফম অসিদা মহাকপু থম্ব্রগা, নুপা অদুনা মাগী মনাক্তা নুমিৎ খরা লৈ, ইম্ফালদা খরা লৈ, চৎন-থোক্লা লৈমিন্নবম্রগা মতুংদদি মশক উৎলখিদ্রে, মহাকপু হুন্দোকপিরমলে। মতম অদুব্রাইদা থম্বালনম্বীনা

শুগে হায়না শুরবদা চহি তরাতরুক তরাতরেৎ মশুাই। শুসি উবদা মিৎয়েং হূনিংঙাই ওইরিবা, য়াম্বগী মথক্তা নীংদূ মখা তানা শাংলিবা মাগী মশমসি লেংপাক্তমক য়ৈরম্মী। ঐনা মাগী হোটেলদা চা থকপা হৌখিবসিগী মবম নৈ। মাগী হোটেলগী চা মহাওসি ময়ামগীদগী তোংঙান্না তাই; ইম্ফাল সহরগী অদুক য়াম্না হোটেল লৈরিবশিংদূ মাগী চামুক হাওবা অমতসূ থেংনদ্রি। ইম্ফালদা য়ুমদা লৈবা মতমদা মাগী চা থক্লিংঙকপা য়াওই। চা অহাওবা থক্কনবা মীনা মাঙোন্দা হংবদা মহাক্না খুমই, 'ঐগী চা মনাদি দারজ্লিংগীনি। সপ্লাই তৌবিনবা খঙনবা মী লৈ।' মবম অমনা মহাক মশা নাল্লি, চন্দন মতেক অমতা ওইরবসূ মওং তানা থিনগল্লি; নোংমা ফাদোকসূ তুলসীবোংগী মূর্ত্তিকা নম্বা উই। লাইনা য়ারোই, মীগী মশক হায়বসিসূ লুখ্রে। মহাক হেক উবদা য়েংনিংবা অমা ঐঙোন্দা পোকই। মাগী হোটেলদা তোয়না চঙবা মী অতৈসূ মাগী মশক-মতৌ য়েংনিংবা, মানা ঙাঙ-শকপা তানিংবা মীগী মশীংনা অয়াম্বনি। থম্বালনম্বী চাও-শাংবদা য়ায়মরক নত্তে, ঙারোয় শাবালদা লম য়ৌনা নিল্লি। শালুংঙাঙবা ফনেক অমা ফিদোন চিংখক্লুনা শেৎলগা ফুরিৎ লিৎতনা ওল্লাং-থাদা মহাক্না হোটেল মনুংদা মীশিংগী সেবা তৌবদি অউবা মীগী মপুক্লিং লোল্লা থুপ্না মরোল লোনবা, মিৎয়েং চোইবা য়াওরিগনি খল্লি।

ব্যাপাব খোঙচৎ খুদিংগী মাগী হোটেলদা চংথোক-চংশিন তৌবদগী মাগা ঐগা শকখঙনবা হায়বদূ ওইরে। ঐবু হেক উবদা মহাক্না 'পাবুং লাক্লববা' হায়না তরাম তবাম কৌই। করিগুম্বদা মহাক্না ঐঙোন্দা তপ্লা ফি পীবদা হরাও হরাও পোৎ অদূ য়েংলগা হায়, 'ঙসিদি লুপা অমা শেন্দোং হাপ্লবনি' হায়দুনা বক্সিদগী পৈশা লৌথোক্লুনা ঐনা লৈদ্রবসূ নমদুনা ঐগী ফুরিৎখাওদা হাপই। চাগী মমল লৌ য়াদবা নুমিৎসূ লৈ। পীজ-পীথকপগী ব্না ঙাক্তা নত্তে, লাইবক-সা তিন্নবা হায়বা অমসূ লৈ। ঐনা খল্লি নুংশিদা নুপীমচাসে, ইচা-ইমৌগা ওইবল্লবদি পেনগনি। য়েংবদা মশক্লু নুংশিবা অমা পোকই, য়াব্না খোঙ্গোক অসুক্কী মতিক থোৎ-নৌই তাবদা পুক্লিংগী খোয়রাং-খোয়শাওবা কোক্ই। নোংমা ইম্ফাল থোরকপা খোঙচত্তা হব্রাগাড়ী বেরা তৌদুনা মাগী হোটেলদা ঐ লেকই। লংফৈদগী ব্নানা য়ুম য়ৌরকপদা ইমুং মনুংগী মীনা সেবা তোবগুম মহাক্না ঐগী সেবা নিংথিনা তৌই। মী-পোং চঙবা লেপ্লবা মতুংদা হয়েং ঙন্না হোটেলগী থবক হৌবা য়ানবা অথেংবা নুমদাংদা মীয়ায় চল্লবী নুপী অমনা কবী, আলু, মরোয়-মপাং শেমদোক্লুনা মফম চানা-চানা থম্বা উই; নুপামচা অনীনা কপ্-প্লেট পুমখম তেঙ্গোৎ ফেংদোক চামথোক্লুনা হয়েংগীদমক

তয়ারিদা থমই। থম্বালনম্বীগী হোটেলদা দুকান মচা অমসু নপুনা মহাক মশামক্না ফমই। মহাক খুদোল লৈবাক তাদনা নোমই হায়বমক য়াই। হোটেল মমাঙদা থারিবা বেঞ্চতা ফমদুনা হাকচিৎ লাংনা লাংনা ঐনা মখোয়না তৌরিবা থবকশিংদু য়েংই। মহাক থোরক্কুনা টুল অমা থাদুনা ঐগী নাক্তা ফমলে। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়,

'পাবুং, হন্দক্কী খোঙচত্তি কয়ামুক কান্নে।'

'ইবেম্মা, ইপাগীদি খোঙচৎ খুদিংগী লুপা চামঙা-চাতরুক ফংলগা লোইরে, অহেনবা খক তান্নুদে। মী খ্বাইদৌনা নোংজু-নুংশা মরক্তা নম্বো পুদুনা য়ুমথোং খুদিং চঙদুনা য়োনবদু ঙমদ্রেদা।'

'পাবুং, অদুনা ফৈ। খোঙচৎ য়াম্রগা লোইরে। মী অতৈদি চহি অমদা খোঙচৎ অনীদগী হেন্দবা মাল্লি। পাবুংদি মরি-মঙাদগী খক তারমলোই।'

'মচা-মশু য়োকপা ঙম্নবা হোৎনবসে ৱাখ্রবা থবক্নিদা, ইবেম্মা! নুংশানা হকচাংদা ফি থোংবা ঙমদ্রবা মৈপোক মৈহৌবশুম শারবা আসামগী মফম কয়াদা চত্তুনা ফি য়োনবদা হকচাংসি কেমখ্রবনি। ফাক্তোক-শেত্তোক্কুনা য়েংবমখৈ য়েংলগা লৌবিদবনা অয়াম্বনি। শিকি অমা তোংনবা হোৎনবদা খায়াৎ কোঙ্গোল কাদ্রি ফাওবা ঙাংলিবনি। লৌনিংবগা পিনিংদবগা অনীগী লালদি নংনা খঙলিবদু মঙায়। শাওনদুনা ফি য়োন্দবনা কোঙগায়নি।'

'পাবুং, চহি কয়াদগী আসাম ব্যপার চৎলকই।'

'কুইরেদা, ঐবু পোকপা কাকা ইমা লৈরিঙৈদগীনি। অহল অনী থুপখ্রে। ইশাগী চহি কুনমঙা অদুৱাইদগী মীগী মতুং ইন্দুনা চৎলকপনি।'

'তাবদা নুংশি পাবুংগী ৱারীসে। অহল অনী লৈখিদবনা কয়া কুইখ্রবা? ভুপেন, পাবুংগী চা অমা হাওনা শেম্মকউ।'

'ইমাদি য়াম্না কুইখ্রে। কাকা থুপখিবদি চহি মঙাতা মঙায়রি। ঙাইখো ইবেম্মা, ঐদি নংগী মরমদা করিমতা খঙদে, নোংমতসু নংঙোন্দা হংবসু তৌদে। ইবেম্মবু কদায়দগীনো? অহল-লমননা করি মিং কৌবগে?'

মহাক ঐঙোন্দা য়েংঙকই। তুমিন্না ঙাইহাক লৈরুরগা মহাক্না খুম্মকই,

'পাবুং, ঐগী মপোকসে ওয়্যোক্না ফৎলকখিদ্রবা জাৎনি। ইপা ইমা অনীমক শিখ্রে। ইমাদি মশক ফাওবা খঙহৌদে। ঐ লম্বাল খুলদা পোকপনি।'

'লম্বাল খুলগী কদাইৱাইদা লৈরম্বগে?'

'নুংশিখ্রেদা পাবুং, লমদম অদু। লৈকায়গী ইমান্নবীশিংগা কুমগী অহানবা নোং লাকপদা লবুক্তা চেন্দুনা শান্নখিবা, মাগুপ মচি অমদা ফমদুনা ঐখোয় ময়াম খুন্নোকপী শান্নদুনা কালেনগী নুংশা খাঙমিন্নখিবা, কৃষ্ণজন্ম, থৌবাণী জন্ম নুমিত্তা চবা হেন্দুনা লীক্লোল শান্নখিবা, অমতা চিংথদনা নীংশিংলি। নোংমতদি চত্তুনা যেংগে দিবানিশি খল্লিবনি ঐনা।'

মাগী পাওখুম, মাগী যাব্রা খোনফম তাবদা, ঐগী থম্মোযদা লুপ্লবা পোৎলুম অমা নম্বকপগুম ফাওই। থম্বালনম্বীগী মিৎলুদা থম্মোয়গী অশাবা ঈফুৎ ফাওবমগদ্রা খল্লি। অমম্মবদা ৱাবী শাবনি, মাগী মায়থোংগী শকফম উবা ঙমদে। ঐনা মাঙোন্দা হায,

'ইবেম্মা, মতম অমদা, মফম অমদা থোকখিবা লকানুংদা য়েক্তুনা লৈহৌবা মূর্ত্তিবু নীংশিংলুবগা, হৌজিক্কী পুন্সি হুন্দোক্তুনা হৌখ্রবা পুন্সিদা হনগত্তুনা লৈনিংবা পোকই। অতিয়াদা পাইবা চেক্লানা তৃ-ফাং খপ্লা লেপ্তুনা চপ লেপ্তুনা লৈবগুম, হৌখ্রবা পুন্সিগী ৱাখলগী ঈবৈদা ঙাইহাক তুংদুনা লৈবদা অৱাবা, নুংঙাইবা, নুংশিবগী অনৌ-অনৌবা অর্থ ফংবনি।'

'পাবুং, নংগী ৱাঙাং তাবদা পুন্সিগী ঈচেলসি ঈথক-ঈপোম হৌদনা মপূক ইংনা চেম্বগুম ফাওই। ঐগী লকানুংদা থুপ্তুনা লৈবিবা লম্বাল খুলগী ফজবদি মচু তবেৎনা লৈতেংলবা চুমথাংগুম্বনি। লবুক্কী ঈয়াযদা তোমথিন তাবা ঈথৎনি। নোংপোক নোংচুপ খা-ৱাং অশংবা ফৌনানা ঈথক হৌবা মফমনি। শজিবুগী নুংশিববা মতমদা পেরুক হেকলম্বদগী খুল পাংনা য়েংথোকলুবদা কুবাও মপালনা ঙাংশং ঙাংনা মিৎযেং হূইদো, চীংথ্রাও মপালনা অযুক্কী কোবৌ মঙালদা লেঙ-লেঙ চৎনা ফজৈদো।'

'ইচানা ঙাংথোক-শক্তোক্রপসে তাবদা ওম্লোক্লা নুংঙাই। নুংঙাই-যাইফকোলদা পোকলম্লবদি ফিবাল থেৎপী লাইবিক-লাইশু ইবি নুপী অমা ওইবমগনি।'

'খুলগী লাই হাবাওফম লৈবিবা অদুদগী নোংচুপ পাংনা লম্বী মচা অমা লৈ। লম্বী অসিগী অৱাং ফিবালদি লম্বাল তুবেলনা ওই। খাদা খুলগী য়ুম পরেং শানা তাবি। লম্বী অসিনা অৱাং পাংনা থেক্তুনা চৎখিবা কাচিন অদুদা লম্পাক মচা অমা লৈ। লম্পাক অসিগী ময়াযদা সনা খোংনাং অমসু হৌই। চিংজিন থাদা শা-শল পুনথোকফমনি; মেবা হিয়াঙ্গে ফাইরেল লমদা নুংঙাইবা মতমদা খুলগী পাখংমচাশিংনা লৈবুং ফমফম ওই। নুংশি নুংশিনা বাঁশী খোংঙকপা ঐনা তোয়না

তাই। লম্পাক অসিগী খা অমদি মোইরাং শঙ্গেংমক্তদা লৌখোংমচা অমনা খল্লগা ঐখোয়গী হিংগোল লৈরম্মী। পাবখোয়না ব্রারী শাবদা মফমদু লৌ শংঙম অমদগী খরা কল্লি হায়নৈ। শরুক অহুম থোক্লগা অনীনা অঙন-ফৌ ফৌগাক, তৃমাইগুম্বা হেক হেক থাই, করিগুম্বা চহিদনা লৌহোন হুৱ্রে।'

'থম্বালনম্বী, নংবু পোকপা অহলগী মমিং করি কৌবগে?'

'ধনঞ্জয় কৌই।'

'মীওই-মিতৌ করম তৌই? লৌ-শীংউদুনা ইমুং পুবরা?'

'ঐখোয় পাবদি য়াম্না চাও-শাংই, ঙৌশ্রোক ঙৌই। মুক্লাদা খূলগী যাত্রানি, মপা লৈতে অবোক যুবোতীনা ঐঙোন্দা হায়। লৌউ-শীংউবতা নত্তনা মৈতৈগী লাইরিক হাযবা-থীবগী থবকসু তৌই। পাবদি মখোল য়াম্না নুংশি। লাইরিক হায়বসু থীবসু ইঙম ঙমই।'

'অবোক যুবোতী হায়বদি কনানো? নংগা করি থোক্লবগে?'

'করিসু থোক্লদে। খূলগী মী পূম্নমক্লা মাবু অবোক যুবোতী হায়না কৌনৈ। খুলগী মী অয়াম্বনা মাবু লুনা তৌবী। মাগী মথৌ হায়ববু নোংমগী উগী খুজাই অমুবা অমা পায়দুনা য়ুমথোং মঙা-তরা চেং নিবা কোয়না চৎপা, অফংবা খরা থোং-থাক্তুনা চানবা শিনবা। অবোক যুবোতীগী পুন্সিদি য়াম্না চমই, মীগী হিঙ্গোল মতোন্দা পিকখ্রবা য়ুম মচা অমদা মথন্তা লৈ। লম্বী-লমখাংদা মাগা উনবদা খক কৌদনা তোক্তে — হা চাওবী, হা তোম্বী, মাগী হৈনবী মীকৌ-মীরমনি। উখা-ব্রাখাদা চৎপদা উচেক-ব্রায়াগী মখোল তারগা মহাকসু ঙাংই — হা চোংঙা!, হা তেনব্রা! অবোক্তি উচেক-ব্রায়াবু লুনা তৌই, উচেক্লী মরোল খঙবগুম্না ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা মহাকপু লৌই। চেংদগী ফৌ খনবদা উচেক্লা মঙোন্দা য়োমশিল্লি, অবোক্লা চারো চারো হায়দুনা চেং খুবাম খুবাম হুন্দুনা পীজথোকই। মদু উরগা ঐখোয়না অবোক অঙাওবী হায়না লংনবী। লাইনিংবীনি, গৌড়ীয়া তৌই। মৌনী লুপ্পা, য়াওশং, কৃষ্ণজম্মনচিংবা নুমিৎতা চরা হেনবগী পথাপ অসি ঐনা অবোক্তগী তমহৌই। ঙসি নীংশিংলুবদা নোকসু নোকনিংই, কপসু কপনিংলকই। নোংমা তুরেলদা মাগা মৌনী লুপমিন্নবদা ঐনা খোঞ্জেল তপ্না ফদি ফদি শোনবা তারগা অবোক্লা নোকফেৎ তৌখিবদু ঙসিসু মিত্তা উরি। লাইরিক তাবা মীগী ময়ুমদা চৎলগা ব্রাই তৈবা, হৈরুক শেম্বা মাগী পামজবা মথৌনি। মেরা থা মনুংদা ঐসু লৈ পরেং অনী অনী লেংদুনা অবোক্তা পী। মহাক্লা ঐবু থাগৎলি — ইশুদি হয়েং

চাউবগা ভোমথিন ঙালগদৌরিবনি হায়। ঐগী ইমিং অসিসু অবোক্না থোনবীখিবনি। ঐনা লম্বালদা লৈরিঙৈদা মহাক শিখি। মহাক্না পাবদা নোংমা হায়, 'ধনঞ্জয়, নংগী নচানুপীগী মমিংসি ঙসিদগী ঐনা থম্বালনম্বী হায়না থোক্লবনি, ইশুদি লৈ পামই পূকচেল ফজগনি।' মহাক্না হায়রম্বা ঐনা কাউবা ঙমদবা অমসু লৈ। লাইরিক তাফমদা ঐগী কোক পায়দুনা হিক মানা-মানা মহাক্না হায়খি, 'ইশুগী কোকসি থোৎখ্রে, হয়েং চাউরগা মশম ফগদৌরিবা জাৎনি।'

'ইচাগী অঙাং ওইরিঙৈগী ব্বারী-ব্বাখোংসি তাবদা নুংশিখ্রেদা, ফজবা পুন্সিগী ময়োল চোংফমনি। মেরা থা হায়বসে নুংঙাইখ্রবা মতমনি। মালেমদা লক্ষ্মীনা খোংদোইরকই অহল-লমলশিংনা থাজনৈ — লক্ষ্মী পূজা তৌনৈ, লক্ষ্মী চরিত তানৈ। নংবু ব্বারী খরা নীংশিংলিবরা?'

'নীংশিংলি। তীলোত্মা, পদ্মাবতী, সাবিত্রী, লতা মহারাজগী ব্বারী কাওবা ঙমদে। অসিদা নত্তনা হরিচন্দ্র, নল-দময়ন্তীনচিংবগী ব্বারী কয়াসু পাবনা মরক মরক্তা ঐঙোন্দা লীবিখি।'

'ইচাগী মহৈ নংবু পোকপা অহলনা নিংথিনা তম্বীরকইদা। মপা মমা হায়বসে মচাগীদি মমিংনা উবা লাইনি হায়নরিদনা অদুবুদি।'

'পাবুং, ইমাদি মশক উহৌদ্রে। মমাবু মচানা নুংশিবা হায়বদুদি ঐদি খঙদ্রে হন্দক্কী মপোক্কীদি। পাবনা হায়রমই ইমাগী মিংদি নুমিৎলৈ কৌই। পাববুদি ঐনা য়াম্না নুংশিজে। অয়ুক ইরুজরগা তুলসী মচুম কোক্তা হাপ্লা, চিন্দা থাদবা পাবনা ঐঙোন্দা তম্বীরম্বনি। মাবু নুংশিবদগী তুলসীবোংগী মৃত্তিকা লাইবক্তা নম্বসু হৈনবী ওইহৌরে।'

'ঙসিসি য়াম্নসু ওল্লাং-ওনশাওই। ঙাইহাক ফমখিসি হায়ববু হয়েং নংগী থবক কায়গদ্রা? মফম অসিদা নং করম্না লাকখিবা? তম্মু তাশিদনা।'

'পাবুং, তম্মদুনা করি কানগনি। ঐগী হৌখিবা পুন্সি মথং মথং অসুম নীংশিংলুরগা মিত্তগী পি তাখিবা খঙহৌদবা নুমিৎসু লৈ। কাংলেন নুমিৎকী অয়ুক অঙনবদা ঐবু পোকপা ইপা অদু মখোং হামদুনা লৈখিদে। লৌরাং শুরুবা কারকলগা য়াচংবদগী ফায়বগা ওবগা তৌদুনা লৈকায় চংদুনা লায়কন্নখি। জগৎনাথদা পরেং লেংলগা কৎকে হায়দুনা নোংমা ব্বাৎলিঙৈদগী হেকচিন্দুনা থম্রবা অঙ্গুর অদু ঐনা মিৎকী পিগা লোয়ননা লেংদুনা ঈরুজবীবা লোইরগা পাবগী ঙকশমদা শিবীয়ু হায়না মাইবদা শিন্নজে। শ্রাদ্ধ কর্ম্ম হেক লোইবগা মথংগী অয়ুক্তা

খুড়াতোন অমসুং ইন্দোমচানা ঐবু ইম্ফালদা পুদুনা লাকখি। ঐনা লাকপদা লৈকায়গী ইমান্নবীশিং য়ান্না কপহৌই।'

'নুমিৎ অদুদগী নং লম্বালদা অমুক্তা চৎলুদ্রিবরা?

'চৎলুদ্রি। মীওইনা পোকপা অসিসু বন্দিশঙ্ মনুংদা লৈবগা অম্মানি। মিত্তদি শংশংনা উরি ইপা-ইচানা লৈরম্বা তরু তরুবা য়ুম মচা অদু। পোয়নু লৌরোকপা লোইরগা পাবনা কদাংবন্দা চয়োল অমা ফাইদুনা লৈরুই, য়ুম মানা হোংনবা ই গাড়ী অমা পুদুনা লাকখি। য়ুম অদু মনা হোংবা চহি ওন্দ্রিঙৈদা অহল লৈখিদে। ঐখোয় পাবদি ৱাই তৈগল্লি, শুমাং মাঙ্গোল তরু তরু থমই, হৈপাল লৈপাল থাগল্লি। য়ুম থাদোক্তুনা ইম্ফালদা লাকপা নুমিত্তু ঐ য়ান্না পুক্কিং নুংশি। নুংতিগী ঐনা মখোঙ্ ৱাই তৈদুনা থম্নবা লৈহাও পাম্বী, শুমাং চিথোক মরিদা মফম চানা হৌরিবা মালিকা, যাতীকুপ্পী, কবোকলৈ, কুন্দালৈ উরুবদা খোঙ থাংদোক্তুনা চৎপা ঙমখিদে। মমাঙ্গী পুখ্রী মপালদা চুমথ্রে, হৈনৌসু পালহৌই। মরক মরক্তা লৈকায়গী ইমান্নবীশিংবু নীংশিংঙকই। মখোয় হৌজিক্তি ময়ুম-মকৈ পান্দুনা মচা নুপা-নুপী পোকলমলগনি।'

'ইবেম্মা, নুংশিদা ইচাগী ৱারীসি। নুমিৎসি ফনা থেংলমলগনি। অদুবু নংগী ৱারী মখাসু তানিংলি ঐদি।'

'পাবুং, থেংজসনু কৈদৌই হায়বগে। নোংমা থেংনা তুন্নগা শিগদবা লৈব্রা? ঐনা মফমসিদা লাকখিবগী ৱারীসে কনাগুম্বা অমতদসু লীথোকত্রি, তাবীনবা মীসু লৈতে। নুপা অমা খুড়াতোন হোয়দা হেক হেক লাকই, ইদোমচাগা চিকথনা ৱারী শাবা থেংনৈ। নোংমা লাই খুরুম্মুসি হায়না মহোয়না ঐবু হৌদুনা পুবি। হল্লকপদা ঐবু ফাদুনা নুপা অদুনা য়ুম অমদা পুশিল্লি। খুড়াতোন্না করি হায়গনি খল্লুবদা ঐ চীংনা ননবমুক লুমখি। নুমিৎ অসিগী অথেংবা অহিংদা গাড়ী তোংদুনা ঐ মফম অসিদা লাকখি, নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌবা মতমদা থুংলখি। ইদোমচানা শেমদুনা ঐবু নুপা অদুদা পীথোকপনি। থৌদোক অদুগী মরমদা খুড়াতোন্না শাওবা, মনা-মনিল নাইবা পাও অমতা ঐ তাখিদে। নুপা অদু ড্রাইভরনি। ইকুই কুইদনা ঐনা তাখি ইম্ফালদা মাগী মতৃ-মচা লৈ। চৎন-থোক্কা মাগা ঐগা মতম খরা লৈম্নিরমই। ওক্তবা নুপানি। ইকাই-হঙ্গোইদনা হায়রবদা, নুপীগা য়ুগা মাগী লাইনিংনি। ঐখোয় মীগী দুকান্দা ভারাদা লৈ। মতম খরগী মতুংদা মহাক ঐগী ইনাক্তা অমুক লাকখিদ্রে। শিগ্রবরা করিনো মৱা-মপাও অমতা তাখিদ্রে। ঐগীদমক্তদি মহাক

কাযনখিবসি ঐগী লাইবক ফবনি নত্রবদি লৈখা তানা মাঙলমগনি। পাবনা শাবিবম্বা নাদা পকপা সনা কাযথোক্লুনা দূকানগী ভাবা পীনৈ, পোৎফম মচা অমা তেকলি-তেকলি ফম্বা হৌখি। নোংমগী অযুক নুংদাংগী চানবগী মথক্তা পৈশা খবা লেম্লবা কন্না হোৎনখি। ঐগী ৱাখলদি ভাবা হুনবা ঙম্বা, কাংলেন নুমিত্তা ইপাগীদমক্কি হায়দুনা ঈশ্বরদা লাইকৃক অমতং কৎপা ঙমজবা মসিতনি।'

'মসিনি ইবেম্মা, মীওইনা পোকপা ঐখোযনা খুত্তা পাযববা মণিবু মশক খঙদদুনা মাঙহল্লি হাযবদু। নশক-নতৌ ফজবগী মথক্তা নচাক-নবনসু চেল্লে। মীযায চল্লবা ঐখোয়না কল্লকলিবদি নংগী নিতি-নিযম লাইনিং পবৈ চেৎপা অদুবুনি।'

'পাবুং, লৌখৎনিংঙাই লৈবা নুপী নত্তেদা। যাম্না শোনগ্রবা, পঙখ্রবা নুপীদা নুপী হাযবদুনি। নোংমগী মনুংদা অহুমলক পঙথৈ হাযবদু ঐঙোন্দা চপ চানা থোকই। নুপা নহা অমনা দে-দে তৌবদা হেক্তা থাজে। ইশাবু মমল যাওদনা যোম্থোকচৈ। মশক মশাসু মুন্না খঙদবা এস ডি ও অমবু ইপুবোযবমক্কি লৌদুনা হেক্তা লৈমিন্নে। খুদি থীবগা শিংঙকই হাযনৈ মীদি, ঐদি পঙবদুম হেঞ্জিল্লকই।'

'কবিনো ইবেম্মা, নশাবু অদুক হৃস্থনা খল্লিবা? লাইপোক্লুম্বা মী খবা নত্তনা অয়াম্বা মীদি পুন্সিগী অসিগুম্বা ইবৈ অসিদা হন্না হন্না ঈবাক্কবা ঙাক্তনি। থম্বালনম্বী, নংনা হৌজিক তৌবিবা থবক অসি ফৈ, মী অহুম মবিসু নংগী নকুম থুপ্তুনা হিংলি। অদুবু অহল ওইবক্কনু হাযবদি যাব' নত্তে, ঐগী ঐগী ইচা-ইশু থাদোক-হৃন্দোক্লবা যাদবা হান্না যেংহৌবা তাই। ইবেম্মা, নযুম অমদি পালহন্নিংই তুংগী য়েংলুবগা।'

মহাক পাওখুম অমতা পীবক্তে। অহিং অদূ ফনা থেংজিল্লক্লে। অবাপ্পদা হূইনা খোংঙকপগী মখোল তাই। ঐনা মাঙোন্দা হায,

'হযেংসু ঙন্না হৌগৎকদৌবনি, তুম্মুবো ইবেম্মা। অহননিনা তুংগী যেংদুনা পঙঙাং ঙাংবা হাযবদুনি।'

'পাবুং, ঐ খঙই ঐবু নুংশিবিদুনা তাকপীবিবনি। পাবুংসু ৱাববিনি। শাংনা গাড়ী তোংবসে ঐদি যাম্না ৱায। পোৎথাবিকৃবো।'

পূর্ণিমা মতুং কযানি বোনখ্রবনো ঐ খঙদে। থাগী মঙাল ৱাপল-উপাল মবক্তগী নিম মানবা অতিযাদা কাপখৎলকপা উই। থাবমলমক্তা থোক্লবসু তমদা উবদগী চীংদা উবনা নুংশিবা হেল্লি। ফমুংদা চংলবা মতুং ফনা কুইবা ফাওবা নুপীমচা অসিগী হৌখ্রবা পুন্সিবু কল্লনাগী মিৎযেংদা পবেং শানা শাগত্তুনা পাক তূমথবা য়াখিদে। ○

# রেলগাড়ীগী খোঙ্‌চৎ অমা

ঐ শক থী। মশক ফজবা মী উরগা, মশক ফজবা তান্নবদা খ্বাইদগী মশক ফজবী খন্নবা হাপ্পা জ্জশিংগী মনুংদা অমগুম খোঙ্‌দগী তান ফাওবা কুপ্পা য়েংগল্লি। ঐগা নকশিন্নদবা মীনদি ঐবু মরিং-মরাংনা উবা য়াই। ইমানা ঐঙোন্দা চৈ, 'মসি অঙাংসি করিনো? মীনা ঙাংবা ননানা তারগা লোইরে। অদুক মুন্না য়েংলবদি মীনা করি খনগনি?' পোকপদগী লোয়নদুনা লাক্রবা ইমা ফাওবা ঐবু খঙদে। মশক ফজনা পোকলকপা নুপা-নুপীশিংসে মরায়বক থম্বাল শাৎপা, সনাগী মথক্তা তম্ফা থিনবা কাংবুনি, ঐনা তোয়না খল্লি। মপা-মমা মশক ফজবনা মচা ফজবা পোক্‌কল্লি, অঙাংদি শক্তা-চুদাদা মপা-মমাগী খুদুং ইনগল্লি। মসিনা অমুক লোইনা চুম্বগী ৱাসু লৈতে। পাখোং চন্নরিবনি, মমা নমথীবীনা মচা রাধিকা পোকপা করিনো? ঐখোয় লৈকায়দা নুপী-অঙাংনা ৱারীনৈ, ইবোহল অমসুং মাগী নুপী সনারৈসে থীবদা হায়নিংঙাই লৈতে, অদুবু মবানীনা পোকপা মচামখৈ লাইমচামুক ফজৈ। যুগসিদা পোক্রবসু ঐগী ৱাখলদি বৈজ্ঞানিক ওইদে, মিৎ-নানা উদ-তাদবা পোৎ কয়াবু থাজে। মচাগী কুম্মৈ মমিত্তা উবা ফংদবা মীনা ইরাৎ পূজা তৌরগা মচা ফংবগী ৱা লৈ। অসুন্না পোকখিবা অঙাংগী মশক-মতৌসু ফজগল্লি। খঙ্‌না খঙনবু ওইরে নত্রগা খঙদনবু ওইরে, থম্মোয় লকানুংদা দেব-দেবীশিংগী চংখোল্লবা মূর্তিসিংবু নিংজবা মিৎকুপ-নাহুমদা মরূ হুনখিবা অঙাংগী মশক ফজৈ, মীওইপোক্তা পোক্রবসু অফবা ওইগল্লি। মশক-মতৌ ফজবা মীনা লমচৎ নাইদবা, ফিজেৎ-চাকচা চুমদবা উরুরগা ঐনা মখোয়বু য়ানিংদে। মশাগী মমল খঙদবা মীনি হায়না ঐনা মখোয়বু তাথী তাওইনা লৌই। ঐগী অসিগুম্ব মিৎয়েং অসিনা পুক্রিংদা মরা তানা লৈখিবদগী মখুৎ-মশা শাংবা নুপা, মফি-মরোল কোম্বা নূপীবু য়াম্না হঙ্গোই।

পুনাদগী মহারাষ্ট্রগী কোনুং বোম্বে য়ৌনবা চেনবা রেলগাড়ীগী খোঙ্‌চৎনি। ব্রোদ গেজনি, বিজলীনা চেনবা ট্রেননি। অয়ুক্কী পুং ১১ তাখ্রে। ষ্টেশন মচা মচা

লাপ্তোকপদা মিনিট মবি-মঙা ট্রেন খামই, যাত্রীকশিংনা লৈমাযদা কুমথদুনা চৎথোক-চৎশিন তৌবা ঐনা থোংনাওদগী য়েংই। নুংশানা পূমলং লংই। কোইলা মহী চেন্দুনা খোঙথাফম লৈতে। খুনাইগী নুংশা নত্তে, রাচেৎনা শাবা মচু তৈবা হুমাই লৈদুনা ডাবা মনুংদা ফম্বা মীশিংনা হুমাই হুমদুনা রানা খাঙই। ঐনা থোংনাওদগী উই নুপী অমা মতুং ওম্ভোক্তুনা চৎপা। ঐগী মিৎয়েং মাঙোন্দাগী চোইথোকপা ঙমদে। ঐনা মাগী তুংযানগী ফিবম অদুদা মুন্না য়েংই, আর্জুন্না উচেক্কী মঙকতমক উবগুম্বনি। মহাক হীগোক মচুগী থরানমিচাক খোকপা সলরাব অমা নিংদু খবা কুপ্পা লিৎলি। মাগী চহি মতাংগা চুশিন্নদবা মওং অমদি মহাক্না লিৎলিবা ফুবি অদু মফম অহুমখক মযেক লানা অঙৌবা ফিজেৎ থাদুনা ফোৎপা উই। হেক যেংবদা মবিং-মবাংই। মাগী মশা অদু হেক উবদা যেংনিংবা পোকই, শাবান ফজবা নুপীনি। রাংলবসু তিংগং-যাংগংদুনা তবোই তবোই উবা মশক্ত নত্তে, চাউববসু নোযমন্দুনা মওং-মবিন নাইদবা মীওইসু মান্দে। খোঙ-তোন য়েংবদা চুং-ফিবাল চাঙ্গ। মকা ফন্না নোয-নোয লাওবা মাগী নীঙদু, খোঙথাং খুদিংগী ইপোম হৌই, ঐগী খুদুম চনবা ঙমদ্রবা মিৎনা মদুবু হন্না হন্না যেংই। মাগী মশম ইফা-ফানা থাদোকই, নীঙদু-যৈনিং তৌনা রাঙ্গ-রাঙ্গ তাই। মহৌশাগী খোই-খোই তাবা শপ্লাংনি। নুপীগী মায়থোংগী ফজবা-ফজদবা কোক্কী মওংগা অযাম্বা মতমদা মবী লৈনগল্লি। মাগী কোক্তা যাম্না ফজৈ, অদুবু মাগী অশেংবা মায়থোংদি উদ্রি। ঐগী ইনাক্তা ফম্বা বাইফল মেন অদু কুমথদুনা নুপী অদুগী মতুং পরপ পবপ ইনখি। য়োৎচাবীনা য়োৎকুপ চিংগুমই। মনুংদা ফমলিবা ঐখোয় পুন্নমক নুপা অদুগী ইবাংদু হোত্রোং হোনা উই। য়েংববু হৈববদি কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাক্তনি। চিন থোক্লদ্রবসু মাগী মতৌ উবদা ঐখোয পুন্নমক হাইফেৎ নোকনিংবা পোকই।

নুমিৎ মযুম চংখ্রে। বেলগাডীদু হৌজিক চীংথক্তা য়াঙনা চেল্লি। থোংনাওদগী যেংথখিবদা, আ মখাদা লৈবা য়ুম-কৈ পিশক পিশক পিক্লা উবকই। লম্বীসু ফৈজোম মবাক অমুক্তা পাক্লা শাংনা থেক্লা খোয়না উ পাম্বী মবক্তা মবোঙ-মরোঙ চৎলি। লম্বীগী নাকলদা য়ুংলিবা য়ুম্বীশিংদগী ইলেক্ট্রিক বল্বনা ঙাপ্তোবকপা উই। লমদম তামনা লৈহৌববা ইম্ফালবু খংনুং নুংশিবকই। অঙাংমচাশিংনা লমজাও নাকলদা চেন-চোংদুনা শান্নবদো নীংশিংঙকই। য়ুমগী নুপীনা বৃনাদেবী মখোঙদা ধূপ থাওমৈ কত্তুনা পুক্লিং চংনা লাই খুরুম্বদু মিত্তা শংশং উরকই। ইম্ফাল থোকনিংবনা ঐ ঙাইহাক্তি ঙাওই, খুৎ-শা প্রেক প্রেক থেক্তুনা খাঙই। রেল তোংদুনা কোয়বসি

খম্বুরুরদি ফনা নুংশি। পোকপদগী মশক-মশা খঙনদ্রিবা মী কয়াগা নক্লা ফমমিন্রে, পোকফম শাংফম লোল অমদি কাংলুপকী মরমদা ৱারী-ৱাতাই তৌনে, চরুটনচিংবা লান্নদুনা থকমিন্রে। অশেংবা পুঙ্গিগী পিক্কবা মশক অমনি। মাগী মাগী ষ্টেসন য়ৌরগা কুমথনহৌই। পুঙ্গিদা অমুক হন্না উনবগী আশা লৈতে। শিখিবা মরী-মতা অমতা অমুক হন্না উনদবগুম্বনি। মতমসিদা ঙসাই অয়ুক ঐনা উখিবা নুপী অদু হান্নগী ফিজোল অদুমক শেৎলদুনা, রেল ঙাইহাক লেপ্পদা ঐনা তোংলিবা ডাবা অদুদা ফৎ কাখৎলকই। মাগী শক উবমক্তদা চেকশিন্না ফুরিংখাওদা হাপ্পা ঐনা নুংশিবা মীগী ফোৎটো লৌথোক্তুনা য়েংবগুম ঐনা মাগী মশক মিৎ কুপ্তনা য়েংই। অমুক্তং য়েংবদা লোইনা উবগুম তৌই। তুংয়ানতনি উহৌবদু, অদুবু মাগী মূর্তি অমদি হান্না শাগৎখ্রবনি। মাগী মতাফবা লাইবক্তা পিশুম অনীগী চংখোনবা মতৌদু ফন চোংথোরকই। মমিৎ অনী অদুনা, মখজাই অনী অদুনা, চিনবাল থক-খা অনীনা ঐবু লাক্তুনা চিংশিনবগুম তৌই। ঐনা ঙকলিবদি, মাগী ফুরিৎ অদু তুংলোমতদা নৎলমদ্রে, মাঙলোমদসু মফম অনী ফোৎলি — ওই থংবা মথবাক মপাদা অমা, খোয়দৌ মপাদা অমা। কা অদুদা তোংলিবা মী পুম্নমক মাঙোন্দা য়েংলমগদ্রা খল্লি। রাসদা গোপী পুম্নমক্লা ফক্লাং ওইরগা য়ায়দা জগোয় শারিবী রাধাতবু ভাবক্লা অতমননা য়েংবগুম্বনি। মহাক হেক লাকপদা কা অদু পুমথন থল্লি, হৈনিংবা য়েংনিংবগী ইরাং হৌই। মখুৎ য়েৎনা মরায়বক্তা শোক্তুনা মহাক্লা ঐখোয় পুম্নমক্তা মঙক নোল্লি অমসুং মোমোন মোমোন তৌরদুনা হায়রকই,

'বাবু সাহেব পুম্নমক নামস্তে! শাংলবা ট্রেনগী খোঙচত্তা মী পুম্নমক চোকথবা ফাওরমলগনি। ঐ ঈশৈ মতেক অমত্তং শকচগে বাবুশিংগী পুক্কিং হকচাং তেকখৎনবা। চানবিদুনা বক্সিস্ খরা খরা পীবিয়ু।'

থোঙ্ হেক কানশিল্লকপদা পরেং শানা খোঙ্ য়াম্লদুনা রাইফলমেন, হবিলদার অমসুং ঐ ফমই; ঐখোয়গা মায়োক্লনা মহারাষ্ট্রগী পাখং অহুম। ঐখোয়না মোৎপগী মতিক মখোয়না নাল্লি, মখোয় অহুম্মক কুচু ফজৈ, চাও শাংই। মখোয়গী খুদাংদা শিরিবা রোল্ড গোল্ড ঘড়ীগী মমায় অদুক পাকপদি ঐ অমুক্তা উদ্রি। মখোয়গী মশক্তগী ঐনা খঙই মখোয়না ঐখোয়বু হম্বুবা মিৎয়েংনা য়েংই। ডাবা অনী মনুংদা ফাওনবা য়াবা কা অনী লৈবা য়ুমগুম্বনি, কা অমদগী অতোপ্পা কা অমদা মীনা চৎথোক-চৎশিন তৌবা উই — চা, চনা, বিসকীট্ য়োনবা লাকই। রাইফলমেন অদু নুপী অদু চংলকপদা মমায় ইঙাও ঙাওনা উই। ফমলম্বদগী ফুক হৌগত্তুনা মহাক্লা

মঙোন্দা হায় –

'ইবেম্মা, সিদা ফম্মু।'

সিফাই অদুনা হরাওজবা উবদা, ঐনসু নুপী অদুদা হায়,

'ফম্মু ফম্মু ইবেম্মা! ঈশৈ হায়বদু শকউ তাশি। যাত্রিকশিংগী খোঙচত্তা ঙাইহাক্তং তেকখৎচবা ফংনবা।'

মতমসিদা মনিংথংবা ডাবাদা রেডিও থাবগী মখোল তারকই। ষ্টেসন থিবগী, পাও লাকপগী, প্রাগ্রাম লাওথোকপগী তোংঙান তোংঙানবা সুর তাই। হন্না য়েংথোকলুবদা ঐনা উই – নুপা অমা যাত্রিকশিংগী মমাঙদা লেপলি, মখুৎ-মচিন শিজিন্নদুনা রেডিও খোম্হোক মান্নবা হোৎনরি। শমজেৎতা চেজেৎ অমনা য়োমশিলগা যন্ত্র শাদুনা খোংলি। মহাকসু শেল নিরিমাল্লে। সিদবু লক্ষ্মী মীরাইবা যারিব্রা? চিন্না হৈবনা চিন্না, খুৎনা হৈবনা খুৎনা। রেল তোংখৎনবা হোৎনবদা মীশিংনা নম্নরিবসি ফুরিৎখাও চপ্পশিংগীদি মতোলনি। ফিবম অদু খুদক্তা খংলু লুশিল্লকই। মায়থকপা সিফাই অদুনা নুপীদুগী খুদাং পায়রুবদগী লিকলিগী খুজি ময়াম তেক্তুনা লৈমায়দা গ্যাও লাওনা ইচাই চাইনা তারকই। মহারাষ্ট্রগী পাখং অহুম অদু মৈ হৌনা শাওগৎলকই। ইংরাজীনা শিফাইদুবু থীনা চৈবী। মখোয়গী মরক্তগী অমনা হায়,

'মচিন-মৌপ্পাগী শেংলবা মরিনি। করিগী নখুৎ শাংলিবনো?'

মখোয় অহুমগী মনুংদা, ময়ায়দা ফম্বা মিৎলাওবা শকহেনবা পাখং অদুনা ব্রা পাংশল্লকই,

'নংবু লমলক্কী শারা?'

ব্রাহ্মণ মানবা নাতুম্বা অহুমশুবা পাখং অদুনা সিফাইদুদা থীনা চৈরকই,

'শাসে পারা অমা তম্বীফম থোকই।'

ব্রাংথ্রং ব্রাংবা সিফাইদু অশাওবনা লুতোন কাঈ, হায়রকই –

'করি হায়বা? শা, শানা মরৈবাক নিংব্রা? থব্রায় খুবাক্তা হাপ্পুনা ঐখোয়না চৎলিবসে নেফাদনি; নখোয় চৎলুদনা ভায় বহনবু নুংশিরবদি।'

পাখং অহুম অদুগী দ্রামা য়েংবদা, ঐ হায়ফেৎ নোকনিংই। ইরাংসিদা নোক্লুবসু য়াবা নত্তে। ইংরাজী খঙদ্রবসু, সিফাইদু মমায় ঈচপমুক ঙাঙই। মাগী মতৌ য়েংবদা নুংশিরদুনা, ঐ মাগী উকিল ওইরে। ঐনা হায়,

'ইবুংঙোখোয় শাওরনু। বিশ্বামিত্র হোয়সু শকুন্তলাবু মমোম ওইনা ফংজখি

হায়বা ৱারী লৈ।

ৱা মখা তাবা নংঙ্গ্রিঙেদা, পাখং অমনা ঐঙোন্দা ওনশিল্লকই,

'ৱারীনা ৱারীনি। মসিদি ৱারী নত্তে। নুপীগী ইজৎকী ৱাফমনি।'

ঙসাই মখৈ ঐখোয়না ঙাংন-শানরিবা ৱা তাদুনা নুপী অদু তুম্মিন্না ফমদুনা লৈ। মাগী মায়থোংদা ঈথক-ইপোম হৌদবা পুক্কিং থম্মোয়গী মমি তাই। পাখৎ-ফিংগৎপা মরীক অমতা য়াওদনা মহাক্না হায়দোরকই,

'ফরে ফরে, পুন্নমক তোকপিরো। করিশু লৈতবা ঐগুম্না নুপীমচা অমগীদমক ৱাথোক্লবা পামজদে।'

ৱাথোক্কী হৌফম ওইরিবা নুপী অদুগী ৱাঙং তাবদা, ইরাংদু খবদি নেমলে। মাগী শুম্মৎয়াই চেনবা শক্তমগী ৱা ঙাংদবা পাওজেল অমা ফংবগুম, খৎন্নরম্না মী পুন্নমক তুমিন-তুমিন লৈরে। মহাক্না হায়রকই,

'ইবুংঙো (পাখং অমদা ওনশিন্দুনা) কনাগী মচানো? অচৌ-অশাং ইমুংগী মী মাল্লি।'

পাখং অদুনা খুদক্তা পোংঙকই,

'ঐখোয় ইবায়দি মিলটারী কেপটেননি। মথংগী ষ্টেসন য়ৌবদা অচৌবা পারা অমা তম্বীগে। খঙগনি ঙসিদি।'

ৱাদু তাবদা রাইফলমেন অদু অমুক শাওগৎলকই, খুদক্তা নোংমৈ মরু হাল্লি। মনিংগী ডাবাদা তোংবা সিফাই খরসু মফমদুদা য়োমশিল্লকই, মখোয় মশেল মরোল লোন্নরকই, অমতা ওইখি। হবিলদারনা মখোয়বু চৈ-থাংই। নুপী অদুনা ইথৌ-থৌশাদনা রাইফলমেননা মরেংবান্দগী লৌথোক্তুনা মখুৎনা পায়রিবা নোংমৈদু ইম্বোক্লগা হায়রকই,

'সনাগুম্না ইবুংঙো, কেপটেনগী মশেল ওইরবদি শক্তি য়াম্না লৈ। অদুবু মামুলি সিফাই অমগা মান্নরুবা ফব্রা?'

ঐ খঙই মহাকসু সিফাইদুগী মিচংদা লেপই। মহাক্না মোমোন তৌনা সিফাইদুদা য়েংলগা হায়,

'য়েংঙু নং ঐগী খুজি জোরা মঙা লৈনবা পৈশা পীয়ু। ঐ ঈশৈ হৌরে, ময়াম পুন্নমক ইংথবিরো।'

মহাক্না ঈশৈ হৌই। রেডিওগী মতৌ তম্বা নুপা অদুনা যন্ত্রগী মতৌ তমদুনা ইংলবা রাগগী সুরনা মফম অদুগী নুংশিৎ খঙহোং হোংদোকই।

## ঈশৈ

করম্বা বিথিগী খুৎশিলনো?
উরুবে ঐনা লমলানবা মাবু,
কৎথোক্লুরে থব্লায় হরাও হরাও,
অপাম-নুংশিগী হৈজীংখরায়দা হাপ্লুনা।
তাইবং মপোক মঙ্গুমবা
মঙফাওনবে নংগী চেংলৌ উরুবদা,
সনাগী কৈবাক থাদুনা
কান্নিন্নসি মতোল লোম্না পুন্সিগী শনজীং।

মাগী ঈশৈনা ঐবু ঙাওহল্লি, ইকাই-ইকি ব্লাংমা লান্দুনা ঐনা মাগী মমিং হংই,

'ইবেম্মা নংগী নমিংবু করি কৌবগে?'

থাজদনা হংদোবকপা ঐগী ব্লাহংদা মহাক ঙকতক তৌই, নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবদুনা খুম্মকই,

'মমতাজ বানু কৌই।'

ঙাইহাক লৈযেং ফাবশুম তৌই, মথংগী মিৎকুপ্তা ঐনা হায় মঙোন্দা,

'অব্লাৎ-অপা লৈতবা তাইবং শেম্বা মপুনা ইচনগী মফমদা পীনবিবিবা খুদোলসি উবদা ঐ ঙকলে। ঙসাই অযুক নংগী তুযান উহৌই, হৌজিক মাযযোক্লনা নংবু উবা ফংলে। ইবেম্মা, নংমুক ফজবদি ঐদি পোকপদগী উদ্রি। অদুদগী অমুকসু, ইথ থাজদনা নখোঞ্জেলনা কযা ফবম্রবা।'

'কদাইদগীনো তাদা, নুংশিবিদুনা ঐবু থাগৎপিবনি। নুপীগী মপোক্তা পোক্লুবনা থম্মোযদা নুংঙাইজবা অমদি ফাওই। অসুক কুইনা হিংদুনা লৈবগী অর্থ খঙঙক্লুবা নংগী ব্লাহৈ অমা তাবদা খঙবশুম তৌই।'

ময়াম্না ইবাং লাংলিঙৈদা শাবিবা ব্লাবানি। ঐগী অশেংবা থাগৎ ব্লাহৈ মাগী থম্মোয়দা যৌব্রা খল্লি। মশক্লগা ফজবনে, মমতাজগী ঈশৈগী লোংঙুপ্তা থুদবা মী য়াওদে। মহারাষ্ট্রগী পাথং অহুম নত্তনা মী পুন্নমক মরুপ-মপাং ওইবগী নুংঙাইববা ফিবম অমদা লৈমিন্নে। অঙম-অঙম্বা পৈশা পুথোক্লুনা মাগী মখুত্তা পী। রাইফলমেন অদুনা মঙা চৎপী অমা পুথোক্লুনা পীনিংনা পীবা উবদা মমতাজ স্লান

তানা লৌই, হাইফেৎসু নোকচৈ। মহাক্না মী পুন্নমক্তা মঙাক নোন্দুনা খুরুমই, পাখং অহুম অদুদসু।

য়াংনা চেল্লিবা রেলগাড়ীনি। মীগী হকচাং, পুকনিং, ৱাখল অপাইবগী অপাইবা ঙাক্তনি। মমতাজ ঐঙোন্দা ফলপ ফলপ য়েংই, তহা তহা হায়রকই –

'তাদবু কদায় য়ৌগদবনো?'

'বোম্বে য়ৌগদবনি। নংদি . . .' ঐনা খুমই অমসুং হংই।

'ঐদি মথং ষ্টেসন্দা কুমহৌগদবনি।'

'উনবা অমসুং কায়নবা হাযবসে পুন্সিগী মহৌশানি।'

ঐগী এদ্রেস পীবমগে, নংনা চিঠী অমতং পীবক্রবদি ঐ যাম্না নুংঙাইগনি।'

'ঐগী চিঠী পাবগা তাদগী কবি কানগনি?'

'খঙনিংঙিদনা নংগা উনবা ফংদ্রবসু, নংগী চিঠীদগী নংগী অশেংবা ঈ-পাউ ফংলবদি, উপন্যাস অমগুম নংগী পুন্সিগী অৱা-নুংঙাইদা ঐসু শরুক যাবা ঙমগনি। থৌদোক-ৱাথোক্তনা পুন্সিগী ৱাবী নত্তে, মীগী নুংগী মশক উৎপা ঙম্রবদি ইবিবা অদুগী মমল লৈববনি। নংগী চিঠীগী ৱাহৈ পুন্নমক নংগী থম্মোযগী মচেৎ অমমমনি লৌগনি।'

মহাক ৱা অমতা ঙাঙদনা তুমিন্না ঐঙোন্দা যেংদুনা লৈ।

'মমতাজ! ঐনা নং হেক উবদগী খনবা ৱা অমা লৈ। কায়নরমদাই মতমসিদা হায়দোকনিংবা ইহুল অমা কন্না ফাওরকই।'

'করিগী অদুক লুনা খনবিবিবনো? নুপাবু হায়নিংবা ৱা কোক হায়রগা লোইরে।'

রেলগাড়ীগী খোঞ্জেল হন্থরকই, রেলকোক্কী হৌরবা খোল্লাওনা ৱারী শাবা নম্মৎলি। গাড়ী লেপ্পবদা মহাক কুমখরে, ঐসু মাগী মতুং ইল্লি। ঙাইহাক লেপমিন্নে মহাক্কা মায়োক্নদুনা। তাঙলবা পোৎ অমা ফিরৈদগী নাম্থদুনা তাহৌগনি খল্লুবদা ৱাজৈ। ঙসাইমখৈ মুন্না য়েংবা ঙমদবনি, অরোইবা মিৎকুপ লাক্লবদা অমুক হন্না উবা ফংলরোই খন্দুনা মাগী ফজরবা মায়থোংদা মিৎ কুপ্তনা য়েংই। ঐনা মঙোন্দা হায়,

'মমতাজ বানু! নবুংগী অরোইবা ৱাসে কাওগনু। নুপী অতৈনা তৌবগুম নংসু মীওবগী সমাজদা ইজৎকী মথক্তা হিংবা চপ চানা ঙমগনি। ফজবা অফবা মীবু লৈবাক্না ইকাইখুন্নবনি।'

'সমাজ অসিমক্কা ঐবু মাঙহনবনি। ঐ লুখ্রাবীনি। তাদতনা ঐবু ইকাই খুম্নবিবনি। পুন্সিগী মশক্তি অকাওবনা মপুঙনি, অদুবু মতম কুইনা নীংশিংজহৌগে নংবু।'

ট্রেন থাবা হৌবে। ঐগী এদ্রেস অমসুং হান্না খন্দোক্কুনা থম্লবা তরা চৎপী নোট খবা খুৎথেংননা ঐনা মঙোন্দা পী। মহাক মখুৎ হাই হাইদুনা লেপহৌই।○

# বিজ্ঞানগী মিৎয়েং ৱাংমদা

পুন্সিগী ঙমখৈ অনীদি তবং তবং উবে — পুন্সিগী অহৌবা অমসুং পুন্সিগী অবোইবা। ঙমখৈ অনীসিগী ৱাংমা লান্না মীনা কবিসু উবা ঙমদে। অহৌবা ঙমখৈদগী অবোইবা ঙমখৈ যৌবা ফাওবদা ঐখোয়না হিংদুনা লৈবিবা অসিসু অশিবা মখল অমনি। তবং-মালংদা খোঙথাং কায়দনা উঙ্‌দুনা লৈবা গ্রহ-উপগ্রহশিংগী মবক্তা অমগা অমগা লৈনবিবা অপূনবা অমসুং অতম্নবা মবী-মখোঙ থিগত্তুনা আলবার্ট ঐইনষ্টাননা অচৌবা ৱাখলগী খুদোল অমা ঐখোয়দা পী। মহাক লাইপোকনি, লাইপোক খবা নত্তনা মাগী মগুণ কনানসু খঙদে। অটোহান্না এটোম বোম শাখি। পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওদা ইহান হান্না সেব অনী মখায লূম্ব এটোম বোম হিবোশিমাদা থাদখি, সহব অদু তুম্না মাঙখি। ঐখোযনা এটোমগী মৈশা, মনিল, খোঞ্জেল অমসুং নুংশিৎকী তোংঙান তোংঙানবা মশকপূ খম্নকুবা লৈতে। মার্কোনিনা অহাংবা মালংদা মীগী খোঞ্জেল তুংদুনা লৈ থাজখি। খোঞ্জেলসি ফানবা মহাক্না অহিং-নুংথিল লেপ্তনা ৱাখল খনখি। খোঞ্জেলগী সমুদ্রদগী অতম্নবা খোঞ্জেল ফানবা খুৎলাই পুথোকখি — ৱাযাবলেস যন্ত্র। মী খরা নত্তনা মাগী যন্ত্রগী মকুমদা লৈবা তত্ত্বগী মবমদা কল্পনাগী মিৎয়েং অমতা শাগৎলুবা লৈতে। হিংদুনা লৈরিবা ঐখোয়সে অশিবা মখল অমনি।

রির্দস দাইজেস্ত ঐনা ৱাবী অমা থেংনখি। মদু ঐঙোন্দা নুংঙাই, ঙসি ফাওবসু কাওদ্রি। হিবোশিমাদা অনা-লাইয়েং শঙ অমদা এটোম বোম থাদবদগী শিহৌদবা

অশোক-অপল নংলবা মী কয়ামরম অমা ডাক্তর অমনা লায়কন্নখি। অচৌবা অন্ধবিস্বাস অমা লানমাঙদা শন্দোকখি। এটোম বোম থাদখ্রবা মফমদা মথরায় পানবা অহিংবা জীব লৈবা য়াদে, পোৎ পূন্নমক কংদুনা মাঙগনি। জপানগী সহর হিরোশিমাদা লৈবা মীশিংনা অরানবা রাখল অসিবু চপ য়ুংনা থাজনখি। শন্না মফেদা লিক্তুনা হিংহৌবা লায়য়েং শঙদা লৈবা বোন্না শোকপা মীশিংনা খোল্লাও অমত্তা ওইনা ডাক্তরদা মখোয়বু অতোপ্পা মফম অমদা পুথোকপিনবা হায়জে। ডাক্তরনা মখোয়দা হায়, 'এটোম বোম তাবা মফমদা মী লৈবা য়ারোই কনানা হায়রিবনো? অহিংবা পোৎ পূন্নমক কংদুনা শিগনি হায়বসি চুমদবা রানি।' মী পূন্নমক্কী মপুক্লিংদা চিংনবা, নুংশা থীবা অমসুং অকিবা পোকই। পাওতাক পীজবতনি ডাক্তর অদুসু মখোয়গুম্বনি। বোম তাখ্রবা মতুংদা করি ফল লাক্কদগে তাংদাংবা খঙদ্রিবনি। মাগী রাখলদা চাং য়েংনবগী ভাব অমা লাকই। লায়য়েংশঙ অদুগী শুমাঙ মতোলদা লৈপাক তৌদুনা, লৈকুপ তানা শেমদুনা যতন তৌনা হঙ্গামমুলা মরূ খরা হুল্লি। মতম অদুদা অশোকপা মীশিংগী ফিভবমদি হিংবা অমসুং শিবা অনীগী মরক্তা থৌরী চিংনদুনা লৈবনি। খোঙ্গুল তাবা কনাসু য়াওদে। হোসপিটালগী নুংশিৎ-নুংশা শিনম নমই।

নুমিৎ খরগী মতুংদা ডাক্তর অদুনা উখি — মুলা মরূশিংদু পোকখায়দুনা মতোল চোংবা। অয়ূক্কী মেংলবা মঙালদা ডাক্তরগী মায়থোং ফৃগায়না শাৎখি। অনৌবা আশাগী মশেক্লা হোসপিটালগী মফম পূন্নমক ইরং-লংহনখি। মাগী মচিন্দগী অনাবশিংনা নুংঙাইবা পাওসি তাখি। লায়য়েংশঙদু নিনখি — মুলা মতোল চোংলে, মী লৈবা য়ারনি। ঙাইহাক্কী মনুংদা অশোক-অপল নংলবা মী পূন্নমক মুলা মখোঙদা তিল্লখি। মমিৎ তাংবা মীশিংনা খুদোম্বীনা মাদুনা মুলাদা শোকই অমসুং লাওখি, 'মুলা হৌরে। মী লৈবা য়ারনি।' মখুৎ শন্নদুনা মখোয় পূন্নমক মুলাগী অকোয়বদা জগোয় শাই। হরাওবা মপাল শাৎলি, নুংঙাইবা মহৈ য়াল্লি।

ডাক্তর অসিনা অশোক-অপনশিংদা তৌখিবা সেবাবু নীংশিবা অমসুং মহাকপু থাগৎপগী থৌরম অমদা, রা ঙাংবদা মহাক্না রারী অসি তৌখি। মহাক্না হায়, 'লায়য়েংবগী মহৌশাগী ওইবা পরিং অদু ঐ কায়দনা চৎথৈ। কৈসু থোইদোকপা অমা তৌবগী রা লৈতে। তৌবতদি হঙ্গাম মুলানা মখোয়দা অচৌবা আশা অমা পীখি। মখোয়বু লায়য়েংবদা শিজিন্নখিবা খ্বাইদগী অথোইবা হীদাক্তি থাজবা হায়বা শিদ-হিদাক অসিনি। থাজববু পোক্রবদি তৌগদবা থবক্কী তংখায় অমা লোইরবনি

হায়বা পূক্লিংলোনগী ব্রাসি ঐনা থৌদোকসিদগী অচুম্বনি লৌখি।'

ঐ বিজ্ঞানবু য়াদবা মী নত্তে। পিকলিঙৈদগী লামজাওদা চেনবা হরাগাড়ী, নোংথক্তা পাইবা এরোপ্লেন উবগা, মীগী তৌবা ঙম্বা মতিক-ময়াই ফুদোরকপনি খন্দুনা মীবু ব্রাংনা থাংগৎনিংবা পোকই। ঐনা ঙকপসি মীনি। ঐনা থাজবসি মীনি। মীবু লাই-তিনগুম খল্লকপসু য়াওই। অদুবু বিজ্ঞান্না পুন্সিগী ব্রাহং পুন্নমক খুম্বদি ঙমদে। মীগী অচৌবা পুন্সিনি। পুন্সিগী অচৌবা ব্রাহংদি বিজ্ঞানগী মিৎযেং ব্রাংমদা থিবা তাই। প্লেন তোংলগা লম চৎপদা ঙমখৈ নাইদবা অচৌবা জগৎকী মশক অমা পূক্লিংদা শাগৎলি। বিন্দু অমুক্তা চাউবা ঐ কয়ানা খুন্দাবকপা পৃথিবীবু নুংশিবা পোকই। ব্রাংখ্র-ব্রাংখ্রবা চীংশাং পবেং, নুমিৎ-থাগী মঙাল-মশেল্লা ফাওজিনবা ঙমদ্রবা অচৌবা উমং-ব্রামং, পাৎ-তুবেল উকুবদা যুগ যুগ কযা হৌখ্রবা কুইববা মালেম লৈকোয পুঙগী ব্রাখল তৌই। মীওইবনা মৈহৌবোলদগী ঙসি ফাওবা লৈবকপসিদা ওল্লকলিবা শাযোল কযাগী মবমদা ওস্লোক ওস্লোকপা কল্পনাগী মূর্ত্তি শাগৎলি। লেপ্তুনা উঙদুনা হোংদুনা চৎলিবা জগৎতগী ঐ পন্থদুনা লৈহৌনিংই। শিনিংদবগী ব্রা ঙাক্তা নত্তে, মতুংদা কবি কবি হোংঙকপগে ওল্লকপগে যেংনিংবনি। সমুদ্র ঈযায়দা হিংবা চবাংনা কোযপাই পাইবা উবগা লৈশেম মপুগী মতিক-ময়াই থম্মোয়দা ফাওই। খল্লকই ঈশ্বরসি চাউখ্রবোইবে। মাগী কুম্মৈ অচৌবদা মীওইবনা মতেক-ময়াগী শরুক য়াবনি। পোকপসু কুম্মৈগী শরুক অমনি, শিবসু লীলা অচৌবসিগী মচেৎ অমনি। উববসু কান্নদে খঙদ্রবদি। নিউটোন্না খঙলদুনা হায়রম্বদাই, মহাক্লা খঙলিবসি কবিশু নত্তে, তোর্ব্বান্দা অঙাংমচানা নুংজ্রেং খুন্দুনা শান্নবনি। ব্রাখলগী ঈপাক্তা লুপ্তুনা ঐ অসুম পিকশিনখি। ঐগুম্বা মশীং লাকঙমদ্রবা মীয়ামগী সমুদ্রদা ঐসি পীকখ্রবা কোঙ্গোল মরীক্লম উরকই। ঐগী ইশক মাঙখিদুনা মীয়ামগী অচৌবা মূর্ত্তিদা তিনখি। পোকপা শিবগী অর্থ অমা নৌনা ফংবগুম তৌই।

চহি মঙা চংবদা গুরু ববিদুনা ঐ মহৈ তম্বা হৌই। পুন্সিগী অহানবা তোর্ব্বান থাদোক্তুনা মহৈগী ঈপাক্তা চোংথদুনা ঐ লাপ্না লাকলে।. খোঙচৎ অসিনা থিরকলিবসি মুৎশি-মুৎশি উবা পুন্সিগী পন্থুংনি। চিকখ্রবা পুন্সিগী লাইনিংনি। পোদোল অমা নাক্তা থান্দুনা অথেংবা অহিং কয়া ইথন্তা ফমখি। নীংশিংঙকই — জ্যোমেত্রি অমসুং অলজব্রাগী ব্রাহং মতাং অমমম্গী লোইনবা খোৎপদা অহিং কোঙ্গায় অমা তুমখিদে। পুন্সিদা মদুগী কান্নবা থোইনা উদে। মরুপ-মপাং তিন্নবগী নুংঙাইরবা পুন্সি থাদোক্তুনা, হকচাংদা হৈনিংবা পীবা শান্নবা হুন্দোক্তুনা, অচৌবা

মীসিংগী পুন্সিগী খোঙ্গুল লীরুই। অয়ুক নুমদাংগী মশক ওনবা অহিংবা তাইবংগা শম্নবগী মহুত্তা অশিবা লাইরিক কয়া পাখি। নীংশিংঙক্‌ই নুংশাগী মঙাল খরা নৈরিঙৈ মতমনি। শিবা পোকপগী মশক তাকপদা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা হায়বা ৱা অমা থেংনরুই, 'ওইগী খোম্রাং কায়নবদা হৌনা কপই অঙাংনা, মথংগী মিৎকুপ্তা পলেমগী য়েৎকী খোম্রাং ফংগনি খঙদবনা।' মাগী ৱাখলসি ঐঙোন্দদি অমমম্বা লম্বী চৎপদা মৈঙাল অমা অরাপ্পদা উরকপগুম থোকখি। পৃথিবীনা কবিদা অৱাংবা তাঙবল অমা পীবগী মরম খঙলবগুম ফাওই। মাগী শৈরেং ময়ামদা ঐ ঙাওজে। 'ঐনা কবিনি চাউথোকচবা নং উবদা ইকাইবনা শিরে' হায়বা মাগী ৱাতানা ঐবু ৱাখলগী অচৌবা লৈবাক্তা পুদুনা চৎলি। চয়োল খরদি ঐ বিলাট মচা উইনষ্টোন চর্চিলগা ঙাওমিন্নরুই। অৱাবা পুন্সিদা হিংবগী নুংঙাইবা থেংনখি। ৱাখলগী মঙালনা, থবক্কী মৈশানা য়োম্রবা, মাগী অচৌবা পুন্সি থেংনবদা পৃথিবী অসি অচৌবা কর্ম্মভুমী ওইনা উরকখি। পুংজা খুদিং অনৌ অনৌবা থবক্কী হৌফম ওইনা উখি; খুৎ তরা পানবগুম থবক কয়া মতম অমতদা পাঙথোক্কে খনখি। ঐগী পামজবা মংলান ওইরম্মী মীগী সেবা তৌবা মতম অমদা। মতমবু পাম্মুনা খঞ্জখি, শেল-থুম লিকশিনবা পামখিদে।

য়াম্না নৌরিঙৈদগী মক্ত হুনখিবা ঐগী অপাম্বা অমনা অইবা লাইরিক পাবনি। অইবনা মানা ইবা পোত্তা নুংগী ওইবা মথৱায় হাপ্পা উরকপদা অপাবা ঐনা কয়া নুংঙাইবা। সাহিত্যবু কয়া পামজবা, মীওইববু কযা নুংশিজবা, পুন্সিগী অচৌবা পাখোংবু ফোঙবা ঙমদবগী কয়া ৱাজবা। অচিকপা কাদা, অহাংবা লম্ফাংদা ধ্যান তৌই — ঐগী অশেংবা মশক অমুক্তং উজগে। শিবগী চপ চাবা মশক অমুক্তং খঙজগে। অঙাং ওইরিঙৈদা থেংনখিবা থৌদোক অমনা ঐবু ঙসি ফাওবদা চিংদুনা পুবি। শেল ময়েক্কী মমায় অনীগী মনুংদা অমা উববসু, অমদি মশেল-মবাং, তন্দনগুম অমুক অমুক মাঙলি। নুংথিল অমা বিবেকানন্দগী ৱাখলগী মতুং ইল্লুই। নুমিত্তু ঙাইহাক্তি ঐ স্বর চনিং তানা হোঞ্জবা ফংবগুম তৌখি। মৈ মুৎপদা সিনেমাগী কুম্মৈ লেপ্লী, মৈ লাকপগা মখা অমুক চখৈ। মীনা হেক শিবগা মখা চৎথদ্রবা জাৎলা?

ভি,সি,পি, নত্রগা ভি,সি,আর, মেছিন্দা কেছেট কাপ্পদা ফোর্রাদতা নমদুনা থম্বদা থোরকলিবা মূর্ত্তিশিংনা তহা তহা চোং-ফন্দুনা চৎখিবগুম, ঐগী অথুবা ৱাখলগী মিৎয়েংদা উরকই ঐগী পুন্সিবু মশেল-মরাং মতেক-মতেক।

নুমিদাংৱাইরমনি। সনা লমজাওসে সরকারগী কর্ম্মচারিশিংনা পিক থল্লি, তোংঙান তোংঙানবা লোইশংশিদগী মুকথ্রুবী পাইবগুম থোক্লরকই। মাগী মাগী ময়ুমদা হন্নরকপগী নুংঙাইবা ৱাখলনা থবক শুরুবগী চোকথরবা মায়থোংদা হৈনিংবগী মঙাল তাহল্লি। ঐনা শুমাং য়ৌবদা ঐগী নুপী অমসুং ইচা নুপা অহল মাঙ্গোলদা ফমদুনা লৈবা উই। মখোয়গী মশক উবদা পুকনিংগী ঈচেল হোংবগুম তৌই। মখোয়নসু ঐঙোন্দা মিৎফম হোংদনা য়েংদুনা লৈ। নোংমগী মনুংদা পুংজা খরা কায়নবা অসিসু মী তিন্নবদা চান্নবগী অনৌবা ঈনোৎ হাপ্লী। ঐঙোন্দা য়ৈরবা ইহুল অমদি ইচা নুপানা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈবসিনি। মাগী পুকনিংদা করিগুম্বা অমা ফুমদুনা লৈরে হায়বসি ঐগী থম্মোয়দা ফাওই। মোড়াদা হেক ফম্বগা ঐনা মখোয়দা ৱারী শাবা হৌই,

'নমা নচাদি চা থক্লবরা? বিসকিৎ লৈরকই। চা হাওনা লোল্লকউ।'

ঐগী নুপীনা ঈশিং লুমথোক্তুনা থনম্বা মাল্লি; খুদক্তা চা কপ্ অহুম পুথোরক্তুনা ঐখোয় থকমিন্নে। মহাক্না বিসকিৎ ঐখোয়দা য়েল্লি।

'ইবুংঙোদি লাইরিক ওৱাইদ্রবরা?' ঐনা মমাদা চা থক্লা থক্লা হংই।

'মাদি হৌজিক্তা হৌগৎলিবনি। ঐনা হৌদোকপা য়াদে।' নুপীনা খুমই অমসুং মখা শমথরকই –

'মমায়-মমিৎ ফাওবা তাথোকউ য়াদনা, লাইনা চেনবগুম ঙসাইদগী ফমলিবসিনি।'

'কৈদৌরে ইবুংঙো, নমায় তাথোক্লুরো ইবানি কোয়থোকলুসি।'

মহাক ঐঙোন্দা ঙসাইদগী হাইফেৎ হাইফেৎ য়েংঙকই। মহাক মোমোনসু নোকপা উই। করিগুম্বা অমা ঐগী পুকনিংদা খল্লকই। ঐনা মাঙোন্দা হংই,

'নংবু করি মঙ্ মঙ্লুরবগে? নমঙ্দা করি উরম্বগে?' মঙগী মশক্তু মমিত্তা উদুনা লৈবগুম, নোকফেৎ তৌনা মহাক্না ঐঙোন্দা তমই,

'দেদি, খল্লুবদা ঐ য়াম্না নোকনিং, মঙ অদু য়াম্নসু নুংশি।'

'তম্মুদনা তাসি, নুংশিব্রা য়েংসি।'

'ইকাইদা, য়াম্না নোকনিংবা ৱানি।'

'করিগী নোকনিংলিবা?'

'নংসে ঐমুক্তা চাউনা উরম্মী। চু মতেক অমা য়েৎনা পায়দুনা চারগা, মতেক অমনা ওয়না পায়ুদনা ঐবু হৌবা লাকখি। ইমান্নবা অমা ওইনা নংনা ঐবু শান্নরুসি

হৌখি। ওয়গী চুদ্ ঐঙোন্দা পীবা, ঐনা হেক লৌবা মতমদুমক্তদা ঐ মিংকপ খংথোক থোকখি।'

ঐনা মঙোন্দা হায় অমসুং ঐখোয় অহুম নোকমিন্নে —

'চুগী মহুৎ বিসকিংনা শিল্লেদনা।'

ঐনা খুদক্তুমক্তদা খল্লুই, মমা-মচাদা হায়দোকলুবদি নত্তে। মঙবু ফাগীরা? কদায়দগী কোৎলুদুনা পাক হেক মঙবা য়াব্রা? কনানা খঙবনো মমাঙগী মপোক্তা ঐসে মাগী মরুপ অমা ওইরম্লা করিনো? ইচা-কা হায়বসে ঐঙোন্দগী তোংঙানবা মীশক অমনি। মফম অমা য়ৌনবা চৎপদা ঐ ফাওদুনা চৎখিবনি। ইচাসে ঐমক্তদগী হেক থোকখিবদি নত্তে, অতোপ্পা থব্রায় অমনি। মহাক্না অমনি, ঐনা অমনি। ○

# ঙসিদি থাবলদসু লৌ লিংবা তারি

শিবগী মরমদা ঐগী রাখল অমা লৈ। অমনা মী খ্বাইনা খঙনরিবা মীশি অসিনি। অনীশুবা মখলগী মীশি অমনা হিংনা হিংনা অহিংবা মী অমগুম্না লৈবা ঙমদবনি। হৈনিংনা লৈবা হায়বসি অচংবা মীগী মচৎনি। মীসদগী ওইবা তাই পণ্ডিত টি,এস, ইলিয়েটনা করিগুম্বা অমত্তা ইতৌ তৌদনা লৈবদগী অরানবা ওইরবসু অমা তৌবনা হেন্না ফৈ হায়রিবা। খোংগ্রাই চন্দুনা নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা ফমদুনা লৈবদা কনানসু ঐবু হাৎলবা য়ারোই। মসিদা ঐগা লৈমিন্নরিবা ইমুং-মনুংগী মীনা ঐগী ইতৌ য়েংবদা মিৎ নাবা পোকপা, 'মশকসে য়েংবদা তীল হৌরে' হায়রিবা, মখোয়না ঐগী অৱাবগী চাং খঙবা নত্তে। ঐ মোর্ডন লাইফকী লায়থুং অমা পক্রবা মীনি। মীরাংদা থুরবা তীলগুম অফা-অপুন্নরে হায়বা ঐ খঙই। মতমসিগী হৈনবী পূন্নমক ঐঙোন্দা চুশিল্লে।

চহি অমগী মনুংদা থা অমা অনীদি ঐ খুঙ্গংদা লৈ। চহি তরেৎ হায়রকলে ঐনা অসুন্না তৌরকপসি। মসি ঐনা সহরগী পুন্সিদগী নাম্লেক্তুনা চেনবনি, তৌগে খন্না তৌবনি। খুঙ্গংগী অচম্বা পুন্সিগী মহাও খঙনিংবদগী হৌখিবনি। কালেনগী

অশাংবা ছুটি ঐ খুঙ্গংদা লেল্লি। খুলগী মীনা ঐবু 'লৌতাংবা ওজা' হায়না খঙনৈ। লবুক্তা, শাবলদা, লৌখোং মপালদা থেংনবা উনবদা খুলগী অচম্বা ইচিন-ইনাওশিংনা ঐবু মিঙ্গৌ অসিদা হেক-হেক কৌই। মহী-মহাও চেন্দ্রবা 'গুড মোর্নিং', 'গুড নাইট' হায়বা সহরগী কর্তসী ঐ খারে। থম্মোইগী ঈহৌ অমতা পক্রবা কংনোক ঐ পেল্লে।

নুমিৎনা নোংচুপ চীংশাং মরুমদা চংখিগদবা লম অমুক্তা ঙাইরবা মতম অম্বাইদা ঐ লৌরিয়া কাচিন য়াল্লম্বা লেপ্তুনা লম্বীদা কাখত্তুনা ফমই। অল্লাৎপা মশীং পাখোকই। অল্লাবা হন্দোকপা মতমসিদা খুঙ্গংগী ল্লারবা ইচিন-ইনাওশিংগী পুন্সিগী মরমদা খল্লকই। সনা অহিংবা মচুনা লৈতেংলবা নুমদাংল্লাইগী মতমসিদা কোয়না য়েংবদা উরকই — তাল্লা শন্দোক্তুনা তারিবা কাতুপ নাইবা লবুক ময়াম, মুরৈননা শংলবা খুঙ্গংগী শনজাবুং, কেল্লা পাম্বীগী পরেং, লবুক্কী ঙমখৈ ওইনা পরেং শানা তারিবা তোংঙান তোংঙানবা খুল কয়া। সহরগী নিল-খোংবনা য়ৌদ্রবা মহৌশাগী চিক্লবা তমপাক্লি। অতিয়াদা পাইরিবা লমগী চেক্লা কাংবু কাংবুনা অরাপ্পা মালংদা তিনখিবা উবদা, তাইবং মীগী অমম্বা পুন্সি খোঙচৎকী মরমদা মিৎকুপ অমতং খল্লুই। শা-শলশিংনা পরেং শানা খুনয়া তমনা কৌন-খোংনদুনা কানরকপা উরুরগা য়ুমগী নুপী-অঙাংশিংবু নীংশিংঙকই। য়ুমগী নুংশিবা ইহুল ফাওরকই। চান্ন-চিন্ননা অয়ুক নুমদাংগী লৈমিন্নবা পুন্সিগী মহাও থম্মোয়দা ফাওরকই। অনকপদা নেমনেম হৌবা লৌহোলগী ফৈদোল্লা ফরাংজী থাবগুম মিৎকী মিৎয়েং চিংশিল্লি। নুংশাগী মৈশা য়াওদ্রবা চিক্লবা মালেম ফম্বাক্তা অরাপ্পা লবুক লময়াইদা লৌরাং শুরুবশিংনা খুনয়া তল্লা হন্নরকপা উবদা মীওইবনা শরুক য়াদুনা তাইবং লীলা মপুং ফাহল্লিবনি খল্লকই। মীওইবগী অশেংবা মশক্তি সহরগী হল্লা-নুংশিৎ ফংদ্রবা খুঙ্গংগী মশাইগোন্দা উবা ফংই। চাক চরা অনীনা মখোয়গী পুন্সিগী অথোইবা পান্দমনি — চিলহাও থিদে রড়ু, বেরা, সন্দেশ, ময়াই কাবা পোৎ য়াতোন তংঙুবা লৈতে। মখোয়গী ফিজোলদি শেৎলি ইল্লিবা অদুনা লোইরে, ফিরোল লৈতে, অকে-অমৌ খঙদে। অদুবু মখোয় পুন্নমক হরাও হরাও লৈ, হৈনিংনা হিংই। মখোয়দি প্রকৃতিগী মচানি, প্রকৃতিনা য়োকপনি। ইংঙা ইঙেনগী ফুদিৎ ফূরবা নোংলক্তা চাউরক্তুনা লোকলাই-তীলনা পাক পাক চংবা ঙমদ্রবা, ল্লাকচীংগী উল, কালেনগী তেম্পাক্তা য়াওন্নদুনা শমু-হকচাং হৈরবা কাবুংনি। খুলগী নহা-অহল চনুরাশিংনা নোংনা মায়-মিৎ পাঙবা ঙমদ্রবা মতমদা লবুক লম্মাংদা য়েনপাক-য়েনখুঙ তুপ্তুনা লৌ লিংবদা

নোংমতা ৱারে শোন্দোদো। পোইনু থাদা নোংমতা কাংদনা ফৌবী হাইদুনা, চৈরোং কন্দুনা নুমিৎকা তান্নবা শুবদা মাই-তান্নি হায়দেদো।

কয়াদা খেন্নখ্রবা খুন্নাই অসিগী পুন্সিদা মী অমগা মী অমগা। নুমদাংৱাইরমসিদা ইথন্তা ঙায়রবা চিক্লবা তাঞ্জাসিদা নীংশিংঙকই সহরগী চরাংনরবা পুন্সি। ঐ হেক উবমক্তদা ঐখোয়গী মরুপকী সেক্রেটারীনা হায়,

'রাম বাবু, ইউ আর ভেরি লক্কি পার্সন! (মহাক্না ঐগা ওফিস অমতদা থবক তৌমিন্নে) হন্দক্তি অদোমগী লাইবক থম্বাল শাৎলেদনা। লোটরি বাবুদা ফাওরে।'

মাগী ৱা তাবদা ঐ খরা নুংঙাই। মহাক্না মখা তারকই,

'লাকলিবা নোংমাইজিংদা অচৌবা পার্টি অমা বাবুনা থ্রো তৌবা তারে। ময়াম্না ঐঙোন্দা শিন্নবনি।'

'গোপাল বাবু! রিকোইস্ত অমতা তৌজগে। ঐখোয়গী ইমুংদি য়াম্না থনুং চংই। য়ারবদি পার্টিদি বাবুগীদা তৌনবা শিনবিয়ু। অচংবা খরচ ঐঙোন্দা পীগদবা শেনফমদগী ককথৎপীহৌ।'

'য়ানি য়ানি। মেম্বর খরসু শেল পিরক্লি। সনদে নুমিত্তা ফংফম থোকপা শেল বাবুদা শিন্নগনি। নণ্টরেস্তসু ফানা য়াম্নবনি।'

নোংমাইজিং নুমিৎনি। দুর্গা পুজা মনুংনি। সন্ধ্যা মতুংদা ঐ গোপালগী ময়ুমদা য়ৌই। কোম্প্লেং হেক কানশিনবদা ঐনা উই কার, জিপ, স্কুটর খরা সুমাংদা থাদুনা লৈবা। ঐগী শক হেক উবদা, মরুপ মপাংশিংনা ফন্নম্বদগী ফুক-ফুক হৌগত্নুনা চেম্থোক্লরকই, খুৎ পায়দুনা হেণ্ড-শেক তৌই। অমনা ঙাংবা অমনা তাদে।

'রাম বাবু, কনগ্রেচুলেসন!' ঐগী খুৎ পায়দুনা মনিহার বাবুনা হরাওবা ফোঙদোকই।

'মাই লক্কি ফ্রেণ্ড!' বুদ্ধ বাবুনা মখা শমথৈ।

টেবলদা উইস্কি, ব্রেণ্ডিনচিংবা টিন পৱাগী বোটল অহুম বিয়ার বোটল খরাগা খিন্দুনা লৈবা উই। দীনমনিনা 'কোকতেলনা ভদ্রলোকশিংগী থৌগল তৌজগে' হায়দুনা গেস্তশিংদগী পার্মিসন লৌবগা, ফজনা শেম শাবা হৌই। অসুন্নমসু হায় মহাক্না 'মসিনা উহৈগী মহীনি, মসিনা সেকমাইগী চর্নামৃতনি। কায়দে হৈগী মহীগা চাক্কী মহী তিন্নবা। অকল-অথৌ মশেলনি। নিংথেমচা গোপালনা চীংলেম্না হায়রকই,

'ফোরেন লিকরদা গুদ স্তফ হায়রগা য়ুরোপিয়ানশিংনা উইস্কিবু খণ্ডনরিবনি। এনি লিকর ওইসনু মাবু য়াল্লবদি তেস্তফুল হেক্তো ওই।'

'রাইট কমেন্ত' হায়রগা দীনমনি-না বিয়ার খর খরসু হৈরগা গ্লাস মনুংদা যাওরিবা মহীগী অনেম-অরাং য়েংই। মহাক্না ঐঙোন্দা য়েংঙকই, ঐনা ঙক হাইদুনা ইশাবু ঙাকথোক্না ইঙ্গিৎ তৌই। মহৈ মহৈ গ্লাস পায়খত্নুনা, 'চিয়ার্স' হায়ুদনা গ্লাসশিংদু শোকনৈ। খুৎথক্তি মৈতৈনি, মমিৎ উইশিল্লগা খুৎচিং অমুক্তা গ্লাস মনিংদা লীক্না অমতা পক্তনা লোইশিল্লি। রাউণ্ড অহুম মরি থক্লরবা মতুংদা অমগা ওনশিল্লদুনা থাগৎনৈ, মরৈ-মরাং কন্না য়েৎনবা হৌগৎলকই। অমনা ঙাংবা অমনা তানদে। রাজকুমার গোপাল সিংহনা মণিহার বাবুদা ওনশিল্লকই, করেন্নবা হৌরকই —

'প্রোফেসর, নুংঙাইরিদনা? করম পাল্লিবগে পোৎ-চৈ তাংবা মতমসিদা?'

'চানিংবতা চাদুনা, থকনিংবতা থক্তুনা, কার তোংদুনা, শিনি খঙনা নুংঙাইনা পাল্লিবসিনি।'

গ্লাস মনিংদা লেমহৌবা মহী চী-চী লাউনা মখোল থোক্না চিংলগা গোপাল সনানা মখৌ পোঙ্না হায়রকই,

'শেলনা করি করি তৌই খঙ্না চৎলিবা ঐখোয়নি। গাডিদা খোঙ্গ্রাই চন্দুনা ফন্নগা, মাল-চাং পৈশিন্দুনা থমলগা শেলনা শেল তাল্লিবা ঐখোয়দসু য়াখোঙ থুন্না চাবা ফংদ্রবা মতমসিদা, বাবু হোয়না অঙাং-নুবি খরা মহৈ তম্বীরগা চানিংবতা চায় হায়বসি কনানা থাজবিগনি?'

গোপাল সনা আই কোমনি। মনিটারী থিওরি ওফ ফঙ্কসন মশক খঙনা কববার তৌবা মীনি। মরল-মথুম লৈবা মীনি হায়না লৈবাক্না শীংথানবা য়াওরবা মীশকনি। অদুবু মনিহাব বাবুনা কোন্না হায়দোকই,

'অন-স্কুলদ পার্সন অমতা য়ুম্বাল-কৈবাল মওং তানা লৈবা উদে। অদোম্না শেল পায়দুনসু হিংবগী আর্টতি কবিশু খঙবা নত্তে। শেনগীদমক শেল তানবা নত্তে, মওং-মরিল তানা হিংবা ঙম্নবা শেল তাল্লিবনি। ঙারি চাবা মীনা পুন্সিগী অরাংবা থাক খঙবা হৌনদে। লৈখোমদা লৈরবসু লৈকংগী মশক খঙদ্রবদি অদুম নুংঙাইবোই লৌবা জাৎনি।'

মরৈনা নুংশিৎমুক কুংঙকপা চৈরকসিদা গোপালনা ইমুংদগী থোরক্তুনা ঐবু মাগী কাদা কৌশিল্লি। গোপাল সনা নত্তে, অরাম্বনি। 'লিশিং য়াম্খৈ মঙাদগী ঙসিগী পার্টি অসিগী লুপা লিশিং অমা চামঙা ককহৌরবনি। নংনা অমুক থীগদ্রা, ঐনদি হন্না হন্না থীরবনি। পৈশাসি গাড়ী লৈরিঙৈদা হান্না থম্মুবা ফৈ . . .' মহাক্না ঐঙোন্দা

হায়। আর, কে, গোপালনা ঐবু থিনবা তারে। লুরিবদি গোপালনা মাগী জীপকী শো মাঙথ্রে থিগৎলকই। গাড়ী অদু কয়া কন্না থৌই, অঙাং মচাশিংনা সোরোক্তা বমবুলা থাদুনা কোয়চেন চেন্দুনা শান্নবা উরুরগা ঐ নুংশা য়াম্না থী। ঐ মিহুন চেনগুম চেনগানৈ।

'লাস্ত রাউণ্ডনি। রাম বাবুসু শরুক য়াবিয়ু।' দীনমনিনা গ্লাস অমা থনকোক তৌনা হৈরগা ঐঙোন্দা লানশিল্লকই। ঐনা ইপা পাখৎনা স্বর হোন্দনা গ্লাস অদু থাঙ্গত্তুনা খুৎচিং অমুক্তা লোইশিল্লি। লাংলম্ব তোক্তুনা ময়ামদু ঐঙোন্দা য়েংনরকই। ঐ ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাংথোক্তনা তুমিন্না ফমদুনা লৈবদু উরগা, দীনমনিনা ফাগী তৌরকই, 'ঐখোয় বাবু কমদৌবিবনো?' ঐনা ভাব মেন ইতা তাদনা খুমই, 'য়াম্না হাওই।' মহাক্না মখা তারকই, 'হাওনি বাবুগী খুৎচিংদু তমজনিংঙাইনি। ইত সেনসিব্রি, ড্রিঙ্ক সেনসিব্রি, হায়বা মনোবিজ্ঞানগী থিওরি অদু বাবুদি চপ চানা এপ্লাই তৌই। রেদ ইনদিয়ানশিংনা হাইজিল্লুবা য়ারোই।' ময়াম পূন্নমক ব্রা লাওনা নোকমিন্নৈ। ঐ মিৎ-না ইফিং ফিংবগুম তৌরকই। ঐনা উই নুপা অমদি য়েনশাং পূন্নমক লৌরগা পঙতোৎতা তোৎলি, অদুগা চখোম অমতসু লৌখত্তুনা হুক্তে। অমনা চাকলুক্তা মমায় উপশিন্দুনা তুথরকই। দীনমনিনা ফাগী তৌরকই,

'য়াইফরে! য়াইফরে! ঐখোয়গী মরুপকী ইতিহাসতা রাম বাবুনা চাক্কৌবা নুমিৎ অসিমদি সনাগী কালিনা ইদুনা লৈহৌরগনি।'

পার্টি অদু লোইশিল্লি মথোং-মরম খঙদনা।

ঐনা লৌতাংফমদা কারকপদা নুমিৎ খম তারে। থাওমৈ থানগৎলম্নগা ঐ ভুরেলদা চত্তুনা খোঙ্-খুৎ হামলুই। ইথম্ভা চাবা হায়বসে থবক য়াম্না কোমই। পুম্মায় অমগী মনুংদা থোং-থাকপা হেক্তা লোই। শৌগ্রীগা ঙাকচৌ অয়াইবগা থোংই। মোরোক মেৎনবা হোৎনরিঙৈদা নুপী অমা চাকখুমদা পরপ পরপ চংলকই। মহাক্না শেৎলিবা ঙাংবোই মুবোই তৌবা ফনেক অদু শাংনা শেগায়দুনা মপালদা কিশি কিশিল্লি। ফুরিৎ লিত্তে, মফিসু ইন্দে। ঙৌশ্রোক ঙৌবা নোয়-পেল্লবা মশা অদু থাওমৈগী মঙালদা নিংথিনা উবা ফংই। ঐগী ইমাংদা ঙাইহাক তিংঙক-মায়ঙক্রদুনা লেপ্লগা, মহাক্না হায়রকই,

'তাইবুংঙো, চাক থোংবিরিব্রা? করি ইনশাংনো? মনম নুংশিখ্রেদা।'

'শৌগ্রী থোংলমলিবনি। করি লৈবগে ইবেম্মা নংনা লাকথোক্তনা লাকপবু?'

'ইকতি ইকাইখ্রেদা। তঙাইফদদুনা ইকাই-ইকি হুন্দোক্তুনা লাক্রবনি।'

'করিনো হেক্তা হায়য়ু। ইবেম্মা, নিংথৌদফাও মৈতাল ৱাৎলি হায়বা ৱা লৈ।'

'লৌ কুম্মুবা কারকপদা মণ্ডায়রি। চেং ৱানবা নংহৌদ্রে। চেং কৌতা অমতা হৌজিক থোংনবা পূগে লাকচবনি। হয়েং তাইঙোগী লৌ লিংবদা ঐঙোন্দা পীগদবা শেনফমদগী ককপিহৌবা য়াগনি।'

'য়ানি য়ানি। হয়েং নোংমাইজিংনি। ঐসু ইম্ফাল কাদুনা লৌ লিংবা নুমিত্তা নখোয়না পোত্থাবদা চানবা হৈথা-পোৎথা লৌরুগে। কৌতা অমত্তা নত্তে, কয়াম লৈবগে য়েংশি। করিদা হাপকনি।'

মৌ ওইজরবসু য়াম্না নৌরি। মতৌ য়েংবদা নুংশিবা অমা পোকই। লৌ লিংঙুবগী লৈখোম অকংবা মাগী খুবোমদা তৈবা উই। অরৈবা চেং মখৈ কোত্তুনা ঐগী থুমমোক মচাদা হাপ্তুনা মঙোন্দা পীরে। মহাক স্বর হোন্দোকচবগুম উই। অস্বাই ফাওবা চৎনুরগা মহাক অমুক হঞ্জিল্লকই। নোকনিংদনা নোক্রদুনা মহাক্না হায়রকই,

'মোরোকসু অমতা লৈহৌদে। শীংনা মহুৎ শিল্লসিরা খল্লম্বনি।'

'ঙসাইনা হায়বদি কৈদৌই।'

মোরোক খুবাম অমা চেনা য়োমদুনা ঐনা মাঙোন্দা খুৎশিন্নরে। মহাক হৱাও হৱাও চৎখি।

ঐগী লৌ লিংবা নুমিৎ লেপলে। ঐনা হায়রম্বা মতুং-ইন্না অঙাংশিংনা হৈথা-পোৎথাসু মরাং কায়না পূরকই। হয়েং অয়ুক্তগী নুপী তরামঙানা লৌ লিংগনি, চাক চারগা নুংথিল মখা অমুক শমথগনি। নুমদাং চাকচা তোকপদগী তাখিবা নোংনা অয়ুক লৌরীংবী থোরক্নরবা ফাওবা লেপ্তে। লবুক ঈশিংনা পারে, ঈশিংনা পুমলং লংলে। অতোংবদগী লৌরি পাথদুনা অকুৎপদা চেম্থরকপনা খুকউ থুমলে। লৌ লিংবা য়াগদবা মানশিল্লক্তে। ঐ পাখৎলে। ঐনা কোয়চেন চেন্দুনা ঈশিং থিংবা, লৌহোন চাইবা উরগা নুপীশিং অদুনা ঙাংনবা তাই,

'অশংবী, ইম্ফাল নুপাসে শিবা তারে। লৌহোন চরৈশিংসি ঐখোয়সু থাংদোকপদা মতেং খরা পাংবিসি।'

'হোইনে ইনে, ইম্ফাল মীনি। হৈজবা পোৎ নত্তে, য়োংনা তীনথ্রোক পায়বগুম্বনি।'

'মবুক ফবনে, মিনুংশি চাউবা মীনি। ঐদি ঙসিসি শিবমখৈ হোৎনবিগে খল্লি।'

অকোনবগী মমৌ মচাসিগী মশক ঐ খঙই। অয়ুক্কী মতম হৌখ্রে। নোংসু

হাংখ্রে। লৌ লিংবদি তত্থাই চলহৌদে। লৌরোক অমা ফাগদবা ফৈদোম মরি রাৎলি। চাক চেনজা চারগা মখোয় মথং মথং থোক্লরকলে। লৌরিদা ফমদুনা খ্বা য়েন্নদুনা চারিঙৈদা মখোয়না ঙাংনৈ,

'ঙসিদি কোক হাইগৎনবা য়াদে। লোইনবা লিংথোকপিসি।'

'নুপাসে চাকসু চাদ্রিবনি, মথ্বায় রাজদুনা।'

'হো নুপা, চাক চাথোকপিরুরো। নংগী নরৌসে ঙসি ঐখোয়না লোইনবা লিংগনি। অসিগুম্বসে থেংনদুনতা লাকলবা ঐখোয়নি।' চহি খরা লৈশিল্লবী অমনা ঐঙোন্দা য়েংদুনা লাউরকই।

লৌ লিংবা অমুক হৌখ্রে। নুপী অমনা হায়রকই, 'করমনোনে তৌরিসে নুমিৎসে ময়ুম চঙখিগদৌরে। লিংগদবদি শংঙম অমা রাৎলি।' হায়গুম্মদনা নুমিৎ তাখ্রে। ফৈদোম অচৌবা মরি রাৎলি। পূর্ণিমা মতুং নোংমা কোনবনি। ঙাইহাক লৈরগা রাপল-উপাল মরক্তা থাগী মশেক ফাওদোকলকলে। নুপী অমনা লাউরকই,

'হা ইবেম্মা থাবল্লে! হোইদুম লাউরকউ ঐখোয় খুম্মক্কে কৈদৌগে। অরাবা কাওথোকপা ঙম্ব্রা য়েংসে।'

নুপী অমনা পাংশিল্লকই,

'অয়ুকসু লৌ লিংঙি। নুংথিলসু লৌ লিংঙি। ঙসিদি থাবলদসু লৌ লিংবা তারি। ফনদুম নুংঙাইনি ইচে থাবল্লে, ইশৈ হনবিরকলো। ঐখোয় খুমগে। থাবলগী মগুণ থৌগৎসে।'

নুংশিখ্রেদা নুমিত্তু। উতোল-রাতোলদা থোকপা থাগী মঙালনা লবুক লম্ফাংদু তরং তরংই, তনৌ তনৌই। নুপীশিংগী হোই লাওবগী মখোলনা মফম অদু পৃথিবীদগী অলক তারবা মংলৈবাক্কুম উহল্লি। নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা থুঙ্গংগী নুংশিববা মমি অমা ঐগী থম্মোয়দা তাখি। ○

# অমম্বদা মাদুনা চৎপা

নিংথিনা শেম-শারবা পংচাও-চাওদবা কা অমনি। মীদি ঐগা থানা মরিদগী হেন্না লাক্তি। মনুংদা ফমদুনা থোংনাওদগী উবা দৃশ্য অসুম য়েংলম্বদগী কাদগী মপাল থোক্তুনা য়েংবদা উই — চীংগী নাপোম মচা অমনা লোইবোই লোইরোই নেমথরক্তুনা পাৎকী অশংবা নাপীগা শন্নরবি। চীংসিগী মোইরাং শন্থোং অমসুং নোংচুপ পাংনা মিৎকী মিৎয়েং তামনা খূলগী ফিবাল য়ৌনা শন্দোকখি লৌরীনা কাতুপ কাতুপ থোক্লবা লবুক লম্মাং অচৌবা অমা। হেক য়েংথোকখিবদা ঐগী মিৎয়েং হূবদি অশাৎপা অমসুং পোমশাৎনবা লৈ-তনা য়েন্নবা পংতি নাইনা হৌরিবা গুনমোহর পাম্বীশিংনি — অঙাংবা অমসুং হিগোক মচুগী লৈশিংনা পৃমঙাল ঙান্না উই। চীংখোংদা, লম্বী মপান্দা কুম্বী-কালেন য়াওল তাক্লবা চীংথ্রাউ অমসুং কুরাউ পাম্বী খরসু মাপাল ঙাংশং ঙাংনা, ঙৌরুননা শাৎতুনা ঐনা ছাত্রমচা ওইরিঙৈগী পুন্সিবু নৌহৌনা নীংশিংহল্লি। নুংশিদা অদুঙৈগী কাঞ্চি লমদম! উগী মাশা অমদা ডাক্তর কমলগী হকচাং তম্বায়গী ফোটো য়াশিল্লগা, ঐগী মরুপ ব্রজেন্দ্র অমসুং ঐনা চীং কাখত্তুনা কোয়চেন চেন্দুনা লমমিৎ-তুমিৎ য়েংবদো থম্মোয়দা ফুঙ-ফুঙ ফাওরকই। ঐগী নৌরবা পুক্নিংগী লৈকোলদা 'মাধবী' না ফৃগায়না শাৎখি। 'লৈপরেং' না ঐবু মিৎকপ থোকহনখি অনৌবা মৈতৈলোনগী লৈবাক অমদা।

ঐনা হঞ্জিল্লকপদা কা অদু মীনা থন্না ফমদুনা লৈবা উই। ঐসু সিট অমদা ফমই। গালিচা থাবা প্লেট ফোর্ম মথক্তা ঈশৈগী যন্ত্রশিং মফম চানা থেন্দুনা লৈ। ঐনা মশক খঙবা কলাগী তোংঙান তোংঙান লমদা শক্লাইরবা মীশিংনা মমাঙ থংবা ফমফম পরেংদা চিংলেন্না ঙাম্লেইরি। ঙাইহাক্কী মনুংদা অথোইবা অতিথি অমসুং সভাপতিবু ফমথোল মতিক পল্লদুনা অখন্ননা থারিবা খূদাদা লেংশিনবীনবা কৌখৎলি। নুমিৎতুগী অথোইবা অতিথিদি মণিপুরী সংস্কৃতিগী মায়কৈদা লৈবাক্লা মশক খঙলবা ডাঃ চন্দ্রকান্ত সিংহনি। মহাক্লা মৈরা চুখৎলবা মতুংদা, শৈহৌ ঈশৈ

হৌই। নুমিৎতুগী যন্ত্রদা পেনা অমসুং মৈতৈ পুঙ় য়াওই। ইশৈ শকপা, ইশৈ শকপী, পেনা খোংবা, পুঙ়য়েবা ওজাশিংনা মাগী মাগী খুদোল অমমম্ তমই। নুমিৎসিগীদি ইশৈ শকপী রাজশ্রীগী মায়থোংদা সনাগী থম্বাল শাৎলূ তমলমবোই।

নুপীমচা অমা ওইবগী ইকাই-হংগোইনা রাজশ্রীনা শেৎলিবা ফি তাশিন-খোমজিন্দুনা ফমই, ইল্লিবা ইনফি ফিবাল চিংখত্তুনা মকোক খুমই। মৈতৈ নুপীনা মীমাঙ় থোকপদা ফোঙদোকলিবা নোল্লুকপা মচৎসি থাগৎনিংঙাই ওই হায়বসি ঐ নুমিৎসিদা খঙ়ই। ইশৈ হৌদ্রিঙৈদা মহাক্না ব্লাহে অমা অনী হায়, 'ঙসিগী তিল্লিবা মী পূন্নমক্তা ইকোক নোঞ্জবি (মকোক লূকথদুনা খুকমই), ঙসি নোংমা নীনিসি লোক থুংদুনা হকচাং খবা নুংঙাইজদে। হৌজিক সভাগী থৌগল তৌবদা কবি ওইগদগে খল্লুবদা কিজবা পোকই।' মশামক্না হাবমনি পাযদুনা ইশৈগী সুর থিবকই, লৈবাক্না তারবা বাধনা কৃষ্ণবু খগুন তৌবগী ইশৈ অমা ইংনা শকলকই –

পামজদে অমুবা জাৎসে, ইতা!

লূতুংদা তাবকপা খোইখোইবা শম্লাংনা কালমৃতুগী অমুবা লীল ওইদুনা চিক্লবে রাধাগী থম্মোয়দা . . .।

কাদু উন-ব্লাইমুক চিকই। লৈমাযদা য়েৎতুম তাবগী মখোল ফাওবা তাবা ফংই। যাদু-মন্ত্রনা শুস্কৎপগুম মী পূন্নমক তুমিন-তুমিন ফমই, ব্লা মচেৎ অমতা ঙাংনদে। ইশৈগী অহানবা পরেং শক্তোরপমক্তদা ঐনা উরকই চন্দ্রকান্তনা লূকথরগা লোন্না হাইফেৎ মোমোন নোকপদু। পুক্নিংদা খল্লকই – করিগী মহাক্না লোন্না থুপ্না নোকলিবনো? নক্না ফমলিবা রাজশ্রীগী লৈবাক্না খঙদ-উদবা অকায়বা করি মহাক্না থেংনরুরবা? ইশৈ নুংশিবা তারগা মীনা খুবাক খুদুনা থাগৎনৈ, চোম্থ-শাংথনা খুরগনা ইশৈগী অব্লাংবা থাকপু ফোঙদোকই। কনাগুম্বনা থম্মোয়গী অপেনবা ঈহৌ ফোঙদোক্তুনা 'ভালো' লাওনৈ। করিগুম্বদা শেল থাবা, মেদল পীনবা লাওথোকপসু লৈ। মসি অমতা নত্তনা চন্দ্রকান্ত সিংহনা লোন্না-থুপ্না নোকলিবা করিগীনো? অসুন্না অসুম খল্লম্বদগী ঐগী পুক্নিংদা মঙাল অমা লাপ্না উরকই।

চন্দ্রকান্তগা ঐগা খঙ়নরকপা কুইরে। লাপ্নরিঙৈ লাই ওইনা উবা নকশিন্নরুরগা মী ওইবা মীগী মচৎনি। অদুবু ঐগী মিৎয়েংদা চন্দ্রকান্তবু হন্থনা উবা লৈরক্তি। ঐনা মাবু পাওনা রোড়কী লম্বী মপালগী খবর য়োনফমদা নুমদাংব্লাইরমদা হেক হেক উই। খাদিগী পাইজমা, ঙকশম মতেক অমা হাপ্না পূময়াৎ, ব্লেষ্টকোৎ মাগী ফিজোলনি। ইংরাজী মেগাজিন অমা অনী লৌখত্তুনা য়েংবা, খবর লৌরগা একাগড়ী

ভোংদুনা থুনা চৎখিবা মাগী নুংতিগী মচৎনি। খবব, মেগাজিন্নচিংবদা মহাক্না ইথোবকপা পাকুবা মীনা মাগী ইবগী লৈতেং অমসুং মিৎযেংগী মবমদা ৱাবিনৈ। থাগৎপা মীসু যাওই, নোক্নবা কাংবুসু। মাবু শেংনা খঙবা মীদি অমতা নত্তে। শক্তাক-ৱাহৈ অমা মাগী মমিংদা হাপ্পা তাববদি অসুন্না হায়নিংই 'এ কলচব পার্সন'। নোংমা অঙনবা অযুক্তা মহাক্না ঐগা উনৈ। ঐনা ইখোং-থোংনা চক্তুনা উনবনি। মবম থোইনা লৈতে, উননিংবগী অকনবা লীচিংনি। মহাক্না ঐঙোন্দা হংই, ইবুংঙো ইবেম্মা হায়বা মীকৌ-মীবম শিজিন্নদে। মহাক দ্রো-দ্রো ঙাং-শকপা মীওই ত্তে। মাগী মাযথোং অমসুং সুবনা চৎনবীগী মহৎ শিনবনি।

'কবি লৈবগে?'

ৱাহৈ অমা অনী মতৎ মতৎ হাযদুনা ঐনা মাঙোন্দা ইশাগী অওইবা খঙহল্লি। অওইবদি ঐনা মাবু উনবা অযুকসিগী মমাঙগী অহিংদা মঙদা মাবু উবম্মী। টেবলদা চেনা য়োমদুনা থমলিবা হৈ অদু খুৎনা পাযবগা ঐনা মখা তাই,

'পীজনিংদুনা কৈথেলদগী লৈবকপনি। অচম্বা পোৎনি, লৌবিযু।'

ঙকতক তৌবম্বদগী শকফম হঞ্জিন্দুনা ঐঙোন্দা য়েংঙকই। ঐগী পুক্লিংগী ফোঙদোক্তবা ৱা মহাক্না হাইফেৎ উখিবগুম তৌই। ইবানিমক তুমিন তুমিন ফমই। মাযগা মাযগতনি উনবা ফংলিবা, মবমদি টেবল অদু মখল মখলগী লাইবিক্না ৱাংনা মবোল মবোল পৈখক্তুনা থমই। বা মচা অদুগী ফক্লাংদা বামকৃষ্ণ পবমহংস, শ্রীমা সাবদা, স্বামি বিবেকানন্দ অমসুং অববিন্দ ঘোষকী ফোটো মিংশেল চন্দুনা থেৎলি। ফোটোশিং অদুদা মবক মবক্তা যেংদুনা হান্না খঙহলহৌদনা উনবা ঐগী মচৎথোক অমসুং কোইজবা মওংদু খঙলদুনা মহাক্না ৱাবী শাদুনা ঐগী পুক্লিং ফাথবী,

'ইবুংঙো, বামকৃষ্ণগী মবমদা ইবা লাইবিক খবা পাখ্রববা?'

'পাজদ্রি তামো।'

'শ্রীমা সবদাগীদি?'

'পাজদ্রি।'

শ্রীমা সাবদাগী পুন্সি-বাবী হৌগক্তুনা লাইবিক মযাম থম্বা অলমাবীদগী খন্দোক্তুনা ঐঙোন্দা পী, অদুগা হায,

'পাদুনা যেংঙু। বামকৃষ্ণগী নুপীনি। বামকৃষ্ণ মশামক্না সাবদাবু মহাক্না নিংজবিবা মা-কলি মক্লি হাযখি।'

'তামো, অববিন্দ ঘোষ অহানবদা বিপ্লবী অমা ওইবম্ববা? বৃটিশ সবকাবগী

মায়োক্তা থবক তৌরব্রা?'

'ওইরম্মী। জেলদা লৈরিঙৈ মনুংদা মহাক কৃষ্ণ দর্শন ফংজখি। রাজনীতিগী লম্বী থাদোক্কুনা মহাক লাইনিং লম্বীদা চংখি। পোণ্ডিচারী আশ্রামদা মীয়াম্না মাগী দর্শনগীদমক লাক্নে অমসুং খৌরাংনা ঙাইনৈ। মিৎকুপ অমতনি মহাক্না অরাংবা গেলেরীদা লেংথোকপিরকপসি। দিলিপকুমার রোয় মাগী শিষ্যনি।'

'দিলিপকুমার রোয়না ইবা শ্রীচৈতন্য কৌবা দ্রাম ঐ কাবক-শাবক পাখ্রে। মাগী ভজন 'লচক লচক বিজলি ধরকে' তামোসু তাবিরম্লগনি। ঐদি গলারাতী সুর তাবা হৈতবনি, অদুবু রোয়গী ভজনসিদি খক কাওবা ঙমদে।'

'ইবুংঙো, মীওইনা পোক্লবসু বোয়গুম্বা মীদি কৃপা ফংলবনি হায়বা যাই। ঐগী অঙাংবু ঐনা দিলিপকুমার হায়না থোল্লিবসি, সিনেমাগী অফাওবা নায়কতগী লৌবা নত্তে। কবি হায়গনি? মতম অমদি ঐগী পুন্সি অসি থাদোক্লসিরা খল্লুরবনি।'

রারী অসুম শারম্নদগী মতাংসি য়ৌরকপদা ইবাননি ঙাইহাক তুমিন-তুমিন্না লৈ। মতা চারুদুনা মিৎচানরুই। ঐগী শিংলিদা ফাওরকই মহাক নুপী-নহা থিদবা অথোইবা মীশিংগী পুন্সিবু পামজবমই মতম অমদা। 'ঐখোয়গী অশোনবনিদা ইবুংঙো, ঙমদবগী তৌবনি — অরাংবা ফিদম অমগী মতুং ইনা হিংবা ঙম্লবদি মীওইনা পোকপগী মমল চপ চানা খঙবা ঙমগদবনি।' ঐঙোন্দা হায়ফেৎ য়েংদুনা মহাক্না মখা তাথরকই। চন্দ্রকান্তগী মরনাইগী পুন্সি অমা চপ চানা লৈ। মীনি মহাকসু, অদুবু তরু তরুবা লমচৎকী মঙাল অমদি উবা ফংই। অসুক কুইনা তিন্নরকপদা মহাক্না অশাওবা ফোঙদোকখিবা থৌদোক অনীখক্তং থেংনখি। অমনা মখোয়গী ইমুংদা ঐ ফমদুনা লৈরিঙৈদনি। লময়ায়দা কোয়চৎ চত্তুনা মহাক্না হায়খি হঞ্জিল হঞ্জিল, কনাদা করিগী শাওরিবনো হায়বসু ঐ খঙবা ঙমখিদে, 'চন্দ্রকান্তদদি মদু য়াবা নত্তে।' অমনা লৈবাক্কী রাফম অমগী মতাংদনি। লমজাওদা চৎমিন্নরিঙৈদা মহাক্না ঐঙোন্দা হায়খি, 'নন্দকুমার, ঐদি অহল-লমনশিংসে য়াম্না নুংশিনা তৌজবনি, হন্দক্তি য়াম্না য়ানিংদে।'

নোংমা ঐ চন্দ্রকান্তগী ওফিসতা চৎলুই। কালেনগী নুংথিল মমৈনি। মহাক করিগুম্বা অমা মাগী টেনোদা দিকতেৎ তৌদুনা লৈরম্মী। মহাক্না ঐগী মিং পন্দুনা কৌরকই অমসুং হায়খি,

'নন্দকুমার! চংঙকউ চংঙকউ। ফমসি লাও।

ইড্যুকেসন সেক্রেটরীনা ঐঙোন্দা মিটিং অমদা ঙাংলুনবা হীরম অমা

শিন্নরকই। করিশু কান্নদবা জাৎনি। চা থকসি।'

মহাক্না ষ্টেনোদা য়েংদুনা মখা তারকই, 'রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা থাজখি মীগী মপোক্কী লোয়নরকপা মগুণদি কলাগী তোংঙান তোংঙানবা লম্বী কয়াদা মথ্বায় য়াওনা চংজরবদি নোংমা শোয়দনা ফোঙদোকপা ঙমগনি। ঙমখৈ নাইদ্রবা তাইবং ঈপাক লানবদা মীনা মশা মশানা থোং ওইবা তাই। কনাগুম্বা মপা অমনা মহাক্না খঙলিবা অদু মাগী মচাদা খঙ্হনগে হায়ববদি মচাগী পীথোরকপা তৃম্বগুম লৈরিবা শক্তিশিংদু হান্না মিৎকপ থোকহনবা তাই, নৎত্রবদি খঙ্বা ঙমলোই। উরবসু কান্নদে, তাববসু অরেম্বনি, খঙবু খঙ্দ্রবদি। পৃথিবীসিদা মী পুন্নমক্না পোৎ কয়া কয়া উরবনি অমসুং তারবনি, অদুবু পোৎকী মমল খঙবদি অথোইবা মী খরতনি। ঐখোয়না অচৌবা মালেম্বু পাবা মখৈ পারগা অর্থ লান্না হল্লি। মবম অসিনা মীগী মগুণ পুথোকপা ফোঙদোকপবু মহৈ তম্বগী ময়োলদা থম্লগা রবীন্দ্রনাথনা ইশৈ, লাই যেকপা, মূর্ত্তি শাবা, লীলা শান্নবগী পাম্বৈ কযা পুশিন্দুনা মাগী শান্তিনিকেতনদা চাং যেংখি। অহানবদা, মশামক্না লীলা ইদুনা, মশামক্না লীলা যাওশিন্দুনা ব্লানা হৌদোকখি। তুমিন্না ফমদুনা লৈবগী মহুত্তা কবিগুম্বা অমা শেমগৎ-শাগত্তুনা শকলোন লিশিংনা তিল্লবা ব্রহ্মাণ্ডগী মশেক অমতং উবা ঙমনবা হোৎনবনা মহৈ তম্বগী পন্দমনি; কলাদা চংজদুনা মশাবু খঙনবা থিবা হায়বসি শিক্ষাগী পম্লুংনি।'

মতম অসিদা ঐ মাগী মাযথোংগী অওনবা, মাগী ব্লাখলগী ঈচেল, য়েংদুনা খোঙ্গুল লীদুনা তুমিন্না ফমদুনা লৈ। মতম খবা উনকুদ্রবা মতুংসিদা, নৌনা ঙসি উনবদা কবিগুম্বা অহোংবা অমদি ঐনা মঙোন্দা উবা ফংই। মহাক উৎমানবা মচুগী সুট অমা নান্না শেৎলি, যান্না পকচৈ। মানা ষ্টেনোদা দিকতেৎ তৌবসু ইংবাজীদনি। মাগী মাযথোংদা কবিগুম্বা অমা মাঙখিবগী মমি তাই। মহাক্না ঐঙোন্দা য়েংদুনা হায়বকই,

'নংসু ববীন্দ্রনাথকী শৈবেং পাবদাই। মৈতৈলোলদা হন্দোকপদুনা কমদৌখ্রে?'

'মবক মবক্তা অদুম পাবি। মৈতৈলোলদা হন্দোকপগী থবক্তি লেপখিবা কুইবে। অহল অমনা ফজবা ব্লাহৈনা ঐনা গীতাঞ্জলি ট্রান্সলেসন তৌবা থিংখি, মমৈ থংদা মাগী অনিংবা অদুসু থবক ওইনা উবা ফংখি। তামোনা ঙাংবা তাবগা কবিগী মরমদা খবা হেন্না উশিল্লকপগুম তৌই।'

'অচৌবা মীশকনি, ব্লাখল লৈবা অইবনি। ববীন্দ্রনাথকী অতেনবা ব্লাবীশিংসি মহাক্না অহল ওইরবা মতমদা ইখিবনি হায়না পণ্ডিৎশিংনা কন্না মত পীরি। মসিসু

অঙকপা অমনি।'

করি নুংশিৎ থেংনরুবনো খঙহৌদে। তহা তহা ফমলম্বদগী ফুক হৌগৎলগা ষ্টেনোদা হায়, 'টাইফ তৌরগা, এনভিলপ অমদা হাপ্তুনা, সেক্রেটারী ইদ্যুকেসনগী এদ্রেশতা পিওন থাদুনা খরা থিলহনখো। ঙসিমক শিজিন্নগদবা পোৎনি।'

ঐঙোন্দা অমুক ওনশিল্লকই অমসুং হায়,

'নন্দকুমার, ওফিসকী রুটিন ৱার্কসসি করিগুম্বা কান্দা দ্রাই ওইরকই। ঙসিদি ইবানি কোয়থোকলুসি।'

ঐখোয় অনী গাড়ী তোংদুনা চৎলি। চন্দ্রকান্তনা হায় খরা লাপ্না চৎসি। ড্রাইভরদি লম-তু য়াম্না খঙ্গল্লি। ঙাইহাক্কী মনুংদা সহরদগী ফনা লাপথোকপা মাল্লে, লম্বীগী নাক-য়েতা উরিবা য়ুম-কৈ, ৱাপল-উপল, তৃ-খোং, থাইনা উপুদা হাপ্তুনা থমখিবা পোৎ থেংনরুবগুম হেক উবদা নুংশিবা ফাওই। অঙাং ওইরিঙৈদা চেন-চোংদুনা শান্নখিবা লম্মাং-তুহাং নীংশিংলকই। পুথ্রী অচৌবা অমা লৈরম্মী; মায়গে মরি মক্তা ৱাগী নাল্লবা থোঙ্গ্রা শাদুনা লৈবা উই। পুল কাংনানবী পুদুনা খুলগী নুপীশিংনা ঈশিং শোকপা লাকই। পুথ্রীদু থম্বাল অঙৌবনা মখোক শাংনা শাংনা থিনগত্তুনা নুমদাংৱাইরমগী লংলবা মঙালদা পূমঙৌ ঙৌনা শাৎলি। অইংবা নুংশিৎনা ইবানীবু নমদুনা ফমহল্লি। চন্দ্রকান্তনা ৱারী শাবা হৌবকই,

'ইবুংঙো, নুংঙাইত্রা মফমসে। মীগা মহৌশাগী ওইবা পোৎশিংগা য়াম্না নক্লে হায়বসে চুম্বা জাৎনি। উ-ৱা হৈ-লৈ উচেক-ৱায়াগী মশক উবা ফংদবা, মখোল তাদবা সহরদা লৈবা মীনা খুঙ্গংগী মীদগী খোয়রাং-খোয়শাওবা হেল্লি।'

'অচুম্বনি তামো, পুকনিংগী অফা-অপুনবা পুন্নমক শ্বাই মাঙখিবগুম তৌই।'

'ইবুংঙো, ঙসি নংগা উনবসি মমাংঙৈদা লুনা তিন্নরম্বা অরিবা মরুপ অমা থেংনবগী ইহলদু ফাওই। তহা তহা ৱারী-ৱাতায় শানিংবা পোকই। নংবু নংনা নুংশিবা মীগা লোন্না-থুপ্না থমদ্রা?'

'কবি থমদনি, তামো।' ইবানী মখোল থোক্লা নোকমিন্নে।

'য়াম্না নুংশিবা জাৎলা? মশক-মতৌ কমদৌই?'

'নুংশিখ্রেদা তামো! মশকসু ঐঙোন্দদি য়াম্না ফজে।

'লৌন-লৈনবদি মতাং চাদ্রিবরা?'

'হেন্দোক্লা য়ারবনি, অদুদা. . .'

'করি তৌরবা অদুগা?' মহাক ঐঙোন্দা হাইফেৎসু য়েংঙকই।

'ঐদি ইপোক্কী ওইনা থবক্কা মপা ইচা-চাগন্দে। নুপী অদু ময়ুম পানখ্রে, মচা অমসু পোকখ্রে তাই।'

'হৌজিকসু মহাকপু নংনা নুংশিরিব্রা হায়রিবসিবু?'

'নুংশিরি। নুংশিববু ময়ুম পানখ্রগা হেক তোক্লবা হায়দোক্লবা য়াব্রা? ইতৈমা অমা লৈ, মহাক ঐনা য়াম্না পিকলিঙৈদা ঐখোয়গী শাগৈগী তাদা অমদা লুহোংঙকখি। মচা নুপা অহুম পোক্লবা কাইনথং ফাওবা ইতৈমনা মচিননা থোক্লা হায়বা তাখি — মখোয়গী লৈকাইদা লৈবা নুপা অমনা মাবু য়াম্না নিংই। মহাক্লা ঐখোয়দা লাকখিবা মতমদা নুপা অদু য়াম্না নুংঙাইহৌদে। নোংমতা নত্তে, অহুম মবিবক নুমদাং ফমমিন্নবদা ইতৈমনা শোনবা ঐ তাখি।'

'চুমইদা অদুবুদি, লৌন-লৈনবা ঙাক্তনা নুংশিনবা নত্তে।'

ঙাইহাক লৎকক তৌবগা, মহাক্লা মখা তারকই,

'নন্দকুমাব। নংনা তানিংবা মৈতৈলোনগী ইশৈ অমতা লৈত্রা?'

'ঐদি মৈতৈলোনগী ইশৈ কযা তাদে। ঙাংবম নিমাইগী ইশৈ খবদি থব্লায তানা শকলমই মতম অমদা। ইমান্নবশিংনসু লৈবুং ফম্বদা নিমাইগী ইশৈ শকউ তাশি, নংনা শকপদা তোপতোপ্পা নুংশিবা অমা যাওই হাযবি।'

'ঐদি হন্দক মবকসি মৈতৈলোনগী ইশৈ নুংশি নুংশিবা তানিংই। থব্লায়না শ্যামগী নাক্তা . . . . পামজদে অমুবা জাৎসে, হায়বা ইশৈ তাবগী পেনবা নাইদে। নংদি নুংশিদ্রা?'

'নুংশি। তাম্মোগী থব্লায়দা ফল্গু গঙ্গাগুম্না লোন্না থুপ্পা রোমন্সকী ঈফুৎ অমা লৈবগুম উই।'

চন্দ্রকান্ত সিংহ অমসুং ঐ খোঞ্জেল থোক্লা মকালাম্না নোকমিন্নে। মহাক হন্দক মণিপুরী সংস্কৃতিগী কুম্মৈ উৎলুনবা মীরৈবাক্তা চৎলুই, হল্লকপা থা অমা-অনীমুক্তা মঙায়রি।নুপা নুপী পুনবা জগোয় ইশৈগী কাংবু অমা পুদুনা চৎলুবনি। মীরৈবাক্তগী হল্লকপদা ঐনা মাবু উখি যেন্নিংথানা লাংগোল্লবা অনৌবা পুন্সি অমা ফংলকপগুম। ব্লাঙাং-শাঙাং ফিজোল য়েংলগা মাগী পুন্সি নাচোমদা অতোপ্পা লৈচল হাপচিল্লকপগুম ব্লারী শাবা যাম্না নুংঙাই। লম-তু চৎলুবসি নুংঙাইরকপ্রা হংবদা নোংমা মহাক্লা খুমখিঃ 'মিক্সাদ রি-একসননি, অব্লা-নুংঙাই ইয়ান য়াম্নে।' ঙসিদি ঐ মাগী পাওখুমদুগী অনৌবা অর্থ অমা ফংবগুম তৌই। রাজশ্রীগী ইশৈ লোইরবা মতুং ফনা কুইনা ঐ মংলান্দা তাওরুই — অমম্বদা মাদুনা চৎলুই। ○

# চাখিদ্রবা হৈতুপ

ইন্দ্রজিৎকা ঐগা লম্বীদা থেংনৈ। মাগী ইহৈ হৈনিংদবা মশক উবদা ঐনা মাঙোন্দা হংই,

'নংবু লাই-তীল ওক্করুরবরা? অয়াম্বা মতমদা মোমোন্তা নোক্নুনা লৈবা নহাক্না ইশুক শুকথনা উববু করি তৌরবগে?'

'মীওইনা পোকপসে খঞ্জিন্নুরবদি শুইন্যনি।' ইতন তন্না মহাক্না খুমলকই।

মহৌশাগা মান্নদবা মাগী ৱাঙাং-শাঙাং তাবদা ঙসিসি মহাক করিনো অমা তৌবে হায়বা ঐ খঙই। মখা তানা ৱাবী শাগদবদা ঐ খৌতক চায়। মাগী ৱাখলগী পোইরৈ য়েংদুনা ঐনা মাঙোন্দা হায়, ইতিং তিংনা হায়বদি নত্তে।

'হোইনে, মচেৎ-মকায়দগী হেন্না উবা ঙমদবা মীওইবা ঐখোয়দদি জগৎসি খন্থুরুববদি ইমম মমই। নংবু ঙসি কনা উনরুবগে?'

'ইন্দ্রজিৎ, ঙসিদি ঐনা লুখ্রাবী অমা ময়ুম য়ৌনা থিনবিরুই। মাগী ৱাবী তারুবগা থম্মোযসি পুবা ঙমদদুনা তপ-তানা কপমিন্নরুরে।'

'মাগী ৱাবীদু ঐসু তাবা যাগদ্রা? তম্মুদনা তাশি।'

ইন্দ্রজিৎনা অসুন্না ৱাবী হৌবকই –

'নুমিৎ তাগদবসু ফনা যান্না ৱাৎলি। লমজাও সোবোক মীনা অকা-অকুম তৌবা মতমনি। মকোক খুন্থী, মীয়ায চল্লবী নুপী অমা ঐ তমনা পবপ পবপ চংশিল্লকই। মযেং তারবা মায়থোংদা নহা ওইরিঙৈদা ফজবম্বগী মমি চাউনা তারি। মখোঞ্জেলসু য়ামনা নুংশি। ইকাইবপ তৌনা মহাক্না ঐঙোন্দা যেংদুনা হায়বকই,

'ইবুংঙো, ইমাদি ঙসিসে ইঙাও ঙাওরে। নুংথিল পোবোপ্তা লম্বী লম্মুক্করে। কৈথেল কারুবদগী কুম্মকপনি। অসুম কোযনা য়েংবদা লম-তুসে ইনৌ নৌনা উরে। ইমানা খঙজবা লৈরক কোম্বোং অমতা উদ্রে। মফমসি করি লৈকাইনো? ঐনা লাকলিবা লম্বেলসে ফনসু শাংলরিনি।'

নুপী অদুগী মকোক্তা থুম্মোক মচা অমসু পুরি, কৈথেল কাদুনা পোৎ-চৈ

লৈরুবা মাল্লি। ঐনা মঙোন্দা খুমই,

'শগোলবন্দ মোইরাং হনুবা হায়বা মফম অদু তাত্রা ইমাবু? মফমদু য়ৌরেদনা ইমাবু কদায় য়ৌগদবনো? ঐ থিনজরমগে?'

নুপী অদুনা হায়রকই,

'ইসে! ঐদি ঙাওরেদনা উরিপোক লম্বীদদি কুমদ্রদুনা, শগোলবন্দ লোমদা হল্লবদি কদায়দগী য়ুম য়ৌগনি।'

নুপী অদুগী লৈকায় খঙদোকলে। মাগী য়ুমলোন-কৈরোলনবা তংতানা খঙলে। অশম্বা লৈরক-খুল্লক চত্তুনা ঐনা মাবু ময়ুম য়ৌনবা থিনবিরুই। নুমিৎ খম তাবদা মহাক্কী ময়ুম য়ৌই। লম্বীদা চৎনা চৎনা মহাক্না ঐঙোন্দা ৱাবী শাবকই,

'ইবুংঙো, ইমাগী লাইবকসি থীখ্রেদা। লুখ্রাবীনা য়ুম পুবা, মচা যোকপা তবাই তরাইবা থবক নত্তে। নচন অমতং থনমই, মহাকসু লাইনা লৌশিনবীখ্রে। ওম্মেক্না ৱানা হিংলেদা ইমাদি। শিবা ঙমদবগী অদুক লৈববনি।'

'ইমা, পাবুং লৈখিদবনা কয়া কুইখ্রবা? ইচন্না কবি ওইনা নাদুনা লৈখিদবা?'

'নপাবুং লৈখিদবসি চহি মঙা হায়ররিগনি। নচন্না চহি তরা চংলকপা অদ্বাইদনি। ইবুংঙো, কুইনা নাবমদে নচনদো, চুম্নগী শাগৎ ঙানখত্তুনা নাখিবনি। অদুক শাথীনা শিবা য়ানা নাগনি থাজকদে। অসুম খল্লুবগা থৱায়সে পুবা ঙমলক্তে। ইবেম্মা লৈখিদবা থা অহুমতা মঙায়রি।'

মহাক হিক-হিক কপ্ই, ফিজিনা মপি তৈথোকই, ইন্দ্রজিৎনা ঐঙোন্দা তমই। ঐনা মাঙোন্দা হংই,

'নুপী অদুগী মরী-মতা অমতা লৈত্রবা জাৎলা?'

ইন্দ্রজিৎনা হায়,

'ঐনসু ৱাফমদু নুপী অদুদা হংই। মদুদা মহাক্না অসুম্না খুমই — ইবুংঙো ঐসে হিংচাবীনি। ইপা ইমা কনা অমতা লৈত্রে। ঐবু পোকপা অহলগী মশক্তি ইমিৎসিনা উবা ফংহৌদে। ইমাদি ঐনা য়ুম পাল্লবা মতুংদা লৈখিদবনি। ইপুবোইবসু ঙক্সনা চাথোকখ্রে। ইমা-ইচাদা তরক তরক লৈজবনি।'

'ইবেম্মদু পুংকক্ উখ্ররিগনি। মশা ইনখৎলকপা মতাংনি, মশক-মতৌ চংখোল্লমগনি।' — নুপীদুগা ইন্দ্রজিৎকা ৱারী শাবদু ঐঙোন্দা তমই।

'মপোপ-মতাং য়াম্না ফৈ, মপাঙ্গল থাজদনা কল্লি। ইমানা লৈতবনিনা, ফৌশু লল্লোলদুনা জীব হিংনবা হোৎনবদা, নচননা মতেং য়াম্না পাংই। চক্রী লৈবা

ঙমদদুনা অহানবদা ফৌবী ফাত্তুনা শুরমইদো। ইবেম্মনা হায়খিবা ব্লাদো ইমানা খক কাওবা ঙমদে। ইমা, হন্দক্তি চক্রী অমা নৈসিকো। ফৌবী ফাৎপসে খুৎ যান্ন্রা পোকথোকই।'

'ইমা, নুংঙাইখিদ্রেদা নংগী ব্লাসে তাবদা!'

'নুংঙাইতেবো ইবুংঙো, শিবসু হৌনৈকো। অদুদা ইচানা তপ্পা চাগী খুজি ফাওবা হয়েংমুক্তা লৈগে খন্নুদুনা ইচাগী খুত্তা শিহনবা ঙমখিদে। মাগী মতেংদগী ইমুংগী অব্লাৎ-অপা মেনবা হৌরক্লবনি। মানা চাক থোংলিঙৈদা ইমানা চক্রী তক্লুনা ফৌবী ফাত্তোকই। চাক চা-মাঙদা ইমা ইচা চংদুনা ফৌ লীখায় অমদি ঙোশ্রোক ঙৌনা শুদোকই। চাক চামিন্নবগা ঐনা ঙস্তানা চেং তাইবা কৈথেলদা হেক হেক চৎলি, ঙন্নসু কুম্মকই। নচন্না চাউশিন্নক্রবা অদুদা, কৈথেল থেংনা কুম্মসু পুক্লিং ব্লাই চিন্নি।'

'খঙলে ইমা, নংনা শু-নোমলিবা পুন্নমক ইচন অদুগীদমকনি। হৌজিক মহাক খঙহৌদনা থুপখ্রবদা, ইমানা কনাগী মতৌ যেংদুনা হিংগনি।'

'ইবুংঙো, নংঙোন্দা কবি হায়না তন্নসিগে। নুমিদাং চাকচা তোক্লগা মমিৎ-মখোং ওইজহৌনবা ইমানা নচনবু ফনেক মপাল নাইবা লোনবা তম্বীদো। তৃন্নিংবনা খক-খক চিংদুনা মহাক্লা সামুক মমাঙদা থাদুনা ফম্বদো কাওবা ঙমদে। পুক্লিংদা নোকনিংলবসু হৈহননিংবনা ঐনা নচনবু চৈবী। তৃন্নিংবনা মুন্নবদা মমায় তাথোক্লগা অমুক অথেংবা অহিং ফাওবা মহাক ফমই।'

'ইমাগী ব্লাসি তাবগা ঐ খোঙ্ থাংদুনা য়ুমদা হনবা ঙম্মোইদৌবি। তোকলো ইমা! ইচনগী ফিরোয় ঐনা চাওনা শোনগনি।'

'নুংশিদা ইবুংঙো! নংগী ব্লাঙাং তারগা ঐগী অব্লাবা খরা কোকপশুম তৌই।'

নুপী অদু মখোল থোক্লা কপই — ইন্দ্রজিৎনা ঐঙোন্দা তমই। মহাক্লা মখা তানা নুপীদুগী ব্লারোল চপ চানা ঐঙোন্দা হায,

'ইবুংঙো, ইমানা চৎলিবসি শুন্দনি। তশেংনা ঙাওদুনা চত্তে হায়বতা ঙায়রবনি। কৈথেলদগী হন্নকপদা কোম্প্রেং মপা হেন্দোক্লুনা চৎপা কযানি। নং থেংনরমদ্রবদি ঙসিসু ঐ যান্ন্রা কঙাওনরমগনি। শংলবদি নং খরা খরা চৎথোরকউ।'

'তোয়না লাক্কনি ইমা!'

ঐনা খুম্বা নংদে, মহাক্লা মখা তারকই,

'নচন্না নাবা হৌগৎলকপদা, ঐনা কৈথেলদগী হৈতুপ খরা লৈরকখি। মহাক হৈ

চাগল্লি। থুম্মোক্তগী মহাক্না তাপ লৌদুনা চাগে তৌই। মহাক্তি চানিংঙুরবোই। ঐনা মুনবীদো।'

'ইমা, মহাক মচেৎ অমত্তা চাখিদ্রা?

'চাখিদ্রে। ঐনা হযেং নাবা ফবগা চাও হায়খি। পেলহৌদ্রেদা ইমাগী ইবুংঙো। মহাক্না লৈতবা নুমিত্তুদা লৈকাযগী মীনা নচনবু থাংদোকপদা, ইমুং লময়াযদা হৈত্তুপ অদু ওস্তবকই।'

'অকোনবগী ৱাফমসি ফোঙদোক্লদুনা নুপী অদু ও-খোংনা কপই। মরুপ, ঐসু কপথোকলুবে ঙসিদি। পাও তম্বা তাবদা অসুক নুংঙাইতবসিনদি, মবুক্তগী থোকপা মচা কাযনববী মমাগী মফমদদি কবি ওইববিগনি?'

ঐনা খুমই, 'ইন্দ্রজিৎ, মমা ওইবীশিংনা মচা নুংশিবগী চাং ঐখোয় নুপানা খঙবা ঙমলোই। নুপীদি মচাগীদমক শিবা কিদে, শিবা ঙমই। নুপীদি মচা কাযনবদা বুদ্ধি চোইখিবগী ৱাবী লৈ। মচা কাযনবগী মৈচাক খাঙবা ঙম্নবা মমানা থবক্তা পুক্নিং থম্নবা লাক্লে।'

ইন্দ্রজিৎকা কোযথোকমিন্নবগী মহুত্তা নুমিৎতুদি ঐ যুমদা ঙন্না হঞ্জিলকলে। ○

# ৱাহং অমা

ৱাকচীংগী ত্রৎ ত্রৎ চিংশিন্না ইংলবা অহিংনি। নোংযায মত্তুং পুং অমা তাবে। ডাক্তবখানা যৌনবা চৎপদা কবিঙম্না অমতা উবা ফংদে। নক্লা চৎমিন্নবিবা ঐখোয মবি-মঙাগী মশক মমি-শামিঙম লেং-ওৎপা উই। খবতং থাপতোক্লখিবদা ৱা ঙাংন-শানবগী খোলঞ্জেলতমক তাবা ফংই। পৃথিবী অসি অমম্বগী অচৌবা লৈবাক অমঙম উই। কম্পাওন্দব অমগী মত্তুং ইন্দুনা কা অমগী মনুংদা ঐ পরপ পবপ চংই। নশবী বেড অমদা থমলিবা পোকপা নোংমা-নিনিদা ঙাইবিবা অঙাং অদুবু কুপলিবা অঙৌবা ফি অদু হাংদোক্তুনা মহাক্না ঐঙোন্দা অঙাংগী মশক য়েংহল্লি। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়,

'নুপানি, মশকসু য়াম্না ফজৈ।'

ঐ ব্রা ঙাংদে, ঙাংনিংঙাইসু লৈতে। ঐ মিৎ কুপ্তুনা অঙাং অদুদা মুন্না য়েংদুনা ঙাইহাক লৈ। লোংনা হিপ্তুনা লৈরিবা অঙাংগী মশক উরুবদা য়াম্না নক্লবা ঐগী মরী-মতা অমা থেংনবদা পোকপা নুংশিবগী ইহলদু ফাওরকই। কম্পাওন্দরনা হায়বা চুমই, পোকপদা ঙাইরিবা অঙাংনা মশক-মতৌ অদুক চংখোনবা ঐ অমুক্তা থেংনদ্রি। ব্রাহং অমদগী হৌদুনা ব্রাখলনা ঐবু চাগদবগী তান্রে। হেক লেপ্লগা থংনবা মিংকুপ্তা হেক্তা খনবা হৌই। ব্রাখলনা ঐগী খৌরি চরম পায়দুনা মেৎলি। ঐনা শিবগী মরমদা খল্লি। নুপা ওইনা পোকপগী মরমদা, নুপী ওইনা পোকপগী মরমদা, মশক ফজনা পোকপগী মবমদা, মশক থীনা পোকপগী মবমদা, — ব্রাখলনা লাই শাবা নত্তে, অওইবা অমা খঙনিংঙকপনি। অঙাং অদু হেক উবদা ঐনা থাইনা উখিবা করিগুম্বা অমা নীংশিংঙকপগুম তৌই। অঙাং অদু পিক্লা মূর্ত্তি শুই। পোৎ অমা চাউথোকহনবা নত্রগা পিকশিনহনবা ঙম্বা ময়াই চেনবা মিংশেল খান্দুনা য়েংবদা উবগুম, অঙাং মচাদু পোকপদা ঙাইবগী হৌনশা পিকচরবসু মপুঙ-মরৈ নিংথিনা ফারে। মাগী মশক্তু তরু তরুই — শেংনা ঈকুজরবা, মশম-মনা তনান-তনান হাৎলবা, ফিশেং শেৎলবা মী অমা অঙনবা অযুক্তা উনবগী মতৌদু অঙাংদুদা অসুম য়েংলুবদা মাল্লকই। নুপাগী লাইবক, চিরাইগী হামজিনবা শরুক পিক্লবা মাগী মায়থোংদা উবা ফংই। অঙাং অদুদা মুন্না য়েংনিংবা অমা ঐ কন্না ফাওই। তুমতক তৌবা মনাতোনগী ফল্লপ তাবা নাকচী অনীদু ময়েক শেংনা উই। মশম নিংথিনা হৌই, মুশিন মুই। অঙাংদু মপোপ-মতাং শাংই; মাগী খুৎকী খুৎশা মচাশিংদো তশাং তশাংই। ঙাইহাক্তুদা মিৎফম হোংদনা য়েংনিংবা অমা ফাওরকই। মাগী মশক্তু য়েংলগা মহাক্পু পোকপা মপানা চহি কুন্থ্রগী মমাঙদা ওইখিবা অঙাং-নৌরাগী মশক্তু খঙনিং নীংশিংঙকই। ঐগী নুপীগী মতমবাক্তা খোম নঙথবা য়াদুনা লৈবা অহানবা পোকপা ইচানুপাগী মশক্তু মিত্তা শং শং উরকই। অঙাংগী হকচাং কায়াৎ মপা মমাগী অনীগুবা হকচাংনি খল্লকই। কুইনা কুইনা কান্নরবা মতুংদা অঙাং অদু স্বর অমুক অমুক হোল্লকই। কম্পাওন্দর অদুনা ঐঙোন্দা হায়,

'বাবু, অঙাং অসি য়াররোই। ঙাইহাক মঙায়রে মহাক্না লৈরবদা।'

ঐ মাঙোন্দা য়েংই, মাসু ঐঙোন্দা। হংনা শাবা মীগুম ঐনা অঙাংশিংদা উপু, য়োৎ লৌরুনবা থৌদাই। অখঙবদি খরতা, খঙদবনা য়াম্রবা মীগী পল্লেপফম খঙদবা তুংগী পূন্সিগী মরমদা খল্লদুনা ঐ হৈনিংবা পূন্নমক মাঙখিবগুম তৌই। তাইবং-

পানবসে মঙ্লৈবাক্তুম উরকই। চে-চাং লৌরগা ঐনা অঙাং অদু পমদুনা অহাংবা লম্বাংদা চৎলি নুপামচাশিংগী মতুং ইন্দুনা।

ইমৌনুপীগী মরায়বকসি থীখ্রেদা। অহানবা পোকচবা মচানুপানি। ঐনা চৎনা চৎনা খল্লি। ইচানুপাগী মরায়বক্তা মচানুপা কোকহন-লাইহনগী কুম্মৈ য়েংবা ফংঙু তম্মকত্রবোই। অঙাংসি মনুং-মতম চাদনা করিগী শিরিবনো? থা তরানা মতৌ করম্না মমাগী মবুক্তা অঙাংসিনা হিংদুনা লৈরমলিবা? মপোক্কী ওইনা দোষ অমা লোয়নদুনা পোকপা অঙাংলা? ডাক্তরসু মীনি, মাগী অশোয়বদি লৈত্রা? অসুম খঞ্জিল্লুরগা মীগী মরায়বক হায়বা অমদি লৈ চপয়ুংইনা থাজরকই। ঐগী মাঙমক্তদা পাখং খরনা কোম তৌরি। ঐনা ইনাক্তা থমলিবা মৈফুদা চংশিন্দুনা পমলিবা অঙাং অদুবু মৈ য়াইবির্বি। করি খল্লুবনো খঙ্দে। অশিবা অঙাংবু মৈ য়াইবিবগী করি অর্থ লৈরি? মিৎনা উবা ঙমলিবসি ঙমখৈ অমগী মনুংদনি। নাকোংনা তাবা ফংলিবসি নকখ্রবা মফমগী পনখৈ অমা ফাওবতনি। মীনা হিংদুনা শান্নরিবসি পিকখ্রবা কাংগোই অমগী মনুংদনি। অঙাং অসিগী পুন্সি তেনখ্রেদা। মহাকসু ঐগুন্না ইমুং অসিগী পিবানি। য়েংনিংই মহাক্না শারেপ ফাদুনা ঐখোয়গী ইরক্তা পাম্বেম তিংদুনা লেপ্পদো। য়েৎকী লমদাং অমা ওইনা পুন্সিগী শাফম-লানফমদা চোংথোক্তুনা মায়রোং য়াদুনা মকন্থি উৎপদো। তেনখ্রবা মীওইবগী পুন্সি অসিদা, অমুকসু ব্লাংলেন খরা মশক উৎলম্রগা শ্বাই মাঙখিবসিগী মরম অমা চাউনা লৈরিগদ্রা? অসুম খল্লম্বদগী খংনিং নীংশিংঙকই ঐগী নুপীনা ঐঙোন্দা তমখিবা ব্লাফম অমা।

'ইমা, ঙরাং অহিং মঙ্ অমা মঙ্ই। অর্থ লৈবা মাল্লি।'

'তম্মূদনা তাসি।'

'নুপীগী মশা ব্লাই শংদ্রিবসি, নুপা শোয়দনা পোক্কনি।'

'তানিংদবা ব্লানি নুপ্লামচা! মমাগী মবুক্তা লৈরিবা অঙাংবু নুপানি করম্না হায়রিবনো? নংনা হায়রিবা অদুনা চুম্নবদি, নংদি লাই ওইরেদনা।'

'ইমা, ঙরাং ঐগী মঙ্দা ঐখোয়গী ইবুংঙোদো উরম্মী। মাগী মীশিদো ফজখিদে। নাদুনা শিবা নত্তে, মশা মথন্তা শিজবনি। ঐনা লৈরিবা কা অসিগী মমাংথোঙ্দা মকোক থিংজিল্লকখি, নমদুনা চংনবা মহাক্না কন্না হোৎনখি। ঐনা ঙমদুনা মমাঙথোঙ লোনখি, পুনা থাখি। চিংনবগা লোয়ননা ঐ অমুক মনিংথোঙ্লোমদা লাকখি। ঐনা উহৌই মীগী মমি অমা উপু মমাঙদা তাবা, মহাক উপু অনীগী কারক্তা লোৎখি লৌই। পরপ-পরপ চংশিন্দুনা হেক য়েংবমক্তদা

নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবদুনা ঐগী নুপী লোত্তুনা লৈবম্মী।'

ঐগী নুপীনা অসুন্না মখা তানা ঐঙোন্দা তমই,

'সিনি ইবুংঙো, মতৈ-মনাও হাযবসিদি তাইবংতদা নত্তে, মঙ-হাদসু ইথা থানদবনি।' মহাক্না শকফম হঞ্জিল্লদুনা অমুক হায়বকই, 'ইমা, শোয়দনা নুপা পোক্কনি। অদুবু পুন্সি-নাংশাংগদবদি কয়া মান্দে।'

মেচিন্না শাবা মীগুম্না ঐনা অঙাং অদু উপু মনুংদা হাপচিল্লি, উই অঙাংশিংনা মখুম হাপচিনবা, থৌবীনা চেৎনা কিশিনবা, কোম মনুংদা উপুদু থাংদবা, লৈপাক খোৎথবা। অঙাংশিংগী মতুং ইন্দুনা খবা চৎলবা মতুংদা, মাঙদা মৈঙাল অমা উবকখি। মঙ-হাদা চৎপনি, থৌশিল থৌবাং অমত্তা খঙলুবা লৈতে। জিপ অমা লাকই, অঙাংশিংগা ড্রাইভবগা কবিনো খবা ঙাংনৈ। ফ্রন্টসিৎতা ঐবু ফমহন্দুনা যুম তান্না থিল্লি। গাডীগী মৈঙালদা উবা পোৎ অমতা ঐ খঙদে; ঐখোযগী লৈবক ফাওবা ভাব তাদে। ঐগী কোক্তা ভাব অমদি লৈ। মালেমসি ফজববা পোন অমনি। ঐখোয় মীওইবনা মসিগী মনুংদা লৈবা উচেক-ৱাযানি। পোন অসিগী মনুংদা হেক চংখিবদা পাইথোকনিংদে। অচৌবা হৈকোলদগী পাইবক্কুনা তেল্লবা মতম খবদং শাইদাংবনি কাওথোকই। অসুম খল্লুবদগী মিত্তা উবকপগুম তৌই — উচেক মচা অমা পোন্দগী নাম্লোক্কুনা পাইথোকখিবা। অহাংবা মালংদা মহাক নিংতম্না পাইখিবগুম উবকই। ○

# শাত্তোকপা ঙমখিদ্রবা চিনিচম্পা

সন্ধ্যা মতুংনি। নৌনা থোরকপা থাগী মশেক্কা মমাঙগী ব্লাপল মরক্তগী ফাওদোরকপা উই। থবক অমা চৎলুবদগী ঐ ইচেম্মা মধুমতীহোয়গী মমাঙ লৈবক্তা ফাওরকই, সোবোক অচৌবা তারুগে খন্দুনা। মী-পোং অচৎ-অথোক অমত্তা থেংনদে নুমিত্তু। ইচেম্মহোয়গী কোম্প্লেং মপা য়ৌবমক্তদা ইশৈ অমা নুংশিনা ঙংলকপা ঐ তাই। ইশৈগী ইংলবা সুবগা থাবলগী মেংলবা মঙালগা পুন্দুনা মালংদা পাইবম্বা চেক্লানা চপ লেপ্লগুম ঐ ঙাইহাক খোং থাংবা ঙমখিদে। খুদক্তা ঐ তুজুংই! মং-হাদা চৎপগুম কোম্প্লেং কানশিনবা খঙহৌদে; অপাইবা লৈচিনগুম সুবনা হুমদুনা মখোযগী তুলসীবোং মতোন্দা লেপ্তুনা লৈ। ঐনা অবোইবা ইশৈ পবেং হন্না শকলকপা তাই,

মিৎযেং চোইরবদা লম্বী উহনবীযু ইবুংঙো!

খোংথাং খোংথাং খুদিংগী খুদি থীরে।

ব্লারী-ব্লাতাই ইবা মীনা অওইবা পুন্সিগী মতু নামা শোকউবা যাবা নত্তে। ঐ চপ লেপ্তুনা লৈ হাযফম তৌফম খঙদনা। মতম অসিদা ইচেম্মা মাঙ্গোলদা থোবকই। ইপা পাখৎনা মহাক্না লাওরকই,

‘হা কনানো?’

‘ঐনি ইচেম্মা, মোধুসুদননি।’

‘হা ইমা, ইমোবা নং ওইবে। ঐদি কিবু কিরুবে। ব্লা-লাল অমত্তা ঙাংদনা, সুমাংদগী মী অমা ইচাও চাওনা লেপ্তুনা লৈবা উরুবদা। লাও লাও চংঙকউ।’

মাগী মতুং ইন্দুনা ঐ ইমুংদা চংই। কনথোক-নাম্প্লেক্তুনা ঐবু ফিদা অমদা ফমহল্লি। ‘লাকথোক্তুনা লাকপনি, ইনাওদি করি চাগনি?’ হায়দুনা মহাক ইরাং লাংঙি। ঐনা খুমই,

‘ইচেম্মা করি’ মতা তৌবিরুনু।’

ঐনা ফক্লাংদা থেৎলিবা ফোটো অমা উবকই। মহাক্না লৈশারীঙৈগী মশকনি

— মোমোন নোকই, নাপদা নাচোম থেৎলি। মদু উরুরগা হৌখ্রবা মতম, অশাৎপা লৈনা নিংখায়দুনা কেনখিবগুম নুংশি নুংশিরবা হৌখ্রবা থৌদোক কয়া নীংশিংঙকই।

ইচেম্মা মধুমতীসি হৌজিক মীয়ায় চন্না উরে। মহাক্না নহা ওইরিঙৈদা ফজরম্বসি খ্বাই পানা লানবনি। ঙৌনা রাশী লৈবীনি, তোমথিন শাৎপীনি। মমিৎ অনী অদু শজি মচাগী মমিত্তগী হেন্না তনৌ তনৌই। রারী অমদুম নীংশিংঙকই। নোংমা খোংনাংখোং ফম্বী ইনে রানীগী পোৎফমদা ইচেম্মানা সনাবুন অমা কোন্দুনা ফমই। ঐসু মনাক্তদা শান্নরি। নুপা অমা পরপ পরপ চংশিল্লক্তুনা 'চুরুট' লৈরে। মহাক মধুমতী উবদা মমায় পুবা ঙমদে। ইনেনা পৈশা অচোইবা হনবদি লৌখত্তনা ইচেম্মদা চাগদবগুম য়েংদুনা লৈ। 'ইবুংঙো পৈশা সোমদা লৈরে।' মহাক তাদে ঙাইহাক্তি। 'হাঃ!' হায়বগা মমায় ঈচপমুক ঙাংলদুনা পৈশা অদু লৌরগা তহা তহা চৎখি। 'চুরুপ পুখিদ্রে' ইনেনা লাওই, উপু থাঙ্গত্তুনা মাঙোন্দা উৎলি। হন্না য়েংথোরকই, অদুবু হঞ্জিল্লকপা ইকাইদুনা মহাক চৎখ্রে। ইনেনা ইচেম্মদা হায়,

'ইবেম্মা মধুমতী, ইকাইবদগী কঙ্ কোত্তুনা চায় হায়বসে প্রমান নত্তে, তশেংনা চারমগনি।' মবান্নি কন্না নোকমিন্নহৌই।

মহাক্না চা পুথোবক্তুনা ইবান্নি থকমিন্নে। চা থক্না থক্না মহাক্না ঐঙোন্দা হংঙকই,

'নংবু করিগী লাকপনো? ইনাওগা অসুম্না ফমিন্নদবা কুইরেদা। নংবু চহি কয়া শুরবগে?'

'ইচেম্মা, নংগী ঈশৈ তারুবদা পুক্লিংদা থুক লাউই। নখোয়গী কোম্প্লেং মপা লাম্প্লেক্তুনা চৎপা ঙমদে। কুইরে অসুম্না উনদবা নংগা। ঐ চহি নিফু হায়রে।'

'ইনাওগী রাতাসিদি নুংশিখ্রেদা। নচেগী অপাম্বা কয়া লৈরম্মী, করি কান্ননি লাইবক্না তমলক্তবদি। নহা ওইরিঙৈদা ঙাংবম নিমাইগী ঈশৈ শকউ, ইচানা শকপা তানিংই ইমানা হায়খি। ঈশৈগী ময়েক, অর্থ খঙদ্রবসু সাইগোল, পংকজ মালিক্কী শৈশক পিকলিঙৈদগী খোয়দারকই।

চহিনা চৎনদে, ইচেম্মসি হান্নদগী হেন্না লমঙালনা উই। অদুম ফজরি, য়েংনিংবা পোকলি। পূর্ণিমা লাম্প্লেকখ্রবসু, থাজগী মঙাল মাঙদ্রি। মহাক্না শারেপ ফাবা উহৌদবা মীনদি নুপী অসি ফজৈদা অদুম্মক হায়খিনি, ময়েং তানা থক উরোই। থোইদোক্না কেবগী রা লৈতে, মপোক্কী ওইনা ফজরবনি। ময়েং তারবা মায়থোংদু মীগী পূক্লিং হূনিংঙাই মশকনি। মাগী মায়থোংগী মঙাল উবদা কল্লক্তবা

মী য়াওরোই। মাগী পুমবুম তাবা মখুৎ, তুম্না শাংলবা খুৎশাশিং উরগা নীংশিংঙকই অদুঙৈগী নুংঙাইরবা মতমদো। নোংমা, হয়েংদি কৃষ্ণজম্মনি হায়বদুগী নুংথিলদা ইচেম্মনা ঐঙোন্দা হায়,

'ইম্মোবা, নং দেবো হৌফম খঙ্ব্রা? নাচোম শেমসি, কৃষ্ণজম্মগী অয়ুক্তা কৈথেলদা য়োল্লগা ইবানি পৈশা য়েন্নশি।'

ঐনা খুদক্তা খুম্মী,

'দেবোবুদি বিনো পৃথ্বীদা লাইরেল চাক্কা য়েৎনদুনা য়াম্না হৌইনা। দেবোনা করম নাচোম শেমদৌরিবা?'

'মপোপ ফজবা য়েংদুনা হেকলকউ। হোরেল ঐনা তৌবা উরগা নংসু খঙগনি।'

ইচেম্মসি শেম-শাবা, য়েকপা অমদি হক-খোৎপদসু থৱায় য়াম্না য়াওই। পজেং ইৎতুনা দেবো মনুংদা য়াওবা অঙৌবা মফোল মপোপ কায়দনা থিন্দুনা লৌথোকই। মহাক্না পৈশা পুথোক্নুনা ঐনা মুক কাংগোই অঙাংবা অশংবা লৈরুই। মুক নঙ্না থিৎলগা মহাক্না দেবোগী অঙৌবা মফোলদু লসিংগী তেপ শাদুনা তৈরগা মচু-মচু থোকহল্লি। হৈ-লৈগী মনা, তোংঙান তোংঙানবা লৈ হাপ্পুনা নাচোম শেমই। মহাক্না তৌতোরকপা থবক উবদা ঐ য়া কাদুনা য়েংই।

'চুমই, ইচেম্মদি ঈশৈ য়াম্না পামজবনি। ঐনা অঙাং ওইইরঙৈদা নখোয়দা লাকপা খুদিংগী ইচেম্মগী ঈশৈ তাদবা পঙ্না য়াওখিদে, চুম্না ঙংবতা ওইরবসু। হৌজিক ফাওবা খরা খরা নীংশিংলি নংনা তোয়না শকখিবা ঈশৈশিং — সোজা রাজকুমারী, মৈ ক্যা জানুং ক্যা যাদু হায়, পিয়া মিলন কো জানা, . . .'

ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা, ঐঙোন্দা হায়ফেৎ য়েংদুনা মহাক্না তপনা তপনা হায়রকই,

'ইচেগী ইবুংঙো নুংশিবা! ঈশৈনা ঐগী থৱায় ওইরম্মী মতম অমদা। মতমগী থিংঙমদ্রবা কাংখ্রোংবু নংনা তুংহন্না লৈথদুনা, ঐগী হৌখ্রবা পুন্সি নৌহৌনা অমুক উরকই। নুংশিবনিদা মতমদো!'

মহাক তুমিন লৈখি। মাগী মিৎলু অনীদা তিংথৌ মতোন্দা পকপা লীক্লাগুম পিনা নিক-নিক লাউবদু ঐনা উরকই। মাগী মতৌ উরগা ঐসু মিৎকুপ্পা থম্মোয়সি ফুক্কুনা কেনখিদবা মাল্লি। ব্রা ঙাংথোকফম খঙঙক্ত্রদুনা ঐসু তুমিন্না ফমই। মধুমতীনা ফমলম্বদগী হৌগৎলগা তপ্না ঐগী লেংজুমদা মখুৎ য়েৎনা পায়দুনা

হায়রকই, নিংবা কায়রবা মীগী য়াল্লা-খোস্থোক্তা –

'মোধুসূদন, ঐখোয় মীওইবসু লৈগুম্বনি। পোমদুনা লৈরম্বা লৈবাংনা নোংমা ফুগায়না শাৎলকই। নচেগী অল্লাবদি ঐগী পুন্সিসি অসুম পোমদুনা মাঙলগনি।'

মাগী ব্লাঙাংগী অর্থ ঐ পাক লৌশিনবা ঙমদে। ভাব অমদা পুদুনা ঐনা খুমই,

'ইচেম্মা, য়ুম পাল্লুবদুবু করম তৌখ্রবগে?'

'ইবুংঙো, ইচেনা হায়রিবদি নংনা খল্লিবদু নত্তে। ঐনা নহা ওইবিঙৈদা পামজরম্বা কলাগী পোৎ অমতা মপুং ফানা তমদুনা ঐনা হৈজবা খঙজবা মওংদা ফোঙদোকপা ঙমদে হায়বনি। . . . . নমহালসু চমমল্লি। লাইববগী হৌনশা নুপাগী কলেজাদা মমিৎ তাংদুনা ঐবু মশক মাশা খঙদবা মী অমদা পীথোকই। ঐগী ইপুবোইবা অদুদি মতু মচা লৈবা ওইবম্মী।'

ইচেম্মগী মমিত্তা ঈরা চেনবা উরুবগা, নিংবা কায়রবা মাগী ব্লাঙাং তারুরগা, ঐ তশেংনা নুংঙাইতে। মীনা পিকথল্লা লৈববা পৃথিবী অসিদা, কনানা নিংবা থুংবা, কনানা নিংবা কায়বা থোইনা ব্লারুফম থোক্তবা পোৎনি। ঐগী ঐগী হায়বা খুববা মিৎযেংসি খরদং থাদোকপদা, মীওইবগী চাউববা সমুদ্রদা অকা-অকুম ঈথক-ইপোম কয়া ঐখোয়না তত্তনা উবা ফংলি। অদুবু ইচেম্মগী পিবাং উরগা ঐগী থম্মোয়না লোল্লা কপলি। মহাক লুখ্রাবী মচানি। মহাকপু পোকপা মপাবুং ঐ উহৌদে, মহাক্লসু ব্লারী শাবদা নোংমতা পনবা তাখিদে। মমাগা মনাও নুপী অমগা মখোয অহুমতনি। মখোযগী ইমুংগা ঐগা শন্নবা হৌরকপদগী ঐনা উবসি ইচেম্মসি খুদোল লৈপাক তাবা ফংদনা শুবক্লবী নুপী অমনি। 'বেপার'গী কাংখল, কৈথেল নংনবা তৃবদা শেম্ব্রাংনা মালংদা পাইগুমই। চীংগী ইচিল-ইনাওশিংগী ফুরিৎ তৃবদা মমাগা মনাও নুপীগনা মীচিং অমা ওইবগা মহাক্লা মশীং য়াম্বা তাল্লে। মখোয়গী ইমুং অদু ফিমু অমসুং উবৈবোম শঙবা খুদৈগী কাটিনা কক্‌লবা ফুবিৎনা পিক থল্লা লৈরম্বা নুমিৎ কয়া থেংনখি।

নোংমা নুমিদাংব্লাইরম অমা ঐ মখোয়দা চৎলুই। মহাক মতোমতা মাঙ্গোল উখোকতেন্দা ঙাদুনা ফমলমই। ঐবু মহাক্লা উরগা কৌদবা নুমিত্তুনা অহানবনি। মহাক মথায় নুংঙাইতনা উই। ঐনা চৎলগে খন্দুনা তুং হেক ওস্থোকপদা, মহাক্লা ঐবু হৈনিংদনা কৌরকই,

'ইম্মোবা চৎলগেরা? লাকখোদনা।'

মাগী মনাক্তা চংশিন্দুনা ঐ তুমিন্না ফমই। খঙনিংবনা হেন্দুনা, ঐনা মাঙোন্দা

কিথি-কিরুম তৌনা হংই,

'ইচেম্মা, কৈদৌরগে অদুক নুংঙাইতনা উরিববো?'

'কৈসু তৌদে। ঐগী হৌখ্রবা পুন্সি অসুম নীংশিংলুবদা ঙসিদি পুকনিংসি যাম্না নুংশিরকই।'

মাগী ব্রাদু তাবদা ঐগী থম্মোয়দসু করিগুম্বা অমা ফাওরকপগুম তৌই। ঐনা মাঙোন্দা হায়,

'ইচেম্মা, ঐঙোন্দা তম্বা য়াদবরা? তম্মুবা তাসিবা।'

মাগী শুকথরবা মায়থোংদু ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা য়েংঙকই। চানবীবগী মীনোক মতেক অমগা লোয়ননা ব্লারী হৌরবকই অসুন্না,

'য়াম্না পীকলিঙৈদগী ঐসি ইশৈ-নোংমাই পাম্লকই। ইমাগী মতুং ইন্দুনা খুবাক ইশৈ, বাসোক, শঞ্জেলবা, জগোই রাস কয়া যেংঙকই। কুম্মৈ অমা য়েংলুবগা মথংগী নুমিত্তা মীগী মতৌ তম্বদা ইতোমতা পেঞ্জবা ঙমই। জগোয় য়েংলুরগা নোংঙানবগা লুফচনাংনা খ্বাংদা পুন্দুনা পোৎলোয় শেমই, রাধাশাবীগী মতৌ তমদুনা জগোয় শাই। লৈকাইদা গৌড়লীলা তম্বদা ঐ য়েংবা নুংতিগী চৎলি। ইশৈ হনবনা ভাবক বন্দনা ফাদদুনা ওজাদা কিনা য়েংঙকপা উবদা, ঐনা মাগী মতুংদগী তপতক্না হায, 'ঠাকুর বৈষ্ণবগণ, করোঁ মুই নিবেদন, সব দোষ না লইবে আমার। মুই হেন বালকবুদ্ধি, না জানি সেবা বীতি। কাকুতি মিনতি করি, দশনেতে তৃণ ধরি, ভালমন্দ নহি কর বিচাব।' নোক্লদুনা ওজাদুনা ঐঙোন্দা য়েংলগা হায়, 'তমসু তমদবা অঙাংসিনা ফারগা নংনা কৈদৌরবা?' ব্রাদু তাবদা ঐনা কযা হবাওজখিবা। ইমোবা, জগোয় তম্বা নুমিৎ খবা য়াওক্লরগা, ইমানা পোৎলোই ব্লায়বা ঙমলোই হায়দুনা তোকহল্লি। কপ্পা নত্তনা নচেগী উপাই লৈখিদে . . .

অসুম ঙাংলম্বদগী চপ লেপ্লগা মহাক্না হায়বকই,

'হাইমা, ঐদি ঙাওরুরেদনা। নংবু কদায়দা চৎলুবনো? য়ুমদা হল্লগদববা?'

'ইমাল্লবা অমা উনরুবনি। কবিগী ঙাওরুনি। ঐদি ইচেম্মাগা উনবদা পুকনিংসি ইনৌ নৌথোকই। পুন্সি অমা নৌনা ফংবগুম খললি। মীনা হায়নৈ কলাগী খোঙচত্তি শিদ্রি ফাওবা লোইবা লৈতে।'

'ইবুংঙো, মনুং-মতম চাদ্রবদি মীনা করি তৌবা ঙমগনি। হৌজিক্তি ঐগী লাইনিং হায়ববু নচে তোম্বীনা পোকলম্বা ননাও অনীসি য়োকপা ঙমজবা অসিতনি।

মচা পোক্ত্রবসু নুপীদি মচা নুংশিবগী কল্লবা ইহুল অমা মপোক্কী ওইনা লৈ হায়বসি ইচে মধুমতীদগী ঐ খঙলে। লিলনা চিক্ত্রবসু লিলগী মহূ খঙবা য়াই। ○

# অতিয়াগী খোঙচৎ

য়ুমদা থুনা থোকনিংদুনা ঐ প্লেনগী টিকেৎ অমা কক্লুরে। গৌহাটিদগী সিলচর য়ৌবা ফাওবগীদি ঐগী সিট অমা তাংদাংবা ফংলে, সিলচরদগী ইম্ফাল ফাওবগীদি চাঞ্চদা ফংবা টিকেৎনি। লাইগী নোংদম য়েংবনি।

ঝালুকবাড়ীগী য়ুনিভরসিটিগী কেমপস্ অসি ঙসিদি ঐগী মিত্তা ইহাং হাংনা উবগুম তৌই। মথোল অনী শাগৎলবা হোসটেলগী অহাংবা মথক্তা ঐ ইতোমতা ফমদুনা লৈ। নুমিৎ তাথ্রদুনা খরা খরা মমশিল্লকই। অনকপা অমসুং অবাপ্পা মফম কয়াদা ইলেক্ট্রিক থাওমৈ থানগলকপা উই। অসুম কোয়য়েং য়েংলিঙৈদা, ঙসি নুংথিল ঙাইহাক তুমলুবদা মঙখিবা মঙ্ অনী নীংশিংঙকই। হেক উইরোল উইরোল তৌবমক্তদা ঐনা থাইবেম্মবু উই। ঐখোয়গী মাঙ্গোল দাভীদা ঐ খোঙ য়াম্থদুনা ফমদুনা লৈ। মতম অদুদা মহাক ঈকুজরুবদগী কারকই। মহাক্না শেৎলিবা ফনেক অঙাংবা অদু পুমচোৎ চোৎলি। মহাক ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংদুনা চংশিল্লকই। মাগী মশা পুন্নমক অমুনবা হৈরাংগুম তঙাং তঙাংই। অচোৎপা ফনেক্না নপশিল্লবা খ্বাংদগী থকলোমদা য়েংখৎলুবদা মাগী মশাদু অথনবা ঈশিংগুম নিক-নিক লাউনা উই। খ্বাংদগী হাইথখিবা মাগী মশা অদু কায়াৎ নাইনা মপুক থন্না মিৎযেং হুনা ফজে। মহাক ঐনা লুহোংদুনা লৌবা নুপীনি, শামু তোংদুনা ঐখোয়গী য়ুমদা থিল্লকখি। লাইরিক তস্বা চৎথোক-চৎশিন তৌবনা অমুক্তা তঙ্তানা মাগা ঐগা লৈমিন্নবা ফংদ্রি। মাগী পুকচেল-খোয়জেলদি থম্নদুনা তোঙান তোঙানবা ফিজোল শেৎ-চাবা মাগী মশক ফাওবা নিংথিনা ঐ উদ্রি। ঐগী ইমাঙ্দা চপ লেপ্লগা মরৌ লৈবা মিৎয়েং অমগা লোয়ননা ঐঙোন্দা হায়,

'তামো, ঐগী খুজি হায়বদো লৈবিরকপ্রা? ঐদি নংনা লৈবিবা খুজি য়াম্না শিনিংই।'

ঐনা মরাল লৈরবা মী অমগুম খুমই,

'ইসে, ঐদি নংনা তপ্পা খুজি লৈগনি কাওথোক্লুরে।'

শকফম হঞ্জিল্লদুনা মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রকই,

'তামো, নং ঐবু নুংশিদ্রা?'

ঐ মিৎকপ খংথোক থোকই। ঙাইহাক মঙগা তাইবংগা শমজিন্নবা ঙমদে। ফমুংদা লোংনা হিপ্পুনা, মঙদুবু নীংশিংদুনা করি করি অসুম খল্লম্বদগী অমুক তুমথরুবে। নোং-নুংশিৎনা মায়গৈ পুন্নমক ইমম্ মম্‌শিল্লকই। ঐনা হিপলিবা কাগী থোঙদ্ নুংশিৎকী অকনবা শাফুনা য়েবদা খংহাং হাংদোক্লকই। ঐনা য়েংথোকখিবদা নুপী অমা থোঙবা পায়দুনা চপ লেপ্পুনা লৈবা উই। লৈচিল-নোফাইনা কুপলম্বা মশক্কু ঙাইহাক্কী মনুংদা তশেং তশেং উরকই। দেবকীগা ঐগা মিৎচানরুই; মুশিন মুবা মিৎনহানা ঙম্বা মাগী থৌরবা মমিৎ অনীদু ঐঙোন্দা চপ য়ুংনা য়েংদুনা লৈ। সূর্য্যমণি খান্দুনা য়েংবদা উবগুম মহাক্কী হকচাংগী ফিবম অদু য়াম্না চাউদম-শাংদম্না উই। খোঙদগী তোন ফাওবা য়েংবদা নোংশা অমোম্না মচাগী হাকন চঙদুনা ফিভম শেমদুনা লৈবগুম ঐগী মিৎয়েং চিংশিল্লি। লম ঙান্না লুম্নবা মথবাক অনীদু শম্লোংনা চোইজাইন্না কুপ্পুনা মুশিন মুবা লৈচিল্লক্তা থাজনা মচেৎ থোক্কুমই। চেংলবা মাগী মখাংদু ফল্লবা নিংদুনা শৌগৎলি। ঙৌরবা থম্বৌ-হিরা মাল্লবা মপাম্বোম অনী তিংথোক্কুনা ঐবু চেৎনা কোনগে মোমোন নোক্কুনা কৌরি। মাগী মফৈবাক, খুবোম য়েংলুরগা ইতিহাসগী মমাঙদা লৈরম্বা শা-লালদা থৌবা নুপীশিংগী রারী নীংশিংঙকই। খঙহৌদনা অচৌবা তুরেল অমা ঐগী মাঙদা ঈচেল কন্না চেম্বা উরকই। করিগীনো খঙদে, দেবকী মশামক্না অৱাংবা তোর্বান্দগী জম লাউনা চোংথখি। তুরেলগী ময়ায়দা অকনবা ঈচেলনা দেবকীবু য়াঙনা চেম্থখি। মাগী ফিবম উবদা অরুবা ঈশিংদা ঈরাক্লবগুম লাও-খোংবা ঙমদে, হকচাংগী কায়াৎ পুন্নমক লেঙ-ওৎপা য়াদে। মখূৎ তিংথোক্কুনা ঐবু কনবীনবা ইঙ্গিৎ তৌরকই। অদুবু ঈশিং চাইবী য়ৌখিবনা হান্দুনা দেবকী পিশক পিক্না লোকখা তমনা পাইথখি। ঐগী থরায়গী মচেৎ অমা ফক্কুনা কেনখিবগুম ফাওই। 'বাবুজী' হায়না লাওবকপা খোঞ্জেলনা ঐগী নাকোংদা য়ৈরৈ, হন্না হন্না খোম্লাং য়ৈ। ঐ মিৎকপ থোকই তাঞ্জাসিমক্তদা।

মঙ হায়দুনা মীনা ভূম্বা মতমদা মঙলিবসি পুক্লিংগী মিংশলদা মমি তারবা অওইবা পুন্সিদা ফংদবা অপাম্বগী অথুপ্পা মশক্নি। ঐগী ঙসিগী মঙগী অর্থ থিরিঙৈদা, তেবকী ঐবু কোয়থি থিরকই, দলাল মতোলদা কাররকই। মহাক্কী মশক উবদা, ঐনা খরা ঙকতক তৌনা কৌই —

'দেবকী, ঐ নংবু উনবা লাক্কে খল্লমলিবনি।'

শঙ্গোম পিক থন্না যাওবা হোবলিক্ত্র লিকলি অমা ঐগী খুত্তা পীবগা, মহাক্না হাযবক — শঙ্গোম অদুসু লুম্বু লুম্বু শাবি।

'বাবুনা কবিগী ঐগীদা লাক্কদৌবিবা? ঐনা ইখোঙ থোংনা লাক্নুনা সেবা তৌগদবনি।'

'নংঙোন্দা শেল খবা পীগে খল্লি। ঐ হয়েংদগী গৌহাটি থাদোকলগনি।'

'তাবে বাবু, হন্দক থাগী শঙ্গোমগী পৈশা ঐ লৌজবোই।'

'নুংতিগী নংনা শঙ্গোম অফবা মতম নাইনা পীথক্নুনা ঐ মশা ফবা মী অমা ওইবে, অনৌবা মপোক অমা ফংলে।'

মুন্না যেংলদুনা মহাক্না হাযবকই,

'ইম্ফালদগী লাকপা নৌবিঙৈদা উখিবা অদুদগীদি ব্রাংবসু যাম্না হেল্লে।

'লুপা য়াঊেসি লৌশিল্লু। হযেং ঐন' থবক-ইনখাং তৌবগা ইচলগী পৈশা খবতা ওইববসু লেপ্তনা থাবক্কনি। নংগী লুহোংবসু ঐ যাওবনি।'

'বাবু, হযেংদগী ঐগী খুত্তগী শঙ্গোম লৌদুনা নংনা হবাও হবাও থকপদো উবা ফংলবোই খল্লবদা পুক্নিংসি নুংশিবকই।'

মহাক মরু লুকথখি। ঐনা উই মাগী ঈবা হৌববা মিৎস্না অনীদু। হাযদোক-হাযজিন যাদবা পুন্সিগী অওইবা চৈফু কযা মীওইনা পোকপা ঐখোযনা মবক মবক্তা খাঙবা তাই।

নুংথিলগী মতমনি। ঐনা তোংলিবসি অতিযাগী অনীশুবা খোঙচৎনি। কৈবাক কাখৎলগা খোঙ হেক কানশিন্দুনা প্লেন মনুং চংফম অদুমক্তা ঐ ফমই, ঐগী যেত্তনা নুপী অমা। ইযাব হোসটেসনা চেগী মনম নুংশিবা রুমাল, চ্যুইঙ্গম যেল্লকই। জুলাই থানি নুংশা যাম্ন শাই। ঐগী ওযদা ফমলিবা নুপী অদুনা সিটতগী পেতী লৌখক্নুনা মখ্যাংদা ফাজিল্লি। হাইফেৎ হাইফেৎ ঐঙোন্দা যে৲লম্দগী মহাক্না বাবী শাবা হৌবকই,

'ইম্ফাল থোকপিগদবা ওইবববা?

'মান্নি।'

মহাক ঐঙোন্দা নমাহাই তৌই। চহিসু খবা লৈশিন্না উই। মহাক্না মখা তাবকই,

'কদায়দা লেংঙুবনো? কবি থবক্কী?

'গৌহাটিদা পবিক্ষা থাক্নবনি।'

'যেংবদা ঐনা হল্লমগদবা মাল্লি, ইবুংঙো হেক্তা কৌবগে। ৱাবী শাবদা চিল-লৈ ইফা-ফায। ঐসু গৌহাটিদা লৈবা থা অমা ফাবে। মণিপুব বসতিদা ঐখোইগী মবী-মতা লৈ। ইবুংঙোবু কবি লৈকাযদগীনো?'

'ঐ উবিপোক্তগীনি। ইচেনা কদাযদা?'

'ঐ মযাং ইম্ফালদগীনি। কৈথেল মাযমক্তদা লৈ।'

অতিযাগী নুংঙাইববা খোঙচৎনি। খুৎনা পাযবা যাগদবা মাল্লবা লৈচিল মপৈ মপৈ যেংথোক্লবদা উই, মুশিন মুবা মবৈ মবৈ তাশিল্লবা লৈচিলশিংদু নুংশাগী মঙালনা যৈবদা কাপপোলদা হাপ্তুনা হুইত্রিনা কাপথোক্লবা লশিং মফোলগুম ঙৌশ্রোক ঙৌই, যেংবদা যাম্না ফজে। নুপী অদু ঐঙোনদা অসুম অসুম নপশিল্লকই। কোইদুনা অহানবদা ঐ নাকল অমবোমদা চেপথদুনা ফমই। মাগী মিৎযেংদগী ঐনা মাবু কিবে হাযনা লৌই। মহাক্না পাম্বা মওংদা ফমহল্লি। মাগী মশাদগী চেম্বুবকপা হুমাংনা ঐগী যেৎথংবা পাম্বোম চোৎলে, খুদাংগী ফুবিৎ লুপলে। পুম্বায ফাদে, শিলচব যৌবে। মহাকসু ঐগুম চাঞ্চকী টিকেৎ পাযবমলে। মী লৈবমদুনা মফম অদুদা ইবানিমক কুমহৌবা তাবে।

ঐনা ফুট-পাথতা টেক্সি ফানবা ঙাইবিঙৈদা, মহাকসু সুটকেশ অমা যাল্লদুনা ঐ তম্না চংশিল্লকই। ঐনা মাঙোন্দা হংই,

'ইচেগী টিকেৎতো চাঞ্চ নম্বব কযানো?'

'নম্বব মবিনি।'

'ঐগীনা অহুমনি। ৱামিন্নবা তাবেদনা। ইচে, চুমথ্রবা ৱানি — চানিংমল্লবদি লেক্তুনা তোকই হাযবসে।'

হোটেল্ অমদা কা মচা অনী ভাবা পীদুনা ৱাযবে। নুমিদাংগী চাক ঙন্না চারে। টেবল অমদা মায ওনশিন্নদুনা চামিন্নৈ। ইশাগীদগী হেন্দোক্তুনা নৌনা খঙনবা নুপী অদুগীসু ঐনা যেংশিনবা তাবে। থাইবেম্মা উনবা ফংদবগী অনাবা মীগুম তুফক-তুফাই চনবদু খবা ফবে। তুম্বা খবা ঙনমল্লি, হকচিক লাংবা মপালদা চৎথোকউসি মহাক্না ঐঙোন্দা হৌই। মিংশেল মমাঙদা লেপ্তুনা ঐনা শম হাৎলিঙৈদা, মহাক ঐগী তুংদা পবপ পবপ চংশিল্লকই। তুংলোমদগী মখুৎ লামশিল্লক্তুনা, মহাক্না ইকোই কোইদনা ঐঙোন্দাগী শমজেৎ অদু লৌই। মাগী থাদোক্লবা মশম অমদি থক্কী হকচাংগী শকক্না ঐঙোন্দা হাইফেৎ থেংঙকই। ঐ মাগী লমচৎ অদুদা ঙকতক তৌই। হঞ্জিল্লক্লগা মহাক ঐগা ফমিন্নদুনা ৱাবী-ৱাতাই ঙাইহাক শাই। ময়াং

ইম্ফালগী ৱাবী লোইদুনা খ্বাইবম্বল কৈথেলগী ৱাবী অমুক চৎথৈ। মদুনসু পেন্দ্রদুনা সিনেমাগী এক্তব-এক্ত্রেসশিংগী আর্টকী মবমদা মহাক্না কমেন্ত পী। মহাকসি ঙাংবদা ঈশিং লিত্তে। মহাক্না ঐঙোন্দা হায,

'ইবুংঙো, 'মেঁ চূপ বহূংগী' ফিল্ম নং যেংহৌব্রা? মীনাকুমারীগী অৱাবা উবদা ঐদি লোন্না কপই, ফম্মীন্নবা মী খঙহন্দনা।'

তুমিন্না অসুম ফমদুনা লৈথোকপা ফজদ্রদুনা ঐসু হায,

'ইচে, ভাবক্কী থম্মোযদা অৱাবগী চৈনা ফাওহল্লি। ধর্ম্ম কায়জদ্রবী নাযিকানা বাশক্না মচিন-মবৈ ফাদুনা অচুম্বা হাযদোকপা ঙমদনা নুং-পাল ফাওনা থক-থক নিত্তুনা খাঙবদো অকুবা পার্টনি।'

পুং ১১ যৈবকপা তাই। ঐনা মাঙোন্দা তুমুনবা হৌদোকই। ঐনা হাযবা মহাক যানিংদবা মাল্লি। মাগী কাদা কোক চৎখিগে হাযদে। তন্দে-মান্দে হৌগৎলগা, মাগী যাম্রবা মশম থাদোবকই, হন্না হন্না খাযদোত্তুনা, নাহুদুনা ঐগী ইমাঙদা লেপ্তুনা লৈ। শমদোন চবুল অমা লৌখত্তুনা মনম নম্লগা মহাক্না ঐঙোন্দা হাইফেৎ হাইফেৎ যেংদুনা হাযবকই,

'ইবুংঙো, নংবু নুপী নহা লৈবববা? কুইনা লংফৈদা লৈরুবদি যুমগী ইবেম্মহোয নীংশিংলক্রো?

নুংশাগী মঙাল লাকপদা লৈচিল-নোংফাই থাবম্বা মাঙখিদুনা উ-ৱাগী মশক ৎশেং তশেং উবকপগুম, নুপী অদুগী অথুপ্পা মশক উবকই, ঐনা চিংনবম্বা অদু অওইবা ওইববে। ফাওনফম থোঙদা ঐঙোললোমদা তুং ওনশিন্দুনা লেপ্লগা মকা লান্না মহাক্না ফনেক শেৎলি, চোন্থ-নাহুদুনা লৈবা ফিবৈ চিংখত্তুনা যেপ্লি। মহাক্কী মতৌদুনা ঐঙোন্দা থাইবেম্মবু থোইনা হেন্না নীংশিংহল্লি। ইম্ফালগী নুংঙাইবা বাখল তৌনা তৌনা ঐ ৎমখি। ()

# চাক চখোম অমা

সনাহোংবা অমসুং বোকুল মচিন মনাওনি। থংনবনি সনাহোংবনা বোকুলদগী নাওরোল অমতনি হল্লিবা। মহাক পোকপা কুমদা সনাগী মমল হন্দোকই হায়দুনা মপানা মচানুপা অহলগী মমিং ‘সনাহোংবা’ থোনখি, মনাও নুপাগী মমিংনা মমানা ‘বোকুল’। মমাগীসু পামজবা নিংজবা অমদি লৈবমগনি। শঞ্জেল-শনঙাক ঙমলকপা চহি মতাং য়ৌববদা মখোয় অনীবু খুলগী মীনা লবুক্তো, শঞ্জেলবুংদা, লৌখোং শোয়-চাফমদা পুন্না পুন্না উই। মখোয় অনী থাদোক্কবা পঙনা থেংনদে। মযাম্বা সনাহোংবনা মী পিকই, মশাসু মনাও নুপাদগী মহাক্না শোল্লি। শান্নবদা লৈকায়গী মমান্নবশিংনা সনাহোংববু লাকথুনা হেক তৌরুবদা, বোকুলনা মপাম্বোম তিংদুনা চোংথোরক্কনি। খুলগী অহল-লমলশিংনা লৈবুং ফম্বদা ৱাবীনৈঃ মচিন-মনাও অনীসিমুক লুনা তিন্নবদি মাঙদসু থোকখিদ্রি, তুংদসু লাক্লরোই। চান্নবা মরুপকুম নুংঙাইবা মতমদা নুংঙাইমিন্নে, অৱাবা তারকপদা ৱামিন্নে। মপা লৈখিদবা কুমদু অঙাং অনীসি নোংমতা মরায় হাইগৎনা চৎপা উদে। মপানা উরম্বা লৌ, মচিন-মনাও অনীনা চোংশিন্দুনা কালেন্দা লৌওন অনীরক খোইদোক্তুনা থমই; চিংজিন্দা উকায় হান্না তল্লগা লাঙ্গোল য়োৎলম খঙনা লৈপাক খোইদুনা অঙন ফৌ হুল্লি। লৌফম তঙ্খায় অমনা মোইরাং ফৌগুম্বা পোইনুদা লোক্কদবা লৌ লিংই। ফুরিৎ মতৎ অমতা লিত্তনা খুদৈমচা অমমম্ শেত্তুনা মখোয় অনীনা লৌ খোইবা, উকায় তকপা, লৌরি শাবা উবদা খুলগী মীশিংনা অঙাং অনীসি মরায়বক থীদা ঙাংনৈ।

শীংথেক-শীংথাবা লাইসু মিংতাংবনি। অঙাং অনীনা ৱাবনা ফ্রে-ফ্রে হাইদুনা খাঙলিঙৈ তাঞ্জাসিদা মখোয়বু পোকপী মমা ঙানবীসু নোংমা ইখঙ-খঙহৌদনা শিখি। অয়ুক নুমিৎ উখোকতেন য়ৌবা মতমদা তুরেলদগী ঈরুজরুবা কারক্লগা বৃনাদেবী মচুম থকলমই, লেকথরক্তুনা তুলসীবোংদা তুখি, খুদক্তা মহাক শিখি। লাইয়ৈনি মীনা হায়নৈ। শ্রদ্ধা নুমিত্তা অঙাং অনীনা মমা কৌদুনা কপ্পা তারগা, তিল্লিবা মী পুন্নমক তোরা-তুনা কপ্পখি। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবশিংনা মখোল থোক্লা

শাল্লকই 'হবি হবি, ইবুংঙো নংগী লীলাবু ঐখোয়না কবি খঙগনি।' মাশুব ময়াযদা চঙদুনা নাম শোল্লিবশিংদা দগুপদ তৌদুনা মখোল থোক্লা কপ্লখি। ইশৈ নুংঙাইখি, মমাগী কর্ম্ম মপুঙ ফানা পাংথোকখি।

পোয়নু পাম্থানি। সনাহোংবা মবম ওকপদা খুলগী নুপী-অঙাংশিংনা ব্রাবীনে। মপা মমানা থনম্না চাউববা ইংখোল চানবা মনা-মশিংনা পুমশং শংই। হংঙ্কবদা ব্লাৎপা লৈতে। মনিংথোং হেক কাপ্লোকপদা কৈ মচা অমা লৈবং নাখক্তুনা নাল্লা শাই। কৈমাংমক্তদা মাঙ্গোল মতেক অমসু খাক্তুনা থমই। মফমদু নিংথম থাদা নুংশা ফংই, ব্রাই শিৎ নাল্লা তৈথোক্তুনা থমই। চাক পুকখম অনী পুথোক্তুনা সনাহোংবা, মনাও নুপা বোকুলগা চাক চামিন্নে। চানা চানা মচিন-মনাও বাবী শাই।

'বোকুল, চাক লৈহৌবিকো। মহী হৈবক্কে। হাওত্রববা?'

'তাচৌ হাওই। অসুন্না হঙ্গাম মুনবোই-মুন্দবোই চাবসি ঐদি যাল্লা হাওই। ইম্ফালদা থোংবদি অসুক হাওতে।'

'বোকুল, ইবানিনা চাবম্না চাক্তো কিকো। চীংদা উ যানবা চৎপদা, উ চীংখাদা চিংথববা মতুংদা ইচিন-ইনাওনা চাক লাম্বনা চবি তত্তুনা মুনবোই মুন্দবোই থিদোক্তুনা চাখিবা চাক্তো উতোং মেরুক অনীনি। হিংজ্রোং-কাইজ্রোং ইবোম্বদা কোৎখিবা ফৈজাদো . . . ।'

মচিন-মনাও যেংনবগা থব্রায তানা নোকমিন্নে।

'তাচৌ, পাবা ইমা লৈবিঙৈদা মখোযগা চামিন্নবদো হাওবনিদা। অহল অনীনা পোযনু লৌকুমলমদাইদা তহা-তহা চাবদো নীংশিংঙকই ঙসিদি। মেবা ঙাচোং মতমদা লৌখোং মপালদা চফু ফুম্লগা ফাহৌবা ঙামু ঙাক্রা ইমানা লীশিন্দুনা থম্লগা, থবক ব্লাববা মতাংদা পুথোক্তুনা ঐখোযদা পীজবদো কাওবা যাদে।'

'ইবুংঙো, লাই হবাওফম মনাক্কী তুবেল ইহলদা ইবানিনা ঈকপ্তুনা ফাখিবা ঙাশেপ, শবেংখোইবী, ঙাকিজৌদো যাম্বনিদা। চাক ঙান্তা থোংদোক্লগা ইবানিনা অহল অনী লৌকাবকপা ঙাইবদো, মখোযনা থাগৎপা তাবগা হযেংসু ফাসি ফমুংদা ইবানি ঙাংনবদো . . . .।'

মবক থত্তুনা বোকুলনা হাযবকই,

'তাচৌ, ঐ কবিগুম্না অমা নংঙোন্দা হাযগে খল্লকপা কুইববনি।'

'কবিনো বোকুল নংনা ঐঙোন্দা হায়নিংবা ব্রা হাযবদা অদুক খঞ্জানবিবদু?'

'ইতৈমনা মনুং-মতম চাদনা লৈখিদবসি ঐখোয পুন্নমক যাল্লা নুংঙাইতে।

নাবসু হৌনে, গর্ভদা লৈরিবা অঙাংদুনা মমিৎ-মমায় পাংবা ফাওবতদি লৈহননিংখি। ইতৈমা লৈতবা চহি মঙা ফারে। ইচিন-ইনাও পুন্না লৈমিন্নবসু নত্তা, ঐনা ইম্ফালদা হিঙ্গোল লৈদুনা লৈশিল্লুবে। অহল-লমলনা থনম্বা চাউরবা হিঙ্গোল অসিদা তাদা নতোমতা লৈবসি ফত্তবনি।'

'নংনা নিংলিবদু ঐ উই। পুন্সি অসি নক্কা উমল্লববা করিনো খঙদে, নুপী অমা থিগদবদা তুংগী অফবা উবা ঙমদ্রে।'

'থবক চিল্লবসু চিন্দ্রবসু, তাচৌনা নুংতিগী চাক থোংদুনা চারমগনি খল্লুবদা ঐ নুংঙাইজদে। নাবা য়েকপা মতমসু লাক্কনু যাবা নত্তে।'

'অদুবুদি চুমইদা। বোকুল, ইনাও ওইজবতনি, পিকলিঙৈদগী নংসে মরুপ অমগুম লোযনদুনা লাক্লবনি। অবোইবা মিৎকুপ্পা নতৈমনা ঐঙোন্দা য়েংলম্বা মিৎযেংদু নযাম্বনা খক কাওথোকপা ঙমদে। মচিন্না থোক্লা চাক্লা হাযখি, ঐগী ইহুৎ নুপী অমনা শিলহৌগনি খল্লুবদা, ঐ মিৎ উইশিনবা ঙমদ্রে। ৱাশক অমগা লোযননা মাগী মিৎচিদগী শিন্থবকপা পি ইযাম্বনা তৈথোকখি।'

বোকলু নুঙগী মূর্তিশুম তুমিন্না লৈবা নত্তনা উপাই লৈতে। হায়জরুবা পুন্নমক মযা কুমদুনা তোক্লে।

চিংজিন থানি। অৱাবা থানি। খুঙ্গংদা লৈবশিংদি থবক্কী চক্রদা উংদুনা লৈ। হাযনৈ মপা অশিবা ফকলোংনা কুপ্পুনা থম্লগা, লৌ লিংই। মপানা থনম্বা লৌ শঙম মঙা মচিন-মনাও যেন্নদুনা উমিন্নৈ। বোকুলনা লৌবাক অমত্তা লৌই, মযাম্বদা শঙ অহুম পীথোকই।

মহাক্না মযাম্বদগী শেল-থুমগী ফিবমদা খবা লিংঙি। সনাহোংবনা মনাওগী মতেং পাংনবা কন্না হোৎনৈ। লৌবাক অমদি লিংবা লোইদুনা হৌজিক খুৎলোললে। শঙম অমা হযেং লিংগনি। লৌওল অমসু হাপনিংলি। লৌলিংবী থোক্লবক্তিঙৈদা লৌহোলসু চাইহৌদবা যাদে। মহাক্না চাক থোংনা থোংনা খল্লিঃ 'হযেংসি থবক যামইদা। লৌ খোইবা লোইবগা চাক থোংদুনা চাববদি মতম খুৎয়ৌনগনি। ইশা যাওদনা থবকপু মীঙোন্দা থাদোকপা হৌনদে।' সনাহোংবনা হযেংগী থৌবাং তৌই। চফুদা চাক খবা হঞ্জিলদুনা হযেংগীদমক থাকই। আলু, মোবোক ফুত্তোক্লুনা নুংতেঙ্গোত্তা হাপ্পুনা চেংফু মনুংদা থমই। অযুক মমলিঙৈদা তুবেলদা জম চোংথবগা, চখোম অচৌবা অমা অনীদং কিৎ-কিৎ নম্লগা লবুক্তা হেক্তো কুম্লগে। চরা খরা ৱাল্লবদি যুমদা অমুক কারক্তবসু যাবগনি, মহাক্লা ফমুংদা উইথরকপগা

লোয়ননা খল্লি।

'তাচৌ! তাচৌ!' বোকুলনা কৌবা সনাহোংবা ঙাইহাক ভারুদ্রে। তুমথবা মতাং থোক্লুরে। থোং হাংদোকপদা অমম্‌বদা বোকুলনা লেপ্তুনা লৈবা উবদা, ময়াম্বা হংই – 'বোকুল তুমদ্রিবোইরে। করি হায়নিংবগে?' খুমদে। শোন্থংননা মহাক্না ময়াম্বদা হায়,

'তাচৌ ঐ তুম্বা য়াদ্রে। চফুদা চাক চখোম অমতংগা লেমহৌদ্রববা?'

সনাহোংবনা খুমই,

'বোকুল ঙসাইনা হায়বা য়াদ্রা। অরৈবা খরা ইচিন-ইনাও য়েন্নদুনা চাবা য়ারম্বনি।'

মবানি মহৈ মহৈ চংনখি। ফমুংদা লোংনা হিপ্লগা সনাহোংবনা খল্লি – হুজিক ফৌদুনা পিজবা, মদুনা হেন্না ফজদবা তারনি।

নুমিৎ চপ য়ুংবা মতমদা মী থারক্তুনা সনাহোংববু লৌবুক্তগী কৌরে। লাকলিবদুনা মাঙোন্দা হায়,

'তাদা খরা থুবিরো। বোকুলদো অনাবা নুংঙাইতে, মী চেন্নহৌই। মখোং হাম্বনি ঙাংনহৌই। উচিরাই কারে য়াগদবা মান্দে হায়নহৌই!'

'করিনোনে হায়রিবসিবু!' হায়রগা সনাহোংবা চেন্না চেন্না ময়ুমদা কাবকই। লবুকলোমদা মমায় ওল্লগা মখুৎ খন্দুনা লাওরকইঃ 'লৌলিংবিশা! নখোয়না ফনবা তৌবিরমউ।'

সন্ধ্যা মতুংনি। সনাহোংবা মাঙ্গোলদা পোদোল অমা মমাঙদা থাল্লগা লৈকায়গী মী খরগা ফমলি। সংস্কার লোইদুনা কারকপদা ঙায়রিবনি। মখোয়না বোকুলগী মরমদা ৱারী শানরকই। অমনা হায়,

'খুঙ্গংদা পোকচরবসু বোকুলগুম্বা মীদি অতাংবনি। মপুকচেল চাউখ্রবনি নুপাদু।'

'মপা মপুগী খোয়রী-নুংশাং তাবা মফমদা লাক্লগা শিররিবসি মী ফবদুননি। নৎত্রবদি লমশি শিবা হায়বদু ওইরমগনি।' অসুন্না অহল অমনা ৱাপাংলকই।

'চাক চখোম অমতং চাখিরম্লবদি ইনাওদু! লৈতবসু নত্তে, চফুদা খরা য়াওরিবনি। বোকুল, নংবু ঐনা কাওদনবা শিল্লমইদা! মীওইনা পোকপা, ওন্থোক্লসু ৱাখল থেল্লিদা! চাক লামদুনা তুম্বা য়াখিদে ইনাওদু . . . অমুক্তা লাকখোগবা বোকুল! ইয়াম্বা চাক থোংলুগে, অমুক্তা চামিন্নখিসি!'

সনাহোংবনা মথবাক্তা খুতুম্না হন্না হন্না শুই। মথ্বায় শোক্না মনাওবু কৌদুনা কপই। ○

# ৱাংমা ৱাংমা

## ক

ঐনা ঐগী মরুপ ব্রজমনি ওফিসকী বাবান্দাদা মথন্তা লেপ্লুনা লৈবা উই। হেক উবমক্তা অবাপ্পদগী মহাক্না মখুৎ হত্নুনা ঐবু কৌই। থবক তৌবা মী পুন্নমক হন্নখ্রদুনা ওফিস অদু উন-ৱাইমুক চিকই। ইবানি অচৌবা টেবল অমদা মাযোক্নদুনা ফমম্মিন্নে। চুরুট লৌথোক্লুনা মহাক্না ঐঙোন্দা হবাও হবাও লাল্লকই। ঐনা মাঙোন্দা হায,

'কবিনো ঙসিদি হবাওনা উইদা? শক্কাসু ইনৌ নৌথোকই।'

ঐঙোন্দা হংগৎনা যেংলগা মহাক্না খুমই,

'ঙসিদি থাজকদ্রবা মী অমা ওফিসতা লাকলমই।'

'কনানিনা, ঐনা খঙবা মীবা?'

'কবিগী খঙলোই, মশক মমিং হেক পনগদবদা ইকাইবা অমসু পোকই।'

'কবিগী ইকাইবিবা? থাইনগী লৈবাংকা মথি ফোংঙব্রা ঙসিবু?'

মহাক নোকফেৎ তৌই। চপ্রাসী কৌদুনা চা লৌহল্লি।

থ্বা মতপ অনীসু।

'মতম কুইনা মরা-মপাও তাখিদ্রবা, ঙসি মমান্নবী অমগা লোযননা ফুং ফাওবকই। ওফিসকী অচিনবা থবক্না ঙসাইবাইদি পুক্লিংবু ফাথবমই, হৌজিক মী চিক্লবা মতমসিদা হৈখ্রবা কযা নীংশিংঙকই। পুক্লিংসি ইনৌ নৌথোকপঙম তৌই।'

ঐনা ৱাপাংশিল্লি, ঈনোৎ হাপচিল্লি – 'অদুবুদি হায়নবদাই, থাইনগী লৈবাং অমনবা, মল্ল মল্ল লৈনুংশি।'

'মরুপ, নুমিৎ-থা হান্না উবা মীনা হাযবম্বা ৱাসি খেৎতোকপা যাদে। কুইখ্রবা মতমনি। অদবু মহাক উবদা ঐ ইঙাও ঙাওই।'

'কদোমদগীনো, যাওশং মতুংদা আবেব থুংঙবিববু?

মমিং ফাওবা পম্লোকপা পাম্মুবা জাৎলা?'

ইবানি নোকমিন্নে। চা থক্কা থক্কা ব্বারী শাবসু লেপ্পে।

'মমিং-মথা খঙদ্রবদি ব্বারীগী মহাও ব্বাৎপরা? ঐনা হায়দ্রবসু ঙাইহাক্তা মঙায়রে নংনা শিৎ-শিৎনা খঙগদবা। ঐগী ইমাঙদা মহাক্কা ইচাও চাওনা ফমদুনা চা থকপদু উরুবদা, ঐনা নোংমা খাঙ্ঙমদবা মৈশা লাংখিবদো নীংশিংঙকই।'

'করি নীংশিংঙকপগে? অপাম-নুংশি মশক খঙবা মীগী মব্বা তানিংদবা মী লৈতে।'

'মাগী খন্থববা ময়েং তাবগা উরুরগা, ঐনা মিত্তা শংশং উরকই – মতম অমদা গুলাপকুম তনৌ তনৌরম্বা মাগী মশক। নোংমা থাওমৈনা পূমঙাল ঙাল্লদুনা দোলাইদা ফমদুনা ববগী ময়ুমদা থিনখিবা থেংনবদা ঐগী থম্মোয় মৈরী থোক্কা চাকখি। কালেনগী লৈপাকলৈগুম নৌরবা নিংঙোলদু ঙসিদগী মীগী মখুৎ চনখ্রনি খল্লুবদা কল্লক-খম্বল মৈশা লাংখি। ঐনা করি কবি ঙাং-শকখিবা নুমিত্তুদা ঐ ভাব তাহৌদে; অদুবু ঐগা চৎমিন্নবা মরুপ অমনা হায়খিবা ব্বা অমদি ঙসি ফাওবা কাওদ্রি। 'সিদা ওইবে মীনা শিদোকপা ঙমলির্বসি' – ইতাও, কবিনো নং হায়হৈদবা ব্বা য়াম্না ঙাংলেনা। মহাক্তি ঐগী নুংদা শান্নরিবা অথুপ্পা শকলোন অদু উবা নত্তে।'

'কবিনো ব্বাবীবু মতোন-তোলেন্দগী হেক্তা হৌবিবা? ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী খঙন-চান্নবকপগী ব্বাসু খবা তাশিদনা।'

'ঐনা চূডাকবন্দগী হৌবগী মবম লৈ। মশাগী অথোইবা নাপল মী খুদিংগী লৈ। ঐগী নাপলদা লূনা চংবা থাংফম অমা লৈখি।'

'ও। হৌজিক ফাওবা হাযদোকপা যাদ্রিববা?'

'খবা ইকাইবগী ব্বানি। কবি যাদনি। ঐগী মরুপ অমা মখোয়গী লৈকায়দা লৈ। নহা ওইবগী মীকি-লাইকদবা মতাংনি। নোংমা চিঠী অমা ইদুনা নুপী অদুদা খবা পীবিনবা মাঙোন্দা হায। চিঠী অদু হন্না হন্না ইথোকই, হন্না হন্না শিন্দোকই। নংনা খঙলিবা অদু মঙায – চিঠীসু এনভলোভসু কোনযাইনা তাকথোকখি।'

মাগা ঐগা থিংবা ঙমদনা নোকমিন্নে। ঐনা মাঙোন্দা হায়,

'মতম অমদা যাম্না চৎনবম্বা পোৎ, হৌজিক খল্লুবদা নোকনিংই। 'ঐখোয়গী হোটেল'দা ফোবগেৎ মি নোৎ থাবা শংবানবা চিঠী ইনবা রেদি-মেদ পেপব য়োল্লমবদু নং নীংশিংলিব্রা?'

ইবানি অমুকসু নোকমিন্নে। ঐনা মখা তাই,

'চিঠীদু হল্লকখিব্রা?'

'চযোলমুক লৈবগা পাওখুম ফংখি। ঐনা ইখিবা চিঠী অদুমমক হল্লকখি। খুৎই মযেক পিক্লা মহাক্না ইবকখি — মতুংদদি অমুক হন্না চিঠী ইবিবক্কনু। ঐ নিংবা কাযখি, মতুংদা মহাক্না উনবদা মায় থমফম খঙখিদে।'

'ঙসিনা কদোমদগী ফাওগৎলকলিবা?'

'মাগা লাকমিন্নবা নুপী অদুগী মচানুপী ঐখোযগী ওফিসতা ক্লাক ওই। মশা ঙমদবা মাল্লে, নোংমা নীনি শুবে থবক কাবক্তবা। মমানা পাও হোদোকপগা লোযননা চিঠী অম্মা পীবমই।'

'নংদি মহাক্না ব্লাবী-বাতাই অমতা শাহৌদ্রা?'

'কবি বাবী শাকনি। নুংঙাইবিবা হংবসি মঙাইদনা।

'মহাক্না কবি খুনই।'

'শক্না চিনগা উতাই চাদনা ঘোব হন্দুনা খুম্মকই — নুংঙাইজবি তাদা মাগী মমান্নবী অদুনা ঐঙোন্দা যেংদুনা হ্যবকই, তাদা, নলিনীগী পুন্সিদি তশেংনা নুংঙাইত্রবনি। মাগী মপুবোযবনা মাবু নুংশিবিদ্রে, হন্না যেংবিদ্রে। অতোপ্পা নুপী অমা থিখ্রে। কদোমদগী হৌবকপা নোংনুংশিৎনো খঙহৌদে নলিনীনা চিন্নাম-খবাম ওইনা হাযদোবকখি — 'হযেংমুক মপোক্তদি তাদগী সেবা ফংহনবিযু তাইবং মপৃদা নিজবা কুইববনি।'

'নংনা কবি হ্যখিবা মদুদা?'

'ঐসে যাম্না ফিংই, নংনা খঙলিবদুনি। থম্মোযগী অপাইবা ঈহৌ অমদগী ঐসু হাযদোকলুই — হযেংমুক মপোক্না যাবা পোৎ নত্তে। মহাক্না কবি থল্লমগদগে খঙদে। মমান্নবী অদুনদি খুদক্তা হাযখিঃ ব্লাতাসিদি খজিক্তা হায়বদা লম যৌই।'

'ঐ খঙই অকবা তানফমদা নংদি কোক্কী লোজিক শিজিন্নদে, থম্মোযগী লোজিক শিজিন্নগল্লি।' ঐনা মাঙোন্দা হায।

'চহি কুন হেল্লবনি। মাগী মশক উবদা ঙবাং নহান্দা থোকখিবগুম ঐ ইঙাও ঙাওই। তাল্লক অদুদা সিনেমা য়েংঙুসিসু হৌখি। অঙাং মাল্লববা কবিনো।

'ম্যানবু য়েংসি য়াখিব্রা?'

'মহাক্না খুদক্তা খুমখি — হাংচিৎ নোংমাইজিং নুমিৎকী অয়ুক পুং তবা মখাযদা যেংশি। ঐখোয় অনী লাক্কনি লম্ফেলগী হোলদা।'

থাংজ নুমিৎনি, ওফিস ছুটিনি। মহাক্না হৌদুনা ইবানি সিনেমা য়েংবা চৎলি। সিনেমা হৌদ্রিঙৈদা হোটেলগী কাচিন অমদা ফমদুনা ইবানি চা থকই। ঐনা মাঙোন্দা হৌদোকই —

'নহানগী সিনেমা প্রোগ্রামদু করম তৌখ্রবগে?'

'মহাক লাকখি, য়ান্নসু কেরকখি।'

'ফমফমদি কমদৌই? ব্লারী-ব্লাতায় শাবা য়াব্রা?'

'লৈবাক্কী কুম্মৈ য়েংফম্নি, ইবান্নিতা ফমগে য়াব্রা? অদুবু সিট থংননা ফম্মিন্নদুনা কুম্মৈকা য়েংমিন্নবা ঐঙোন্দা মঙ্‌ঙুম থোকই। সিনেমা লোইখিবা খঙহৌদে।'

'ঐ মাগী ব্লাঙাং-ব্লাতা খরদি খঙনিংই।'

'মীরক্তা ব্লারী শাবা হৈ। মীতেক-মীরৌ য়াম্না খঙই। মী অতোপ্পনা তারগসু চিংনবা পোক্তনবা নাকোয়ননা মাগী পক্লিং ফোঙদোকই।'

'অদুবুদি নুপীনিদনা। নুপীদি মশাগী ইজৎ ঙাক্নবা হোৎনবদা অরানবা ঙাংবদা হল্লেংদে। কবি কবিবু হায়খিবগে?

'তাদখোয়গা হেক শাইজীনগা শাইজীনগা লোন্নদুনা লৈবা নুপাদু মবুক-মপাও তপ্না উখ্রেদা। মাগী নুপী ওইদুনা লৈবা ফংজরিবা ইবেম্মদুগী মরায়বক থম্বাল শাৎপনি।'

'অহানবদা ঐ ঙকতক তৌই। কদাযদগী চগোত্তগী চন্দন কোৎলুরিবনো খল্লি। মহাক্না ঐঙোল্লা য়েংলগা অমুক্তং শুগৎলকপদা জ্ঞান পোপ তাই। মীরক্তা মকা ফোংনা ব্লাবী শাবা হৈ মহাক্তি। অদুবু মিৎযেংদু উকবা মিৎকুপ্তগী অতোপ্পা মীওই অমা ঐঙোন্দা ফন চোংশিনখিবঙুম তৌই। মাঙদা শান্নবিবা কুম্মৈদু মকোক-মমৈ খঙখিদে।'

'লাই-তীল নিংবা মীসকসু বাবুদি নত্তে। কবিসু কাযদে। অতোপ্পা মীওই অদুগী মরমদা কবিগুম্বা খরদংদি ইশেং শেংনা তানিংই।'

ঐগী ব্লা তাবগা মহাক ঐঙোন্দা য়েংদুনা নোকফেৎ তৌই অমসুং হায়রকই —

'মরুপ, মীওইবা ঐখোযসে মফম মতমগী মনাইনি। অচৌবা মী খরতনা অফা-অপুন অসিগী ব্লাংমা লাম্লোকপা ঙম্মনি। ঙাইহাক্তি ঐ ধ্যান কায়রবা বিশ্বমিত্র শারুই, তশেংনা ঙাওরুই।'

'করিনো হায়রিবদু ঐ ভাব তাদ্রে। ঐনা তানিংবদি নংগী খুৎঙাওগী কাইদা

অদুতবুনি।'

মোমোন নোক্লদুনা মহাক্লা হাযবকই,

নংসে ব্লা ঙাংবদি ঈশিং লিত্তে। নংদি লাইবিক ইবা মীনি, কৈদৌগে কম্লনাগী মিৎযেংদা খবসু পেম্ৃোকউদনা। অওইতা অওইবসে উববদি মমল হম্ববনি।'

'অদুবু হাযবা, মাঙদা যেংলিবা লীলাবু মকোক-মমৈ খঙদ্রিবা কবিগীনো? কদোমদগী বিশ্বামিত্রনো কোৎশিল্লুবিবদুনা?'

মাসু ঐস্ নোকই। চা যাওদ্রবা কপ থক্সত্ত চিংলগা মহাক্লা হায়বকই,

'নংবু নিংথৌ অমগী বাবী তাখ্রবা নত্তবা? হিংচাবী অমনা ফজখ্রবী যুবতী কন্যা অমীগী মশক লৌদুনা, দলাই তোংদুনা নিংথৌগী হে'জংদা লাক'খিবদাই। পাপ্চি কোনোক্লা নিংথৌদা হান্না পাওমেনজৈ — লাপ্পা যেংবিযু খক নকশিনবিরুনু। নক্লা যেংবিববসু, মশাদি খক শোকপিরুগনু। অদুবু কবি থোকখি? য়ান্না নকশিন্নববদি ইশানা ইশাবু বাবকচবা ঙমদে। মীগী অশোনবা যান্না লৈ। ঐগী অশোনবা মতাং চপ চ'না খঙহৌবে মাগা ফমিন্নরুবদগী।'

ঐনা চিন থোক্তনা পূক্লিংদা খল্লি — নলিনী হাযবা নূপীসি মপুবোইবা অমা ইচাও চাওনা লৈবিবনি। হৌজিক মহাক্লা ঐগী মকপ্তা য়েংলিবা মিৎযেংসি অকাযবনি। লৈশাবিঙেদা মহাক্লা ঐগী মকুপ্ল তবাই তবাই ভৌখিবা মাগী লমচৎ অদুগী অনুতাপ অমা হৌজিক ফংলমাল্লে নত্রবদি কদাযদগী অসুক হক'চিন্না তোৎ তিন্নগ'দগে।

নূপীনা মহাক্লা নুংশিজবা মীশক্তু পুন্সিদা ব্লাযথুংনবা ফংদ্রবসু মবক মবক্তা মশক্তা ওইববসু উবা ফংজবদা পেম্ৃোকচবা ঙমই। নূপাসু, মহাক্লা মতম অমদা কোযজবম্বা, নুংশিনা খঞ্জবম্বা নূপীদু কৈথেলদা, লম্বী-লমখাংদা উনবদা মপুক্লীং ইনৌ নৌথোকই। লৈমল চন্নবা মায়থোংগী মকুমদা থুপ্তুনা লৈবা মমাংঙৈগী লৈহাও লৈবেল ঙমজবা তনৌ তনৌবা মশক্তু নীংশিংই। ব্রজমনিগা ঐগা হন্দক মবক তোয়না চৎথোকমিন্নে। ইবানি নোংমা য়াচংবা মতুংদা পাও অমা হোদোকপা নলিনীহোযদা চৎলি। মহাক লৈবম্মী, ঐখোয়বু উবমক্তদা থোবক্তুনা তরাম-তরাম কৌই। ঈ-পাও খবা হোদোক্লববা মতুংদা মবানি অসুন্না ব্লারী শাই —

'কৈদৌবে তামো, ঙবাং লাক্তবদি? ক্ষিবগা হৌদুনা থমই, য়ান্না থেংলবা

ফাওবা লাক্কদবোই খন্দুনতা লৈ।'

'ঐসু নহোয়দা চৎনিংবনা খোঙসে মরেং-মরেং চত্নুনা লৈবনি। অবোক্কী অনাবা ফমশেনবদা খুঁবৈ অমতা কাম্লোকপা শংখিদে।'

প্লা তপ্লুনা নলিনীনা ঐখোয় অনীদা লাল্লি। মহাক ঙাইহাক ঙকচানৈ ঐগা মিৎচানরুবদা, মহাক্না ঐগী মরুপ্তা লোন্না য়েংবদু ঐনা উথোক্লুরে। মাগী মিৎয়েংদগী ঐনা খঙলে-মহাক্না ঐগী মরুপু নুংশি। ঐগী মরুপকী লমচত্তা হন্দক মবক অহোংবা অমা লাক্লিবা অসিগী মরুসু মসিদগীনি। ঐখোয়না থোঙ্গাল য়ৌববা ফাওবা মহাক্না পরপ পরপ চেপ্লেরক্লুনা ঐগী মরুপ্তা প্লা মতপ অমা খুৎশিন্নে, হায়হৌই —

'হোবেল নুমিদাং চাক তোক্লুগা, প্লা অসি ভুমলমদাইদা হাবিয়ু।'

নোংমসু লুহোংফম অমদা নলিনীগা মবানি উনবগী হ্না ঐগী মরুপ্না ঐঙোন্দা শিৎ-শিৎনা তমই। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়,

'মরুপ, লুহোংফমদা তিল্লিবা নুপীশিংগী মরক্তা নলিনীবু উরুবদা ঐ পিং লাওই, মহাক ফম্বা মায়গৈদু পৃমঙাল ঙানবগুম উই। মহাক্না হান্না লৈরম্বনি, মায়োক্নরুবদা মোমোন নোকলকই। শাংলবা কালেনগী নুংথিলদু কাপমুক্তা শাংবগুম খল্লি। লুহোংবা লোইরগা ইবানি তুংথ-মাঙথ থোকমিন্নরকই। রুমালদগী লৌথোক্লুনা মহাক্না ঐঙোন্দা প্লা লাল্লকই। সমাজগী পুংলোল কায়না জগোয় শাবা য়াবা নত্তে। মশক উদবনা হেন্না ফৈ, উরুরবদি য়াম্না নুংঙাইতে।'

নহাদ-নহা ওইরিঙৈ ব্রজমণিগা ঐগা তিন্নহৌদ্রবসু, হন্দক ওফিসকী মরুপ ওইনা নকশিন্ননা লোয়নরকপসি চহি তরা কল্লে। সমুদ্রগুম্বা মীগী পুক্নিং কনানা খঙবা ঙমগনি? অদুবু, মহাক্কী পুক্নিংগী মরিক খরদি খঙলে হায়না ঐনা লৌই। নলিনীগী অরুবা হ্নাফমসিনা তিংখং ওইদুনা ঐগী হ্নাখলগী ময়োলদা চক-চকথিল্লি। খৎনবগা চৈনবগা ইমুং কা-খোং চাইদুনা তোক্কদ্রা নুংশা থী ঐ মাগীদমক, ব্রজমণি অদুগুম্বা য়ুম্বালদু হৈনগদবা মীতাসু থোক্তে। দেম কিয়ারগী মীওই নত্তে মহাক্তি। মাগী ওফিসকী স্তেতস্তা, মাগী মশাগী ইজৎতা, মীমাঙ ফমদুনা তোক্কদ্রা খল্লি। ঐনা মাঙোন্দা হায়,

'নংগী নুপীনা হ্নাফমসি খঙলকপা নুমিত্তা, মরুপ, ইমুং মহী লাঙগনি। নংগী নকোক শোয়দনা চাউগনি।'

'ঐদি অচৌবা হায়পোক্রাই ওইরবনি ফিবম্না য়াদদুনা।' মহাক্না খুমই।

'নংগী পুকচেল মতাদুগা য়ুমগী অমদি লমগী নুপী অনী থম্বা অফবা খক ওইরোই। কয়া কুইনা মী অমনা ডবল রোল শান্নগদৌরিবনো? নংগী য়ুমগী নুপীসি মতৌ ইমান মান্দনা য়ান্না লুই।'

'অওইবনি, ঐসি ইশা ইথন্তদা অনী থোক্লবনি। ওস্লোক-ওস্লোকপা মঙ্ ঙাক্তা মঙ্ই। চেংহী শম্বাল লাংদুনা, মচুম তানা কেরদুনা নলিনীনা ঐবু কোয়রুশি হৌবা লাকই। ফিজোল অহনবা হোংগে তৌবদা, মহাক্না হায় য়ানিদা হোরেল কোন্না হোংসি। মুশিন মুবা শপ্লাংনা নিংদু য়ৈরদুনা মহাক্না ঐগী মাঙ্দা চৎপদু ঐনা শংত্রিক য়েংদুনা লৈরম্মী। ঐ ইমুংদগী ফি হোংদুনা থোরকপগী মওং ওইনা তৌই। উখোকতেন্দা ঙাদুনা নলিনীনা ঐবু ঙাইরম্মী। অসুম য়েংশিল্লুবদা য়ুমগী নুপী ওইনা উরকখি। মহাক্না ঐঙোন্দা হংই, 'হৌজিকপু কদায়দা চৎকদৌরিবনো? লাকও চংলসি ইমুংদা।'

'ঐদি, য়ুমদা মিৎয়েং থম্রিবা নংগী পুক্নিং তংখায়বু শৌগনিংই। নংগী নুপীগী মতুং ইন্দুনা ইমুংদা চংহন্নিংই। নংগী ওইদ্রবসু নলিনীবু নংনা পুন্সি চুপ্পা নুংশিবা য়াই।'

মরু লুকথদুনা খল্লগা মহাক্না হায়দোবকই,

'চুম্মীদা। নলিনীগা ঐগা অসুন্না অসুম লোন্ন-থুপ্না নকশিন্নরবদি, নোংমা মৈ হৌদুনা চাকখৎলকপা শোযদবনি। ঐদা নত্তে, মাসু লৈবাক্না মুশুকমুশক ঙাঙনবক্কনি। ফবে, ঙসিদগী ঐ মাবু লাপ্পা নুংশিবা তম্লগে।' ○

# উশিল

থৱাল থানি। নুংশানা প্রোক প্রোক চাক্লা শারবা নুংথিল চুপ্পা হোল মনুংদা ফমদুনা সিনেমা যেংলুরগা মপালদা হেক থোবকপদা ঐ নুংঙাইবা ইহুল অমা ফাওই। ঙৌশ্রোক ঙৌবা থানা বাকুনী চীংদোন্দগী তপ্না তপ্না কাখৎলকপা উই। কৈথেল তুংওইনদুনা খ্বাই সোরোক অচৌবদা ঐ নোংচুপ পাংনা তপ্না তপ্না হাইথরকই। থাবলগী মেংলবা মঙালনা শোকপদা মহৌশাগী পোৎ পুন্নমক তবং তরং উই। অনৌবা পৃথিবী অমা থেংনবগুম নুং-পাল ফাওনা ঐ হৈনিংবা ফাওই। মালেমগী অনৌবা সুব অমনা থম্মোয়দা ইপোম হৌহল্লি। ঐগুম্না পিকখ্রবা মী অমগী পুক্কিংদা অচৌবা মালেমসি চোংশিল্লকপগুম তৌই। ঈশিংনা নিক-নিক লাউনা ঈমায় চোল্লবা পাৎ মপান্দা ইতোমতা চিক্লা ফমনিংই, ইপোম হৌরবা ঈমায়দা থানা মরেং মরেং চৎপা যেংনিংই। অৱাংবা লোইবী চীংদা ফমদুনা থাপ্পা তান্না শন্দোক্লিবা অশংবা লবুক-লম্মাংগা মিৎচান্দুনা ফমনিংই। ঙসিদি ঐগী নাকোংদা সন্ধ্যা গৌড়ীগী খোঞ্জেলসে অমুনবা হৈরাংগুম থুমই। তুরেল অমতদা মচু মান্নদবা ঈশিংগী ঈচেল অনী খস্ত্রাংনা চেনবগুম, তেল্লবা নোংমগী মনুংসিদা, নহাল মখৈ ওইরিবা পুন্সিগা, খঙহৌদনা চোংশিল্লকপা নহাগী অনৌবা পুন্সিগা পুল্লবা থেংনৈ। ঐ খঙই ঐগী ওইরকলিবা অনৌবা পুন্সি।

থাংজ নুমিৎ ওইদুনা স্কুল ছুটি ঙন্না থাই। ফমুংদা চংদুনা নুংশাগী মৈশা খাঙবদগী ঐ ৱাওরি ৱাওরি ঙাইহাক তুমলুরে। মিৎকপ থোকপদা ইমাগা কাকাগা ৱারী শারমই। ইফাও ফাওনবা থংনবা কাদনি। লোংনা হিগুনা মখোয়না ৱারী শাবদু ঐ তাদুনা লৈ।

‘ইবুংঙোসি কুমশিদি খংচাও চাওই।’ ইমানা কাকাদা হায়বা ঐ তাই। নচানুপাসি চাউরৈ য়াম্না কল্লি। ৱাংখেমগী তোনৌগী মচা নুপাগা কুমপোক অমতনি, মফি হোংবদি থম্নদুনা মনপ থুৎ-থুৎ চিংখত্তুনা কোয়চেন চেন্দুনা শান্নরি।’

‘মফি-মরোল হোংবা উবদা ঐদি ঙকতুম ঙকচরে।’

'থাদোই, ঐদি ইবুংঙোসে মহৈ-মশিং নিংথিনা তমহনগনি। ইচা-ইমৌ মতম চানা থিগনি।'

'শোযবে মাই পাবুংনা তাকপিবিবদু. অঙাংসে ঐদি লাইবিক-লাইশুকা যান্না তমহনজবোই। মমিৎ-মখোঙ ওইনবা খবা তন্নগা লোইবে। লাইবিক যান্না তন্নবদি মীসি ঙাওই হাযনৈ।'

'কবি ৱানোদা ইবেম্মা। লাইবিক তন্নগা ঙাওই, মীনা তাবা য়াদবা ৱানি। মচা-মশু পোকথোক্লগা লাইবিক-লাইশু তমহন্দবদগী লৈবাকসে কবি শাবে ঙসি। অঙাওবা মীবোল হুক্তবনা খুল্লিংলে, লৈবাক্কী আইন কানুন নহাবোল অমতা ঙাক্লা চত্রে।'

'অদু-অদা খঙদে, মশক ফজবা, মশম যান্না ফবা, নিংদু-মখা যৌনা শাংবা ইমৌ অমা থিদবা যাদে। ইমাঙ থাদুনা পুবদা লেমজনিংঙাই ওইবা।'

কাকা অমসুং ইমাগী অপাম্বা ঐগী তুংগী চাউববা আশাদা তিনখি। যেৎকী লমদাং ওইনা পোক্লুবনা কাকাগী অৱাংবা ৱাখলবুসু ঐনা য়োকখৎচনিংই। মচাবু নুংঙাইহঞ্জনিংবা ইমাগী ৱাখলবুসু ঐনা মোমোন নোক্লা শরুক যাজবি।

হন্দক ঐনা নাবা হৌখিবা অসিগী মৱমদা ঐনা খঙবা অমা লৈ। ঐ হান্নদগী যান্না হোংলে। চাবা তুম্বা মতম নাইদ্রে। যুমদা ঙাইহাক্তা নে-না তানা লৈনিংদে। লৈকাই ৱাংমা লান্দুনা মরুপ-মপাং তিন্নবা হৌবে। কেমেবা অমা পুদুনা চীং-মান, অবাপ্পা খুঙ্গংদা চত্তুনা ফোটো কযা নমই। হন্না হন্না যেংনিংই ইশাগী ইশক মিংশেংলদা মমি তাবা, লৌখোং মপালদা, অশোংবা মোংশোংদা লেপ্তুনা নম্বা ঐগী ফোটো কযা। নোংমা শুমাঙ লীলা যেংলুবগা হন্নরকপদা নোংনা মায-মিৎ পাঙবা ঙমদনা হৈথবক্তুনা ঐখোয খবা পুংলুপ লুপ্না যুমদা হল্লকখি। চাক লাম্মনথ্রদুনা ঐনা নুমিত্তুদা চাখিবা চাক্তু অকিবনি। ইমানা হাযখি, কবিনো নুপামচা ওন্থ্রেৱা যান্নসু চাবেদা। নাদুনা তোক্লবনি।' মথংগী অযুপ্তা তুম্বা হৌগৎলকপদা ঐ হকচাং ঙমদবা ফাওই। মোডাদা অসুম ফমলম্বদগী ঐ কোক ঙাওবকই। জ্ঞান মাঙদুনা লৈমাযদা ৱাম্থদুনা তাবা ঐ খঙহৌদে।

ঐ লৈবি। ঐ চৎলি হান্নদগী ঐনা খঙদুনা লৈববা অচৌবা লৈবক অমদা। ঐ খঙই মতমগী যাওল, নুমদাংৱাইবমগী তঙাং তঙাংবা নুমিৎনা অতিযাদা থোক্লিবা মফম। নাক-যেৎ অমদি মাঙদা উবিবা মহৌশাগী পোৎ পূন্নমক ঐনা হান্নদগী থেংনবকপা ঙাক্তনি। তৌবতবু পূন্নমক সনা অহিংবা মচুগুম উই, ফজবনা যেংবগী

পেনবা নাইদে। ঐ তুং হন্না খক য়েংদে, য়েংগেসু খন্দে। ঐ করি অমতা খন্দে, নীংশিংবগী থবক পুংলেপ লেপলে। ঈশিং মনুংদা লুনা লুপথরুরগা শিনিংদবদগী করম্বা মিৎকুপ্তা কংফান্দা ফাওগৎকদগে হায়বদগী হেন্না অতৈ খন্দবগুম, ঐগী পুক্নিংবু ফারিবসি ঐনা উরিবা পোৎশিংগী ফজবা অদুতননি। ঐগী পুক্নিংসি ফজবদা তিনখি, ফজবদা লুপখি। মফমগী ৱাখলসিমা শেংনা লৈ, মৃতমগী খোঙচৎসিমা ঐগী পুক্নিংদা তাংদাংনা লৈ। লৈরকতু হেক খম্বদা অচৌবা লম্বাং অমা উই। মদুসু ঐনা খঙবা হান্না তোয়না থেংনরবা মফমনি। থাপ্না নোংচুপ চীংদোন্দা নুমিৎনা নিক-নিক লাওনা নপ্তুনা লৈবদু উই। যুম-কৈ মী-পোং খঙন-চান্নবা অমসুং খঙনদবা অমতা উদে, মীগী খোঞ্জেল তাদে। লোইশিল্লক্লবা নুমিৎকী মশেক অরাপ্পা খুলগী উতোল-ৱাতোলদা তরং তরং উবা ফংই। হায়নিংঙাই লৈতনা ফজে। ফৌনানা লেঙ্ লেঙ্ চৎলবা লবুক্কী ঈপাক্তা মুরৈননা শংলবা মচুগী ঈপোম হৌই। লিরি শিৎপা নুংশিৎনা উতোল-ৱাতোলবু খরা খরা হাই-হুমহনবা ঐনা উই, অদুবু ঐগী হকচাং-কায়াৎতদি মালংগী শহুম অমতা ফংদে। ঐনা চৎলিবসে কদায়দনো ঐ খঙদে, অদুবু ঐগী পুক্নিংসি করিগুম্বা অমনা চিংদুনা পুবগুম তৌই, পন্থুং অমা লৈবগুম মাঙলোমদা লেপ্তুনা চৎলি। লবুক লময়াইদা অসুম্না চিক্লা ইতোমতা চৎলিঙৈদা, নাশোল অমা তারকই। ঙকলিবদি মিৎকুপ অমগী মনুংদা নুপী অমা মাঙ্ওইননা ঐগী ওইওইননা ফৌনারক্কগী ফাওদোরকপা উই।

মফম অসিদা, মতম অসিদা, থাজদনা থেংনবা নুপী অদুগী মশক হেক উবমক্তা ঐগী পুক্নিংদা অহোংবা অমা খুদক্তা ফাওই। নাপুনা চাংদোন চল্লবা ফৌনারক্তা চান্দি মহিদা লাক্লবা ঙৌনা লংলবা ইনফি অমা ইন্দুনা ঐঙোন্দা মতুং ওপ্লেক্তুনা মহাক লেপ্তুনা লৈ। মহাক ঐবু লমজিংগে ঙাইদুনা লৈবগুম তৌই। নুপী অসিগী মনাক য়ৌবদা ঐনা মাগী মশক উবা ফংই। মাগী নিংদু মখা চোম্থনা তাবিবা চামড়গুম পুঙনা শাংলবা মশম্না ইহান হান্না ঐগী মিৎয়েংবু চিংশিল্লি. মাগা মিৎচান্নবগী পাঙ্গল ঐ লেতে। ঐগী পুক্নিংদা অকনবা ইরাং হৌহনবদি ওইগী লমদাং ওইবী মহাক্কী আমৃত-খোম্লাংনা নিক-নিক লাউরবা হকচাংগী শরুক অদুনি। ইকাইবা নাওং উত্তুনা মহাক্না ইল্লবা ফিদু শেমজিল্লি। ঐগী কল্লনাগী মিৎয়েংদা তোয়না উজবা মপুঙ ফাবা নুপীগী মশকতুমক লাক্তুনা ইমাঙমক্তদা ইচাও চাউনা লেপ্লরে। নহাগী পুন্সিগী কল্লবা লীচিং অমনা ঐবু লাক্তুনা মাঙোন্দা খংচিং চিংশিনখিবগুম তৌই। অহানবা মাবু হেক উরকপা মিৎকুপ্তা ঐ নুং-পাল ফাওনা

তুজুংই। ঙাওরবা মাগী মমিৎ অনীদু শজিমচাগুম তথক-তথকই। মহাক ঐগী ইমাঙ্ থাদুনা চৎলি, ঐসু মাঙোন্দগী ইঙ্গিৎ অমা ফংবগুম মাগী মতুং ইল্লি। খোঙ্থাং শোন্থরবদি মহাক ঐঙোন্দগী লাপথোকখিগনি খন্দুনা ঐ কন্না চৎলি। মহাক খোঙ্থাং য়াংনা থাংই, নাশোন থোকপসু তাদে। মাঙ্ থাদুনা কে-নৌনা চৎলিবী মাগী তিংদা-য়াংদা উবদা, ঐগী মিৎয়েং পোৎ অমতদা চোইথোউবা লৈতে, কর্ণনা উচেক্কী মঙক্তা উখিবগুম ঐনা নুপীদুগী মশক্তমক উদুনা লৈ। হৈ-লৈগী নুংশিবা মনম ঐঙোন্দা ফৃঙ্-ফৃঙ্ ফাওরকই। কালপুরুষ মচিন-মনাওনা খোংজোন্নুবী তরেৎপু ফাগে তান্নবগুম্বনি, ঐনা ফনা কন্না চত্নুনসু মাগী মনাক্তা নকশিননিংলবসু হামু হামুনি হান্নগুম লাপ্লদুনা লৈ; খরা নকশিল্লবোই নিংই, অমুক হেক্তা লাপ্লে। মরক মরক্তা ইল্লিবা ইনফি চিংথদুনা মাগী নিংদু কপ্লবা হোৎনৈ, ঐগী মিৎয়েং ফানবা লাকনৈ। ইঙ্গিতু ঐ খঙই, অদুবু নুপীগী মরৌ লৈবা মিযেং অমদা জ্ঞান মাঙদবা নুপা লৈব্রা? মিৎকুপ্তা তেথবা ঙাক্তনি।

নুপী অদুগা ঐগা চীংখোঙ্ অমদা থুংলে। চীং নাপো অমা মাঙদা লোইবোইনা হাইগৎখ্রি। মতমগী অতেন-অশাং খঙদে। মিৎকুপ পরেংগী পুন্সিদা মতমবু করিনো? মিৎকুপ খুদিং হৈনিংনা লৈরবদি শাংখ্রবা মতম কাপমুক্তা শাংনা উই। ঐ মতম হৌখিবা খঙদে। অঙম্বা চীং লম্বী অমদা নুপী অদু পরপ পরপ কাখৎলি, ঐসু মাগী মতুং ইন্দুনা কাখৎলি। খরা চৎলগা থেল অমা থেংনৈ। চৈশু অমমম পায়রদুনা নুপা অনী মফম অদুদা ফমদুনা লৈরম্মী। ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংলগা মখোয় অনীগী মরক্তগী খরা শকফম লৈশিন্না উবা নুপা অদুনা নুপী অদুদা হায়রকই,

‘কনানো ইবেম্মা নংনা পুরক্লিবা পাখং অসিদি?’

‘করিনো তাকপিরিবা ব্রাদুবু? ঐঙোন্দা থৌদাবীবা মতুং ইন্না মখোঙ-মরী থিদুনা, মমিং-মথা কায়দনা পাখং অসি চংফা ফাদুনা পুজরক্লিবনি।’ শকহেনবী নুপীদুনা খুমই।

অতোপ্পা নুপা অমা অদুনা নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌরদুনা নুপী অদুদা হায়, ‘ইবুঙোসি মমিংবু করি কৌবগে?’

‘নিংথেমচানি, মণিস্না কৌই।’

‘মদনমোহন হায়রগা, মণিস্না পুরক্রবদি মাঙলেদনা, হৌজিক কমদৌবা তারে? অহল অদুনা নুপী অদুদা কলপ্না হায়রকই।

'তাইবং মীবু ঐখোয়না পুন্সি নোংদম লেপ্লা ঙস্রা? ঐখোয়দি মখোয়গী য়াইফনবা চাউয়েং য়েংবতনি। থোঙ্ঙাক চৈথাদি মখোয়গী কর্ম্মনা লেপচবনি।' নহা অদুনা মখা শমথরকই।

'অদুদি ঐবু হৌজিক করি তৌজৌ হায়বগে?' নুপী অদুনা ইপা পাখৎনা হায়রকই অহল অদুদা য়েংদুনা।

'পাখৎকনু ইবেম্মা! মফম চাদনা ঐখোয় অনীনা নংবু ঙাইরম্লিবসি, নংনা চৎলিবা পোগী কাঙলোন্দা অশোয়বা উবদগীনি। ইবুংঙেসি পুন্সি চেংজেল লৈরি, তাইবংপান্দা লৈরুখিসনু। ঙসাই পূরকপা অদুগুম্না মহাকপু মরান য়ৌনা থিন্দোকপিরুরো।'

কাঙ্-হয়িংগী মখোলগুম্ব মিরবা খোঞ্জেল অমা ঐনা তারকই। ঙাইহাক্কী মনুংদা তেংথা-নাওইবগী মখোলগুম হিক-নৌরবা খোঞ্জেলদু ৱাংখৎলকই, অসুম অসুম ময়েক-মশোল লৌবা ঐ ঙমলকই ঃ

হো লাবা! হো লাবা!
লাঙ্গোল শলদি অথোইবা
ননম খোইবুং শাখিবা
থাংজীং নমলোন্দা চাকতাখিবা
নচিঞ্জাক শিংজু লুখাক তমখিদ্রিবা!
হে গুরু! খণ্ডপ্রলয়গী মতমদা
মৈ ঈশিং নুংশি অহুম্মক্কা হৌরক্লবদা
ফাজিনবা ঙমই হায়দুনা
নমিংদি থাংজং তূবাক-ৱা কৌই
ওঁ হো রো শো কু কু কু!

থৱায়-মি কৌবা মন্ত্রসিগা ঈরোয়ননা ঐনা মথং মথং উরকই পোক্না পুমঙৌ ঙৌরবা মাইবা, ইমা অমসুং কাকা। মখোয়না ঐগী নাক-য়েত্তা ফমদুনা মথ্বায় ৱানা ফমশেন্নরম্বদু উই।

শিরুবদগী হিংগৎলকপা হায়বসি অশোয়বা ৱাখললোন্নি। হায়বুদি হায়নৈ কৃদগী শত্তুনা হিংহৌই। শন্না মফৈ অমতনা খনবা শিবা অমসুং চংবা অনীগী মশক্নি। শিবগী লৈইদা নেৎলুরগা হন্দোরক্কুনা হিংদুনা ঐখোয়গী ইরক্তা লৈবা মীসু য়াওই। মসি কদাচিৎনি। ঐসি মখোয়দুগী মরক্তা অমনি। ঐনা হন্দক নারুবদা থেংনখিবা

অঙকপা থৌদোক ঐ মী অমতদা তমথোক্তে। কাওবদি খক ঙমদে, নৌরিঙৈদদি নোংমগী মনুংদা অমুক নীংশিংবা শোয়দে। নীংশিংবা খুদিংগী ঐনা থেংনখিবা মীওই-লাইওই তৌবা অহুমদুগী মশক মিত্তা শংশং শংশং উদুনা লৈ। ঐবু লমজিংবী নুপী অদুগী মশক্তি তাইবংপান্দা উনখিবা মীগুম ঐগী থম্মোয়না লৌই। ঐনা হৌগত্তুনা চৎলবা মতুংদা ইকুই কুইদনা ঐখোয়গী লৈকায়দগী নুপা অমা শিখি। মাগী মমিং মদনমোহন কৌই। থৌদোকসিদগী ঐনা মীওইবগী মপোকপু, পুন্সিবু ঙক্লা য়েংবা হৌখি। ঐনা খনখি মীগী মহুৎপু উনা ব্লানা শিনবা য়াব্রা? ঐ শিরম্রবদি, মহাক্লা কবি? ○

## অরোইবা মিৎয়েং

অঙনবা অয়ুক্কী জগৎকী মশক্কা ঐগী পুক্নিংগা নক্লবা মবী তপ্না তপ্না লৈনরকই। ব্লাকচীং থাগী চিক-চিক লাওনা ইংলবা অয়ুক্তা চীংখোঙ্‌দা পরেং শানা পৈরম্বা উন মপৈ মপৈ উবদা অচৌবা জগৎকী অথুপ্পা মশক উরকপগুম ফাওই। চীংজুম লাইজদা মায হেক তাবদা অমম্বা মালেমসে নেগেটিভতগী দেভলপ তৌরবা ফোটোগুম উরকই। বসন্ত হৌখ্রদুনা কালেনগী অহানবা নোংলিক্লা পৃথি লৈমায়দা তারকপদা যৌরাংনা ঙাইরকলবা মহৌশাগী নুংশিরবা খুদোল পোৎ মবাঙ্‌ কায়না উবা ফংলগনি খল্লুবদা পুক্নিংদা নুংঙাইবা ফাওই। মীগা মহৌশাগী লৈরিবা পোৎশিংগা মখল অমদি মশকতদা খেন্নবনি। অমতনি। লোইবী চীংমায়দা শাৎপা লৈহাও, পুখ্রী মপালদা শাৎপা চিগোংলৈ, মনা মরক্তা লোত্তুনা শাৎপা চিনিচম্পা,, ব্লারক্তা খোংবন্দা চবুন-চবুন চরোং চরোং য়াম্ন্দুনা শাৎপা লমগী গুলাপ নহা ওইরিঙৈদগী ঐগী থম্মোয়দা য়েক্তুনা লৈরক্লবা অরা-নুঙাই মিৎকুপকী চান্নরবা মরুপনি। নোংমা ফাদোকসু লাপ্না চৎথোকপগী মহুত্তা পাৎ মপালদা খ্রোগায় চন্দুনা ফমই। ফাল মচা অমদা ফি থুপ্পুনা থাই। মিৎ উইশিল্লি, পীগুম অনীগী ময়ায়মক্তদা মিৎয়েং থমই। পুক্নিংসি উন-ব্লাইমুক ইংবা, য়াম্না লৈতাবা নুমিৎসু থেংনৈ। মপুগী

থৌজ্জাল মরীক অমা ফংবনি লৌজে। উচেক-ৱায়াগী খোঙ্গেল হকচাংগী মিহুলগী তালদা খোংবগুম খল্লি, থম্মোয়গী ঈথক-ইপোম্বু নেমথহল্লি।

নোংমা মী য়াহৌনম্রিঙৈ মতমদা ঐ পাৎ মপান্দা ফমই। ঙরাং অহিং নোং চুখিদুনা ঙসিদি পৃথিবী অসি তশেং তশেং উই। অতিয়া নৈচিল নোংফাই থাংদে। উ-ৱা চীং-মান পুন্নমক তরু তরু উই। মিৎনা উরিবা জগৎ অসিদগী হেন্না চাউবা লেঙদবা জগৎ অমা লৈবগুম নুংদা খল্লকই। ধর্ম্মগী ৱাখল তৌই। লাই-তীলগী মরমদা খন্থরুই। ঐ মিৎ উইশিন্দুনা তুমিন্না ফমই। নুংশা শোর চনিং তানা শাংনা শাংনা হোন্দোক হোঞ্জিল শানৈ। শোরগী মখোল খরা খরা নেমথরক্তুনা মমৈদা ইশানা তাবা ফংঙক্তে। হকচাংগী অরূম্ব থোইদিং মরূ অমুক্তা য়াংবগুম ফাওরকই। ঐসি অসুম অসুম পিশিল্লকপগুম, অদুগা মালেমনা অসুম অসুম চাউথোরকপগুম তৌই। মিৎ উইশিল্লবসু জগৎসি ফজখ্রবা মঙালনা য়োমশিনবগুম উই। মিৎ পাঙথোক্রুগা উবা ঙস্বদি ঙমখৈ অমগী মনুংদা লৈবা পোৎ খরতনি, মিৎ উইশিল্লগা উবদি হান্না থেংনখ্রবা মরোল মরোল মপৈ মপৈ, পুক্কিংগী মিৎয়েৎনা শাগৎপা মপাল নাইদ্রবা মালেমগী পোৎলম কয়ানি। ঐসি পিকখ্রবা উফুল মরীক অমনি, অদুবু মপান নাইদবা অচৌবা পুক্কিংগী মপু অমদি ওই। ৱাখলগী লংজিল ময়াম তৎখিদুনা, ৱাখল য়াওদবা নুংঙাইরবা ফিবম অমদা লৈ। জগৎতা লৈনা লৈনা মফম মতমগী ৱাংমদা লৈবগুম, ঐগী ইশক মুৎখিবগুম ফাওরকই। মতম অসিদা ঐনা পিক্রবা নাশোল অমা তারকই, উনা কেন্দুনা লৈমায়দা তারকপগুম। মতমগী অথুবা তালদা নাশোলগী মখোল ঐগী নাক্তা নক্না তারকই। মিৎ পাঙথোকপদা নুপী অমা ইচাও চাওনা ইমাঙ্দা লৈবা উরুবদা ঐ হাইফেৎ ঙকই, ঙাইহাক তিংঙক মায়ঙক্লদুনা মাঙোন্দা য়েংদুনা লৈ। ঙৌশ্রোক ঙৌবা মপাম্মোম অনী থাঙ্গত্তুনা শাংলবা লোংথ্রাইগী মখোক পায়দুনা লেপলম্বদু উরকই। অয়ুক্কী তনৌ তনৌবা মঙালদা, চাউদম-শাংদম্না লমঙাল্লবী নুপীদুবু হেক উবদা ফজবা ফোটো থেৎপা এলবমগী চেনা অমদা মীনা মিৎ কুপ্তনা য়েংবগুম ঐ মিৎফম হোংবা ঙমদে। মহাক ফনেক অমা মফৈবাক য়ৌনা চিংখত্তুনা শেৎলি, মখ্বাংদা খাংচেৎ অমসু চেৎনা লাকপা উই। ফিবম ফজৈ, তিংদা য়াংদা চুম্মী। অহানবা হেক উবমক্তদা, মাগী হকচাংগী কায়াৎ পুন্নমক মওং-মরিল তানা উই, শাবাল ফজবা নুপীনি। মহাকসু ঐঙোন্দা ঙাইহাক শংত্রিক য়েংদুনা লৈ। মহাক ঐগী ইনাক্তা চংশিল্লক্তুনা খরা কোইনা ফমথরকই অমসুং ৱারী শাবা হৌরকইঃ

'ইবুংঙোবু সাপমগী ইমুং নৎত্রা?'

'মান্নি, ইতৈমা!'

'নংদি তারমদবা য়াই, মাম্মা ইনেনা নং পোকপদা লাই তারকপগুম হৌবাওজখি। কাইনথংদা চহি নিফুগী লাংফদা মচা নুপাদুম ফংই লৈকায়না ৱাবীনখি। নচেতোন অশংবীগা ঐগা লোংগনি।'

'ইতৈমবু কনাগী ইমুংনো?'

'ঐ অবুজম নিংঙোলনি। ইরাইবক থীদুনা ঙন্না লুখ্রা ওইবে, হৌজিক ইপামদা হল্লক্কুনা লৈবা ফনা কুইবে। নচে অনীসু মযুম পানখিবা ফনা কুইববদাই। ইনেসু কৈথেলদা পোৎফম ফমই, মাম্মসু কাববাবগী চেনথোক-চেনশিন্দা যুমদা ইবৈ লৈবা শংলমলোই।'

'চুম্মী ইতৈমা! নুংথিলদি ঐখোযগী ইমুংদি ক্বাক্লা চেন্দে হাযবতা থাকই। নুমদাংৱাইবমদি মী অনীশুনা লৈতে। ঐনা নুপীমচা শাদুনা খোঙহাম্বুল ঈশিং শোকই, ৱাই শিৎলি, মৈ-পোং হৌগৎলি। সন্ধ্যাগী ধুপ-থাওমৈসু কৎলি।'

'নতোমতা ঙাযববদি ৱাজবা তাইদনা। থবক তৌবিনবা নুপী অমা থিজিল্লদনা।'

'ইতৈমগী ৱাতাসিদি' ঐনা নোক্রদুনা খুম্মী।

'কবি লাইনো ইনাওনা নিংলিববু? নিংলুনু কবি কানগবনো?'

নুপী অসিগী হাযঙম-তৌঙমদবা মতাসিদা ঐ খৌতক চায, অদুবু ঐনা খুমই,

'ইতৈমা কবি লাইবু নিংলুগদগে। পুক্নিং থম্মোযবু লাকশিনবা ওস্বনি।'

'ইবুংঙো, পোঙমদনা পোকপা মীগী মপোকনি। কুচু-কুমেন্না শোবাবেন্দা খোকপা থাজশুম লংলে। হোবেল হৌযেং ঙাইবদি অপঙবা মীতনি।'

'পঙথা থাগৎপিবে ইতৈমনা ঐবু।'

'চিবোল-খাবোলগী ৱা নত্তে। নংবু মপুবোইবা ওইনা ফংজবা নুপী অদুদি শোবাবেল মখুৎনা লামবা ফংজবনি।'

'ইতৈমা, নহা ওইবিঙৈদদি য়োংদসু ফজৈ হায়বদুনিদা।'

'ইস। ৱা ঙাংবদি ঈশিং লিত্তে। কান্নদে কান্নদে, মৌ অমা থুনা থিজিন্নবা তৌবসি।'

'ঐবু পাম্বীগদবা মী লৈবিগদ্রা?'

'নংবু পাম্বা মীগী মশিং ওখাক্লা যামলমগনি' মোমোন নোক্রদুনা মৌমচা অদুনা খুম্মী।

'ঐবু পাম্বা মী-কাসু লৈরিবোইরে। মীগী মশক য়েংবা হৈতবা মী ওইরিগনি।'

'য়েংবা হৈতবগা হায়রুনু। নুপী ঐখোয়দি য়েংদশিন্না মিৎলাউবী হায়রিবনি। পুংখোল মতুং ইন্না মীনা জগোয় শাবনি ইবুংঙো! পুংখোল খঙদ্রবদি তোকচরেদনা।'

ঐ ঙকই। খুমফম ঙাংবম খঙদনা নুপী অদুনা চৎখিবদু মুন্না য়েংদুনা লৈহৌই। খোঙপম খরা মাঙলোমফী চৎলগা তুংহন্না য়েংথোরক্তুনা মহাক্না নোকফেৎ তৌরদুনা লাওরম্মী –

'লাইনিংবা ইবুংঙো! ঐ চৎলে। অশংবা নুমিত্তা নোংমতং চৎথোকলকউ।'

নোংমা ঐ ইতৈমাহোযদা চৎলি। সন্ধ্যাগী থাওমৈ কৎনবা মতম্নি। খোঙথাং খুদিং ঐ রাখলনা পিক থল্লি। ঐনা অহানবা ইতৈমবু উখিবদু ঙসি অমুক মিত্তা শংশং উবকই। কলাকার অমনা কল্লক-মিহৌ যাওনা মখুৎমক্না মেক্তুনা শাবা নুপীগী মূর্তিনি। ফুমদি-হাওদি মরক্তা অমোৎপা ফি শেক্তুনা লেপ্পা মাগী খোঙ-তোন মান্নবা মশক্না ঐগী মিৎযংবু হুখি। অর্থ লৈবা মাগী রাঙাংনা ঐবু রাখল খলহনখি। ঐবু উবমক্তদা, ধুপ কৎলম্বা ইতৈমা, তুলসী থুনা খুকুম্লগা, ঐবু তরাম তরাম কৌই। মহাক্না মাঙ থাদুনা ঐবু কা অমদা পুশিন্দুনা ফমহল্লি। কা অদু পিক্রবসু নাল্লি, ইমুংগী লৈমায় অদু নুংতিগী রাই তৈবগী মমি তাই। কা অদুগী মফম অমদা টেবল অমা থাই, ঈশুতানা শুরবা অঙৌবা ফিনা মাদু কুপ্পী। য়োৎনা ফ্রেম চনবা হাফ সাইজগী ফোটো অমা মদুগী মথক্তা যতন তৌনা থমই। ধুপ থারম্বগী মৈখু কারি। খুদা কাংথোল অমা নান্না থাদুনা লৈ। ঙাইহাক লৈরগা ইতৈমা কা অদুদা পরপ পরপ চংঙকই। হৈরুক হাপ্পা শেম্পাক অমা ঐগী মাঙদা থম্লগা মহাক্না হায়রকই,

'ইবুংঙো, থাজদনা নং লাকপসি নুংঙাইদা। সন্ধ্যা গৌড়ীদা কৎপা হৈরুকনি, চাও! লৈসি লৌ, নিলমল্লনি। ইনাওদি লাই নিংবনি।'

মহাক্না লৈরমলিবা মওংদু উবদা ঐ ঙকপদা থেংই। ভক্ত বীরমঙ্গলনা মমিং মখুৎমক্না তাংহঞ্জবদু নীংশিংই। থাওমৈগী মঙালদা ঐনা মাবু উই – চন্দন অমবু থিল্লি, মনাদসু তুলসী মনা অমা থেৎপা উই।

খুৎনা পায়খৎলবা হৈরুক য়াদা হুক্কনি হায়বা ঐ কাওই, ঐনা মাঙোন্দা হংই,

'ইতৈমা, টেবলদা থিল্লিবা ফোটোসি কনাগীনো?'

মহাক ঐঙোন্দা খঙয়েং য়েংঙকই, হায়রকই –

'লৈখিদ্রবা ইপুরোইবগীনি।'

'ওঃ' হায়না হৌবগা মখা তাবা ঙমদ্রদুনা ঐ তুমিন্না মাঙোন্দা য়েংদুনা লৈ। ইতৈমনা মখা তাকই,

'ইবুংঙো, শিবা নাবা হায়বসে মীওইনা পোকপা ঐখোয়গী হৌনশানি। অদুবু নংগী তাদনা শিখিবগী থৌদৌদু খল্লুবদা যান্না নিংঙমহৌদে। মদুগী চৈফু হৌজিকসু ঐগী থম্মোয়দা পাল্লি। মপোকসিমগী কোক্কদবা মান্দে।'

'ইতৈমা, হংগদবসু কোইবে। কবমনা শিখিবগে?'

'মাগী মশিদু খল্লুবদা, মহাক্না হায়খিবা ৱা নীংশিংলুবগা, নতৈমদি নুমদাং মী চিক্লবা মতমদা মিৎতগী পি তাদনা তোক্তে। মহাক শিথ্রবসু, মাগী মিৎয়েং অদুদি শংশং উদুনা লৈবি ঙসি ফাওবা।'

'ইতৈমা, ঐঙোন্দা তম্বা যাবা ৱাবা?'

'কবিগীদি যাদনি। নুপা নুপীগী নকশিন্নবা মবীসি খনজিল্লুববদি নুংশিথ্রবা জাৎনি। মচা পোক্তনা লৈমিন্নববা ফাওবদা, নুপীনা মপুবোইবগী মফমদা ইকাই-হঙ্গোইবসি খক তোক্তে। নুমিত্তু মহাক লংফৈ চলুবদগী থুংঙৈ। নুমদাংৱাইবমনি। কৌবগা ঙাংবগা মহাক ঐবু উবদা যান্না হবাওনা উই। নংগী তাদনা ঐঙোন্দা হায়খি, নয়নী। নং চাক মৈ থাগৎপা হৌবম্মু। ঐ চাক য়ান্না লামলে। বজাবদগী ঙা অমতং থুনা চত্তুনা লৈরুগে। নং কবি ঙা চানিংই? হবাও হবাও ইবানি চামিন্নদবা কুইবে। থা অমা মখায়নি হন্দক ইবানি উনদবসি। নোকফেৎ তৌদুনা য়েংলগা মহাক্না হায়খি — ৱাবীগা চিক্না শাগদবা যান্না লৈ।'

'ইতৈমা, অদুদগী কবম তৌখ্রবা?'

'একাডাবী তোংদুনা মহাক চৎখি। চাক শৌদুনা থাংথদুনা যাইবা হৌখি। অদু ফাওবা মহাক হল্লক্তে। ঐগী মিৎ ফ্রং-ফ্রং চোংখি। কবিগীনো খন্দুনা নুংশা থী। ঙাইহাক লৈবগা মীনা পাও পুবকখি। গাডী ত্রক অমনা নযাম্বা তকলে। ঐ কোচাওবী ফুঙ কাখি। হকচাংগী পাঙ্গল পূন্নমক শ্বাই মাঙখি। মফমদু যৌবদা মহাক্তি শিদুনা লৈবমলে।'

ঐনা উই ৱাবী লীনা-লীনা ইতৈমগী মিৎলুদগী পিনা অতৎ-অখম লৈতনা শিন্থবকপা। কদোমদগীনো খঙদে ঐনা মাঙোন্দা হায়,

'ইতৈমা, কবিগীনো খঙদে ঐদি মীগী মশক-মশাসি অসুম য়েংশিল্লুবগা মীগী হকচাংসি লেঙদবা থৱায় অমগী লৈফম শাদোং ওইনা উবকপা য়াওই। খল্লি মীনা কবিগীনো থৱায়বু লৈতবা পোৎকুম লৌবিবসি।'

ইতৈমানা মপি তৈথোক তৈথোক্লা ঐঙোন্দা হায়রকই,

'ইবুংঙো, নুপীদি ৱাখল অরুবা খনবা ঙমদে। নংগী তাদা লৈখিদবা থৌদোক্কুদগী ঐ লাই হায়বা অমা লৈ মীনা হায়নবসি থাজদবা হৌখি। খুরমজবতনি, লাৎচবতনি হৌজিকসু খক থাজবা ঙমদে। মহাক্লা ঐঙোন্দা য়েংলম্লা অরোইবা মিৎয়েংদু ঐ খঙই। ঐদি হোরেল হয়েং হায়বসি থমনিংদে। মনুং-মতম চারবদি নুপা নুপীগী অনিংবা থিনথম্না চুমদব্রা খল্লি।'

ৱারী শাবা লোইরগা ঐ ইতৈমা হোয়দগী য়ুমদা হল্লকই। ঐ ৱাখলনা উংই। ঐগী অমকপা ৱাখল মুৎখিদুনা ইতৈমগী মশক শেংনা উরকখি। ○

# নুংশিবা

মনোবামাবু ঐনা নিংলকপসি চহি মঙাদি ফাবে। মাগী মনাও নুপা অজিৎনা ক্লাস ফোর হেক কাবদগী প্রাইভেৎ তম্বীরকপনা হন্দক ক্লাস ঐইতকী কমপিতিসন পরিক্ষা থাখ্রে। মখোয়গী ইনদোন্না ঐবু লুনা তৌই, খা মতপ অমতা ওইরবসু নোংমগী পীজদনা খক তোক্তে। হেঞ্জাং অহাওবা অমতং থোংবদা ঐবু চাক চাখ্রসি হেক্তা হায়। মনোবামাতনদি ঐবু মিৎচিনা ফাওবা য়েংদে। পামদবা হায়বসে পোৎশেম যাদুনা পামহনবা যাদে, থীবা ফজবগী ৱা ঙাক্তা নত্তে। পশোৎমুক ঙৌবা নুপীদু ঐদি পামদে হায়দুনা শিতৎ-তৎনা লৌ হায়বা যাদবা নুপাসু লৈ। শলগ্রাম অমুক মুবা নুপীদু লৌদ্রবদি ঐ মপোক সিমগী নুপী থিরোই হায়বা মীসু লৈ। মনোরামানা ঐবু থবৎ তৎনা পামদে, মানা ঐবু থোইদিং মখায় অমা ফাওবা নুংশিদে। ঐ চৎখ্রগা খোঙ্গুল ফাওবা তাহন্নিংদদুনা ৱাই তৈথোক্লিগদ্রা খল্লি। ঐনা মহাকপু নুংশিবদি মাগীমমিং ফাওবা কৌবা কোইদুনা অয়াম্বা মতমদা 'ইবেম্মা' হায়না লোয়নৈ, মরক মরক্তা 'মনো' হায়নসু মিংগৌই। মখোয়গী ইবুংঙো লাইরিক তম্বীবা হৌখিবসি ঐনা ক্লাস ঐইত কাবদগীনি। ঙসি ফাওবদা ঐনা কৌবা ঙাংবদা মহাক্লা হৈনিংনা খুম্বা ইনানা তারক্তি। করিগুম্বা ৱাখল খম্বরুবা মতাংদা খল্লকই,

ঐমুক ইকাইবা খঙদবা মীসি পৃথিবীদা অনী শুরিগদ্রা? নোংমা ইকাই-ইকি ৱাংমা লান্দুনা, ঐনা হরাও হরাও মাঙোন্দা হায়রুই,

'মনো, সিনেমা য়েংঙুসি ঙসিদি। য়াম্না নুংঙাইবা অমা তৌরি মীনা হায়নৈ।'

'কানিয়া নুপী অমা নেক্রুগা হেক য়েংঙুচো। করি কান্নদবদা চগৎ চগৎ ঙাংলদুনা, মীনা তানিংগনি তানিংঙোই খঙদনা!'

ঐ ইকাইবনা চংশি শি। মহাক্না অসুক কোম্না হাযদোকলিবসি ঐগী শকসি থীমন্দুনা তৌবিবা জাৎলা? নিগ্রো অমনা লাইদা নিন্দা তৌবা নীংশিংই। মীনা মশাগী মশক মশানা উজবা ঙমদ্রিবসি করিগীনো খঙদে। নকমন্দুনা তৌবিবনি হায়বা মীসু যাওই। সাধন তৌববদি, পৃক্লিং লাকশিন্নবদি মীনা মশাগী মমায কবিশুস্বদা উবকপা মিৎকৃপশু থেংনৈ। মাযোক ৱা হাযবসি কবিশু নত্তে। মীনা মশাগী মমাযবু পৃক্লিংগী মিৎতা উবগা ফজনবা শেম শাদুনা অতোপ্পা মীগা ঙাংনা-শানবনি। লৈশেম মপুগী খুৎশিল-থৌবাং থাগৎতবা ঙমদে। মীনা মশাবু লাইমুক ফজৈ লৌদে, হিংচাবগুম থীনশু খন্দে। অপাম-নুংশিগী মশক-তকপদা অসুম্না হাযনৈঃ নুংশিবদি মিৎ তাঙই। নুংবু নুংশিববদি ইফদা ফজবে। মীগী পৃক্লিং কাঙলোন অঙকপনি। অহানবা উবদা থীনা উবম্বদু তোৎন-তিন্নবগা অসুম ফজরকই। অমবোমদা নুংশিবা মীগী মমিৎ য়াম্না থৌই। হাইফেত্তং যেংবদা লোইনা উই। নুপানা মাগী নুপী নুংশিবীদু য়েংলগা মপৃক্লিংদা খঞ্জেঃ ঐগী নুপীসি ফজৈ। মনাতোনসি খরদং তুমলম্ব্রবদি, মখদাংসি খরা কৌরমদ্রবদি, মমিৎসি লাওবম্রবদি, কুচুসিগা পাল্লম্রবদি, মহাকসি ফজবদা মপা লৈরমলোই। মনোরামানা ঐবু পামদ্রিবসি ফজবা ফজদবগী ৱা ঙাক্তো নত্তে। মীগী অপাম পামদা হায়বা অমসু তোঙান্না লৈ।

মনোরামানা ঐবু উফুল মরীক অমতা নুংশিদ্রবসু, ঐনা মাবু নিংবদি লাইকা ওইরবদি নহান্না মহৈ য়াল্লগনি। ঐগী লেখা বোই মাগী মমিং থাদবা য়াওদে। পিকনিক চৎপদা মাগী মমিং চীংমায়দা হক্কুনা থনমই। নোংমা ফাদোক মখোয়দা চৎহৌদবা নুমিৎতি পৃক্লিংসি লৈতাফম খঙদে — থবক ইনথাং অমতদা খোয়জংবা ঙমদে। নুংশিবা হায়বসে অঙাওবা মচেৎনি। নুপা অমগা মহাক্কা গাড়ী তোংদুনা চৎমিন্নখিবা মঙ্দা নোংমা উখি। তাইবংদা নুপা অদুগা ঐগা থেংনবদা খোয়দৌ শাওগত্নুনা লৈফম খঙদে। মনোরামানা পামজবা নুপা অমা লৈ। নুংঙাই-য়াইফবা ইমুংগী মী মাল্লি। মহাক ফিজোল নাইনা শেৎলি-ঘরী, খুদোপ, সনাগী নীক য়েংবদা

ইরাৎ রাক্তে। নুপী-নহাশিংনা পামজবা মীতানি। মমিৎনা নোকই। মহাক্না মনোরামাগা তোয়না কোয়বা চৎমিন্নে। নোংমসু লোন্না মখোয়গী মতুং ইনবদা নুংশানা কাহৎপা খঙহৌদে। মনোরামাবু হোল মনুংদা ফমহন্দুনা থম্রগা মহাক্না মপালদা চাদুনা লৈথোকই। অতোপ্পা লৈশাবীশিংগা মাগা মপালদা রারী-রাতাই শাদুনা, অচাপোৎ চাদুনা লৈথোই। মহাক চেনখিবা মতুং নুমিৎ খরদি ঐ অঙাওবগা চপ মান্নখি। মঙ-হাদা মহাকপু তোয়না উখি, ঐ তুমলম্বদগী ফুক ফুক হৌগৎখি।তাইবংপানসি ইহাং হাংনা উখি। অতিয়াদা থোকপা থরানমিচাক লৈপাক্না শাদুনা নপশিনবা, অশিবা পোৎকুম উখি। মহাক চৎখিবদগী মখোয়গী ইমুংদু মমী ইশাম শান্ন উই। মখোযদা চৎলগা নুংঙাইজবম্না ঐনি, হৌজিক্তি লৈরম্বা মীনা থাদোক্নুনা চৎখ্রবা অহাঙবা যুম-কৈগুম উরে। অসুম লাপথোকনবক্নুনা ঐ মাগী মনাও নুপা লাইবিক তম্বী লেপখি। নুপা অমগী নুপী ওইখ্রবনি খঙনা খঙনা মনোরামসি ঐগী থম্মোয়দগী লাপথোকপদি লৈখিদে।

চহি অহুম ফাদ্রিঙেদা মনোরাম মপামদা হল্লকখি। ঐনা তাখি মাগী নুপানা নুপী অতোম্বী অমা থিজিল্লকলে। মহাক্না মনোরামাবু শা-শলদগী হেন্না শাথীনা ফু-চৈবিবা, অতোম্বীগা মশম ফেংনবদা মাগী নুপানা হকন চংদুনা মহাকপু লাক্নুনা ইনবদা খুবম চান্দদুনা রাম্লুবা, চৈশিং চাইদুনা লাক্লবগী পাও ঐ তাই। নুংঙাইতে, অদুবু ঐনা করি পাম্মল থোকউবা যাবগে? তুবোন্নবা ইমুংগী শুমাঙদা নাপী ওইনা ফাওবা হৌজনিংদে হাযবা অহল-লমলগী রাদু ঐ নীংশিংলকই। মচা নুপা অমসু পোক্নুনা মহাক্না মচাবু মপামদা পুবক্নুনা যোকখি। ইকাই-হঙোযবা থাদোক্নুনা ঐনা নোংমা মখোযদা চত্নুনা মহাক্না উনখি। ঐনা মাঙোন্দা হায,

'মনোরামা। পুক্নিংগী রা অমতং ঐ নংঙোন্দা হোদোক্নে লাকপনি। নংনা করি খনগদগে খল্লবনা হায়দোক্নদবসু চিল-নৈ ফারে।'

'করিনিনা? হৌজিকপু করনা ঐবু বাবেহের তৌফম লেপকল্লিবাগে? হঙদে তাদ। ঐ পুক্নিংসি যাম্ন নুংশিবকই।'

'নংগী নুংঙাইতবা পাও ঐ লোইনা তায। হেক পোকমিন্নবা ইচন নত্তবনিনা ঐ লৈবি হায়দুনা পাম্লোম তিংবা যাবা মতাং থোকখিদে।'

'লুখ্রাবী মচানি, ইবুং-ইপ্পা অমতং লৈবম্রবদি খঙগদবনি। ফবে, ইখোং থোংনা ইমং থিজরুবনি।'

'হৌজিকপু করি খল্লিবগে? নং অমুক হন্না নপুবোইবগী মযুমদা হনবা

পামলিব্রা?'

'হন্দক্কী মপোক্কী মাগী ময়ুমদা অমুক হন্না খোঙ্গুল তাররোইদবনি। অনী লোনবা মী য়ান্না লৈ। ঐ চপ চানা খঙলে মাগী থম্মোয়দা ঐবু নুংশিবগী মরীক অমতা পক্কে। নুপী হায়বসে পঙখ্রবা জাৎনি।'

'মনোরামা! ঐ ব্রা অমা নংঙোন্দা হায়গে। তরাই তরাইদি হেক খুম্মক্কনু। নংনা খঙলবনি, ঐ নংবু নুংশি। নংনাবু য়ারবদি হৌজিকসু ঐ নংগীদমক চপ চানা লেপলি।'

ঙকতক তৌনা ঐঙোন্দা য়েংলগা মহাক্না হায়রকই,

'তাদা, ঐদি মৌনি। তাদদি পাখংনি। অঙাং অমসু চেল্লবনি। তাদখোয়গী অহল-লমলনা ঐবু করি হায়গনি। ব্রাফম অদুতদি ঐঙোন্দা অমুক তাকপিরগনু।'

নিংঙোলনা নৌনা মপামদা হল্লক্তুনা লৈবা মীগী অথিবা মিৎয়েং চংনিংঙাইনি। কনাগুম্বা নুপা অমদগী প্বা মতপ অমতং চারুবদা মীনা মুশুক মুশুক য়েংনৈ, নাতৈ-পুদৈ য়েংদনা মীব্রা-মীপাও ঙাংনৈ। মসি খঙনা ঐনা মনোরামাগী ইজৎ ময়েং তাগদবা থবক খক তৌদে। অসুন্না চহি অমা হৌজিনখ্রে। ইমা বাজিনা ঐগী খোঙথাং অসি উদুনা মৌ য়েংবা হৌখি। অরোইবা ওইনা মনোরামহোয়দা চত্তুনা ঐনা মঙোন্দা হায়রুই, 'মনোরামা, হন্দক ঐনা হায়রিবা অসিনা অরোইবনি। অতোপ্পা নুপা অমগী মচা ওইরবসু, নংনা পোকপদি ঐগীসু ইচানি। অঙাংদি লাইনি, ঐমক্না পোকপা ইচামক্কি খন্দুনা য়োক্কনি।' ঙাইহাক তিংঙক-মায়ঙক্রদুনা লেপলম্বদগী মহাক্না হায়রকই, 'ফরে তাদনা অদু য়ৌরবদি, মীনা ঙাংননিংবা ঙাংনজশনু। মৌনা ময়ুম পানবা য়াদে হায়বা নৈব্রা?' নুমিৎসিমক্তদা মহাক ঐগী তুং ইন্দুনা লাকখি।

মনোরামা লাকপা নৌরিঙৈ মনুং ঐ ইমাগী মতৌ য়েংবদা তুফক-তুফাই চল্লি। ঐনা থবক চৎলুবগী হঞ্জিল্লকপদা মহাক্না ঐঙোন্দা তমই –

'ঐ অবোক্কী খল্লুবদা ঙসিদি য়ান্না নুংঙাইতে। অবোক্না মমান্নবীগা ব্রারী শাবদা হায়, করি তৌনি ইবেম্মা! ইচানুপা অসিমতা পোকপনি। মৌ লৌবা হায়বদু থোকলেদনা। মদুদা নুপী অদুনা খুম্মী, হোইনে ইচে! তুমন লৌববু কনানা য়ানিংগনি। চিন্দা-পাওদনবদা, মীনা হায়নরিদনা তুমন মব্রা লুখাকলা খুনবা। ঐ চৎলগে, ঐ লৈরবদি ইমুং মহী লাঙগনি, নংগী কোক শাগনি।'

ঐনা মাঙোন্দা হায়,

'ইমাহোয়না পেঙ্গ্রদদুনা ঙাং-শকপা নৌরিঙৈসিদি ইবানি খরা থাঙবা তাই। ইমাগী পুকচেল ঐ খঙই। খরা লৈরগা ফরক্কনি।'

মনোরামাগী খল্লুবদা ঐ নুংঙাইতে। ঐগীদা লৈরে, ইমাহোইগী মতৌ উবদা নোংমতা হী-হী নোকচবা ঙমদে। অমরোমদা, মচানুপা পীশক্কু কায়নবগী অঙ্গাবা অমসু মচিল থোক্রুবসু খাঙলিবনি। মপা লাক্লুনা অঙাং অদু পুখিবগী পাওসু তারে। নোংমা ঐনা হঞ্জিল্লকপদা মহাক মাঙ্গোল উখোকতেন্দা ঙাদুনা লেপ্লম্মী। খঙনা খঙনা ঐনা মঙোন্দা হংই,

'কৈদৌরে? নংবু নশা ঙমদবরা?'

'ঙম্মী। ইবুংঙোমচাবু নীংশিংই। ঙবাংসু মঙদা উরম্মী। করি তৌববনো?' মহাক্না ইতিং তিংনা খুম্মী।

'নংনা খনবদুদা নমঙদা অঙাংদু উরিবনি। নুংশিদুনা তৌবিবনি।'

'নুপীদু শাওগনবনি। নিংঙাই খরা তৌবদা ফুবি-চৈবিরমগনি। মতম চানা পীজ-পীথক্কমগদবা মান্দে।'

মনোরামাগী নুংঙাইতবা মতৌ যেংলুরগদি মাগী মচাদু লৌবিরুবনা চুম্রা খল্লি। ইমা বাজিগী মমাঙদা অঙাং চেল্লক্কবসিগী ঐগী পুক্লিংদা কোমজবা অমসু লৈ। মবক অমা যাম্না নারে হায়বা পাও তাদুনা মহোই ইমা থাদুনা অঙাং অদু লৌহল্লুই। হৌজিক অঙাংদু ঐগী ইনাক্তা লৈরে।মমা মচা পুঞ্জরে। অঙাংসি যাম্নসু নুংশি। ঐনা মাগী লৈবিরকপা খোঙগ্রাউ ফুরিৎ কোন্দুনা তুমই। ইমানা কৈথেলদগী লৈরকপা ঙামোক মহাক্না মেরুক্তা হাপ্পুনা লিক্না লিক্না চায়। মাগী মতৌ য়েংবদা ইমাহোয়সু মীচাবোক্কি কাউবগুম তৌই। বাজিনা মাগী মমিং ধনজয় থোনবী, মমানা পেঞ্জে। ইবুংঙোমচা কৌবা তোক্কুনা, মনোরামানা মচাবু ধনজয় হায়না থৱায় তানা কৌজে।

কুম-থা শুদুনা মনোরামা অঙাং উনরে। নুপানি, ঐ হারাওই; মহাকসু হরাওজৈ। মহাক্না ঐগী ইমাঙবদা পুথোক্কুনা অঙাংদু ঈরুজবি, হাইফেৎ নোক্রদুনা ঐঙোন্দা হায়, 'য়েংঙু, নং মানখ্রে অঙাংসে মনাতোনগা তুমলদনা।' অঙাং অনীদু নোংমা নোংমগী হম-হম চাউশিল্লকই। শান্নপোৎ লৈবদা অনী শুদ্রবদি ঐগী নুপীনা নুংঙাইতবা মচিন থোক্রুবসু ঐ উই। ঐসু ওইনাম মচাদু মপাগী মনাক্তা থিন্দোকনিংলে। নোংমা মবানি একাড়ী মচা শান্নে। গাড়ী মুন্নরক্কুনা ধনজয়না ইনথুবীদুনা ইবুংঙোমচাগী ময়া ঈ-থোকই। ঐনা মাবু খুৎপাক্না থাদোকলুরে। মমানা মৈ হৌনা শাওই, 'অঙাংনা করি খঙবগে? লৈবিগে হায়রবদি অনীশুনা লৈবিবা

য়াদ্রা? পামদুনা মুন্নরিবনি।' ঐসু খংশাও শাওদুনা হায়দোকখি, 'নংগী নচাসে ঐদি নুংশিদে, মপাগী মনাক্তা থিনদোকপিখ্রো!'

মনোরামানা মমাদা পাও চেনব্রা হায়না খল্লি, মাগী হান্নগী মনেমবোক নোংমা ঐখোয়দা লাকই। অঙাং পুনবগী ব্লারী শানবা ঐ তাই। ঐখোয় ইমানা নুপী অদুদা হায়,

'চুম্মী ইবেম্মা, নচানা পোকপা নশু কোকহল লাইহন্নিদো। ঐগীদা লৈবসু মমাগী মনাক্তা লৈবনি, কায়দে। অদুদা ইচা-মীচা হায়বসে খক মান্নবা য়ারকপা হৌনদে। মপা অপোকপগা পিকলিঙৈদগী তোৎন-তিন্নহনবা ফৈ, নৎত্রবদি হয়েং চাউরগা প্রেম লৈনরোই।'

'ঐসু মদু খন্দুনা লাকলিবনি, ইনম্মা!' ধনঞ্জয়বু হেক পোকপা মপাগী মমানা খুম্মী।

'চৎলো ইবেম্মা, নুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা ইশুবু লৌবিররো। লুনা-চান্না তৌবীয়ু। মমা য়াওদনা অঙাং য়োকপা হায়দোকপতবু লায়বনি, য়াম্ন লুখ্রবা জাৎনি।'

মনোরামানা নুমদাং ঐঙোন্দা তমই, 'খঙদ্রেদা তৌরিবসে। পুন্নমকসি ঐনা থোকহনবনি খল্লুবদা ঐ খাঙবা ঙমদ্রে। ধনজয়সে মবুক্লিংদা ব্লা ঙাংলে। ঙসিদি অবোক্লা লৈরকপা ঙম্মোক চাও-থুকউ হায়বা মহাক য়াদে।'

'মমিৎ-মনা শিংখ্রবা অঙাংনি। মীনা ঙাংন-শক্লবা মহাক লোইনা ভাব তারমগনি।' ঐনা ওক্লুনা হায়।

'মহাক্লা ঐঙোন্দা হংইদো। ইমা, ঙসাই ঐখোয়দা লাকলম্বা নুপীদো কনানো? ঐদি মখোয়দা চৎলোই। ঐ লৈত্রবদি ইনাওদি কনাগা শান্নগনি?'

'ঐঙোন্দসু হায় – কাকা ঐদি মীগী ময়ুমদা চৎনিংদে। হয়েংখৈ ঐ ইনাওবু ফুবরোই।'

অঙাং লৌবা লাকপা নুমিৎতু ঐ য়াম্না নুংঙাইতে। মনোরামাদদি করি ওইরিগনি? নুমিৎ মাঙ্গোল ময়ায় য়ৌবা মতমনি। মাখোয় মী অহুম লাকই, ইনেমবোকসু য়াওরকই। ঐখোয়গী ইমুং ইরাং লাংই। সান্নপোৎ কয়াসু মাঙ্গোলদা লৈবা উই। ধনঞ্জয় ইমুংদগী ফন চোংথোকলক্লগা কন্না চেনখি। শুমাং মতোন্দা লেপ্পুনা হেন্না য়েংলগা মহাক্লা লাওরকই – 'ইমা ঐ চৎনিংদে। কাকা ঐ মীগী ময়ুমদা লৈনিংদে!' ঐখোয় পুন্নমক মাবু তিংঙক তিংঙক য়েংদুনা লৈহৌই। ইবুংঙোমচা মমানা কৌবা খুমদনা কোম্ভোং লান্দুনা লৈরকলোমদা তিংদুনা চেনখি।

নুমদাংগী পুং নিপাল তারে, অদু ফাওবা মাবু থিবা ফংদে। কাকা ঐ মীগী ময়ুমদা লৈনিংদে হায়বা মাগী মথল্লায় শোকপা খোঞ্জেলদু ঐগী থনুংদা ওমদুনা লৈখি। কৈরোল লৈকায় শাৎনা থিবদা মাবু উই হায়বা কনাশু য়াওদে। মতম খেংজিল্লকপগী মতিক ঐগী থল্লায় ব্লাবা হেনজিল্লকই। মমানসু ইচা শিরম্রগনি হায়দুনা ফ্রঙ-ফ্রঙ চোংদুনা কপশিল্লকই। পাখংমচাশিংনা ঈশিংদা কুমদুনা থিবা হৌগৎলকই। থাওমৈগা থাওমৈগা হিঙ্গোল-শংবল, লম্মাং কোয়চং চংদুনা থিনরকই। মহৈ-মহৈ লাওনরকপা ঐ তাই — হো লৈরব্রা? অঙাং ফংলব্রা? মোইবুং খোংলকপা তাই। পাইরক্কী ব্রাখল অমা ঐঙোন্দা ফুঙ ফাওরকই। নোংমা মাঙখ্রে থিনবদা, মহাক্তি ইশি শিনা চরু মরক্তা তৃমদুনা লৈবম্মী। মহাক্তি চরু মরক্তা শান্নবা যান্না পামই। পরপ পরপ চভুনা ঐনা চরু ইকু মতোল লোমনা কাখতুনা থিবদা, যান্না হৈনা কোঙ্গুৎ অমা শেমদুনা মশা পুন্নমক চরুনা কুপশিন্দুনা মমায় খজিক্তং ফাৎলগা নিংঙাইদনা তৃমদুনা লৈরম্মী। মবুক থবৎ তৎলি। ঐনা কোন্দুনা মাবু পুথরকপা উবদা মনোরামানা মশম মনা ইফা ফানা চেনশিল্লক্তুনা ঐঙোন্দগী মচাদু তাপ মুন্দুনা পমই। মহাক্কা চেজেৎ কোনশিল্লগা হন্না হন্না মচাগী মবাযবক্তা পেন্না পেন্না চুপ্পী। মমা মচাগী মতৌ উবদা তিল্লিবা মী পুন্নমকসু মিৎকী ঈরা হৌনবা ঙাক্তনি। হেক য়ুমলোন্ননা লৈবা ইনে তম্ফানা হায়, 'ইবুংঙো, নহালমুক মপোক্তা কায়নখিবা নচা হঞ্জিল্লকপনি খন্দোকলো। করিগুম্বা মহাক্কা য়েংহৈ-উহৈদবা ফিবমদা লৈরম্বা থোক্লবদি নপুনশি চুপ্পা লায়থুং ওইহৌগনি। নুংশিদ্রা য়েংঙু অঙাংসে! নচামক্লি হায়না খন্দোকলো, মদুদগী হেনবা ধর্ম্ম লৈত্রবনি।'

পুন্সিগী অঙ্কদা ফল তাদদুনা মনোরামা ইবানি ঙাওদুনা লৈবনি। ধনঞ্জয়বু হৌজিক কনাদা শিন্নগদগে? মনোরামাবু মৌ ওইনা লৌবনি হায়বসি ককথৎপা য়াদ্রবা অচৌবা মশীংনি। দাইরিয়াদগী য়েংবিহৌদদুনা ধনঞ্জয় হৌজিক অনাবা অমা ওইরে। মাগী মশক য়েংবদা অকিবা পোকলে। মশা অসুক্কী মতিক শোল্লে, কপ্পদা মখোল থোক্ত্রে — কাঙগী মখোলগুম মি-মি লাওখ্রে। অহিং ফমশেন্নবদা ঐগা তুমিন্নৌ, মহাক্তি কিজরে মনোরামা মচিন্না থোক্লা ঐঙোন্দা হায়। ইমাগা বাজিগনা ঐঙোন্দা হায়, 'অঙাংসি য়ারোইদবা মাল্লে। মখোয়রোম মী খঙহনবা চুমই।' চৎকদবগী ফি শেৎলিঙৈদা মনোরামানা মপুক্লিং নুংশিনা কপ্লদুনা ঐঙোন্দা হায়, 'কনা অমতা তাকপিরুগনু। হৌজিকপু করি কানখিগনি? নংগী নচা নত্তদুনা অসি য়ৌখ্রিবনি। নহান্না ডাক্তর অমতং কৌদুনা য়েংহল্লম্রবদি অসি থোক্কদ্রদো। ইচা শিবা

শোযদ্রবনি।' ঐনা মাঙোন্দা হায়খিবা ৱা কযা নীংশিংঙকই। হাযজ-চৎচগদবসু মখোঙ পুন্নবী মনোরামাগী ফিবম উরুবদা, ঐ মাবু নুংশিবগী চাং হেনগৎলকই। ধনঞ্জযবু ইচাদা ইচাগুম উবকই। ঐনা মাঙোন্দা হায,

'ইবেম্মা, কপলগনু তোকলো। হৌজিকমক ঐ ডাক্তব কৌরুগনি। ইচা শিবা যাদে। ঐ মিৎ পাঙনা পাঙনা তূমলুবে। নং ঐবু ৱাবৌগনু।'

মাগী অৱাবনা কাহৎলবা মাযথোং অদুদা অনৌবা আশাগী মঙাল অমা ফাওবকপগুম উই। থিংবা ঙমদবা থম্মোয়গী ঈহৌ অমগা লোয়ননা পিনা লুপ্পবা মিৎস্না অনীনা ঐঙোন্দা মুন্না যেংলগা হায়দোবকই —

'ইবুংঙো, পেল্লে নংগী ৱা তাবদা ঙসিদি। ইচা শিবা থোক্লবসু ঐ কপখ্রবোই। শিবা চংববু মীনা থিংবা যাববা? নংগী নুংশিবগী মিৎযেং অমতং উবদা ঐগী অৱাবা চিংনবা পুন্নমক কোকলে। যাদবগী তৌবনি, ঐ হৌজিমক শিদোক্লগা, অনৌবা মপোক অমা পোক্নুনা নংগী সেবা তৌজবা ফংলবদি পেল্লগনি।' ○

# অচংবা অমসুং অশিবা

লৈবক কাযা, হিঙ্গোল কযা ফাওদুনা চৎপদা কনাগুম্বা মী অমতা থেংনদবা নুমিৎসু যাওই। হিঙ্গোল, শুমাং-থেলোং নাপীনা খুকউ-খুজেং থম্মী। পাৎ, খোংবাল, পুখ্রী হপ্না থাগৎখিদুনা মথক্তা কাদুনা চৎপা যাই। ফক্লাং তঙ্খায অমা লেনথৎলবা যুম,- নাপীনা দাভী লানথৎলবা শঙ্গোয কযা কযা থেংনৈ ঐখোযগী লৈকাইদগী হেন্দোকপা ফাওবা। অঙনবা অযুক অমসুং নুমিৎ মযুম চঙখ্রব মতমদদি সহবসি পুমচিক চিকই। মহৌশা তাবম্বা শবিব, কাঁশী, শেম্বুংগী মখোল নোংমতা তাবা লৈতে। ঐখোযগী লৈকাযদা ইমুং মঙা-তরুকমুক লাল চেল্লুবদগী হঞ্জিন্নবকলে। লাল মনুংনি। তেল কম্পনি, ট্রান্সপোর্ট দিভিজন ঐখোযগী লৈকাযদা লৈ। নুপামচা ঐগা থানা মবি। মঙাতমক নুংতিগী উনৈ। ঐখোয নৌনা তিন্নবা ঙাক্তনি। লাল মমাঙদা তিন্নখিবা শকখঙ-মাযখঙনবা কনা অমতা হঞ্জিল্লক্ত্রি, মখোয খবদি

শখিবগী পাওশু তাই। অয়ুক চরা ৱালগা য়ুমদগী থোক্লরকই, কনাগুম্বা থেঙলবসু ঐখোয়না ময়ুমদা চত্তুনা হৌবিরুই। নুংতিগী নুমিৎ য়ুংবা ফাওবা পূন্না শান্নমিন্নে। শগোল মথীনা ৱাতোল তন্থায় ৱাংনা পৈখত্তুনা অচৌবা লৈবুংগুম উই, চেংক্রুক পাম্বীনা লেপ থূন্না হৌদুনা য়েংবদা চীঙদুম মচ মাল্লি। ঐখোয়না লম্বী শেমদুনা থেক্লা খোয়না কাখৎলি, মতোলদা ফিদা থাদুনা ফমিন্নে, ৱারী-ৱাতায় শাই। উচেক-ৱায়াগী মখোল ময়েক শেংনা তাই। মীগী খোঞ্জেলদি তাবা ফংদে। উহৈ-ৱাহৈদি য়াখোঙ থূন্না চাবা ফংই। ঐখোয় নুংঙাইনা মতম লেল্লি।

কালেন থানি। চাউরবা মমাংশঙ্গোয় মাল্লবা মথক কুপ্তবা হৱাগাড়ী অনী নুংতিগী মথকলোমদগী থৌরকই। মখোয় লাকপগী মখোল য়ান্না লাপ্লিঙৈদগী তাবা ফংই। সোরোক্তা চেনবদা পূমনিল নিল্লি – গম গম, গম গম, নকশিল্লকপগী মতিক মখোল হৌবা হেঞ্জিল্লকই। মখোয়গী মখোল হেক তাবদা ঐখোয় হৌনরুদ্রবসু থুনা পুল্লে। কোনবা থুংদ্রবা কাংখ্রোং তরাতরুক পানবা হৌৱাগাড়ী অচৌবনি। সিফাইগী রশন হোনবা লাকলিবনি। থা অমা মখায়দি ঐখোয় শিনি-নানি কাওবা মখৈ নুংঙাইনা লৈ।

খুনয়াদা হৌবা খোংনাং মখোংদা ফমদুনা খোংনাং-টৌপী শাদুনা ঐখোয় শান্নে। ঐখোয় পুন্নমক মরক মরক্তা মঙারক কানবী লৈবা মায়গৈদা য়েংই। চীংখৈ পাংবদা লৈবা লাঙ্গোল চীংগী মতোল হেক লাম্থোকপগা রশন পুবা এরোপ্লেনশিংদু হেক্তা নেমথরকই। যান্না নেন্না পাই, থৌরিবা পাইলোৎ, থোঙদা লেপ্তুনা তোংলিবা মাল হাপ্পা বোরাবু কাউথবক্লিবা মীগী মশক ফজনা উবা ঙম্মী। ঐখোয়না খুৎ হাইবা উরগা মখোয়শু হাযরকই। বশন থাদরম্রগা প্লেনা ফেল্লেননা পাইখৎখিবদা খুনয়াদা হৌবা ৱাপল-উপল হাইনা হুন্না খাঙই। খুনয়াদা চাখোং হৌদবা তিংথৌ হৌবা লমগী ফিবাল পরেং অমা লৈবি। প্লেনদগী কাউথরকপা চেং, চিনি, থুম, শঙ্গোম অমসুং শা-ঙাগী কৌতাগী বোরাশিং অহাঙবা মফমদা তাই। করিগুম্বদা চাখোং মরক্তা শোয়দুনা তাশিনবশু য়াওই। ঐখোয়না অদুগুম্বা তাফম লানবা বোরাদু পুক্লিংদা খঙজিল্লি। লৈমায়দা হেক তাবগা বোরাশিংদু থরো থরো ওল্লগা ঙেক ফমই। য়েংবদা কুম্মৈনি। গাড়ীদা হাপকত্তুনা পোৎশিংদু পুখ্রবা মতুংদা ঐখোয়না চেনশিন্দুনা বোরা অকায়বদগী তাহৌবা পোৎ লাক্লদুনা খুল্লি। চেং, চিনি, থুম মপৈ মপৈ থেংনৈ।

ঙৌনা ঙাংবা বিলাইতি পুংদোল অমুনবা মচু মানবা ৱাংথ্রং ৱাংবা নুপা অমগী

লুচিং মখাদা বশন খুনবা অমসুং পুবগী থবকসি তৌই। মহাক্তি মশা য়াম্রা নাম্লি। মাগী মখাদা লৈবা মী অতৈদি কুচু মুই, শক ফজদে। মখোযনা শেংলিবা ফুবিংকা খ্রোংগ্রাওগা শম্নবা ফিজোল অদু উবদা অহানবদদি মবিং-মবাংনা উই। মোংপসু শাথীনা মোংলি। অঙৌবা নুপাদুদি মবুকশু ফৈ। নোংমা ফাদোকশু ঐখোয়গী ফিগাও হাইদোক্তুনা য়েংই, বোবাদগী খবা খবা কোত্তুনা হাপ্লীবা নুমিংশু যাওই। শামু মযানা থাম্বা ফজবা লীচৈ অকোনবা অমা মহাক্তি ইথা থানদে। লীচৈ অদুনা ঐখোযবু কোংশিন্দুনা মবক মবক্তসু লকনৈ। মাগী শেল হাপ্পবা বেগতা নুপামচা অমগী মশা তঙ্খাযদা নম্বা ফোটো অমা চেকশিন্না হাপই, পুথোক্তুনা ঐখোযদা মাদু নোংমা ফাদোকসু যেংহন্লি। অঙাংনি মশক যান্না নুংশি — মোমোন নোক্তুনা লৈ। মহাকপু ঐখোযনা লীচৈ-কোং হাযনা খঙনৈ। মানা ঙাং শকপা ঐখোয কবি অমতা লৌশিনবা ঙমদে। মাগী টোপীদি খাকী মচুগী মনুংদা চোংগাং ফুম্বা, ইকোয কোযনা মনা ফন্দোক্তুনা নুংশা খনবা জাংতুনি। ঐনা পাম্বা পোংতামক থোকই।

অঙাংগী মিংযেংদা শাবেপ ফাবা মীওইববু অহল ওইনা উগন্লি। ঙসি নীংশিংবদা মহাক চহি নিফু খবা কল্লমগদবা মাল্লকই। মশা যান্না ফৈ, মপাঙ্গল কল্লি। মাগী মখুং অনী তিংথোক্লগা খুংশাদা ঐখোযগী খুংকী খুনিং চপ তিংনা শৌদুনা থম্লগা মহাক্না ইবায লাঈনা ঐখোযবু থাঙ্গংলি, লম্বীদা ঙামথবা ন্নাতোন চোংখত্তুনা শোকপা ঙস্ত্রা মহাক্না যেংই।

প্লেন পাইবকপা ঙাইবিঙৈ, বশন বোবাশিং লৌশিন্দুনা হন্নাগাডীদা পিবামিদ মওং মান্না হাপকংলিঙৈ মতমদা 'লীচৈ-কোং' স্লাইবেম্মা থানিনগী মনাক্তা পোংথাদুনা অযাম্বা মতমদা ফম্বা উই। মতম চংবা থবক্লি। বোবা মবি মঙাদগী হেন্না থাদবকপা য়াদবগুম মখাদগী য়েংবদা ঐখোয়না উই, প্লেনগী থোঙ মীগী মবেপ্তগী থোইনা হেন্না ন্নাংদে। ইনা কুপ্পা অন্নাং শঙ্গোযনি। মতেক অমা ফকলোংনা খাবগা ইমুং ওই, ফুঙ্গাগা চাকখুমগা পুন্লি, নোংপোকথংবা মতেক অদুনা মাঙ্গোল ওই। ইমুং মাঙ্গোল ন্নাই নান্না তৈবগী খুংফম তাই। অয়াম্বা মতমদা চাক-ঈশিং ঙন্না চাবগা স্লাইবেম্মা মাঙ্গোলদা ফনেক লোলদুনা লৈবম্বা থেংনৈ। মাগী শাম্মুক্তি মি তানা লংই। লাইবক্তা চন্দন থিনবদা ফজবা পকচবা ঐ স্লাইবেম্মদগী ইহান হান্না উখি, মহাকসি হৈবসু হৈগ্রে, ঙাইহাক্তদা ঐবুস্ মখুবাক্তা লেমহৌবা চন্দনা থিনবি। মহান্না শ্রী হাপ্পদি পিকতক তৌনা মচি-মকোয় মান্ননা বাশি লৈ। শমজিদা নংত্রগা মনাদা লৈ থেংপশু মবক মবক্তা উই। কবিগুম্বদা মহাক্না ঐবু চা লোনবা তম্বী।

ঈশিং, শঙ্গোম, চিনি অমদি চা মনা তান চানা হাপ্লা লোনবা ঐঙোন্দা মানা তাকই। পোৎশিংদু মহাক মখুৎনা শোক-পন্দে। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়, 'ইবুংঙে, মীরোল লৈতবনিনা নচেদি অমাং-অশেং থিদ্রবনি। ইনাওদি নুপানি, ঙসি নোংমা-নিনিসি ঐনা লোনবা চা থকপা ফত্তে।' থানিনস্নাহোয়গী পবেংদা য়ুম অহাংবা তরামুক লৈ। ইমুং অমতসু লাঞ্জেনখিবদগী হনজিন্নক্নি। স্নাইবেম্মাহোয়গী ইমুংসু মহাক মথন্তুনি। মখোয়গী ইমুংদা মী কয়া লৈবগে হায়বসু ঐদি খঙদে। ঐ মাগী মনাক্তা চত্তুনা নুংতিগী শাস্ত্রে। স্নাইবেম্মা ইশৈ ঙংগল্লি চাক থোংলিঙৈদা, ফনেক লোল্লিঙৈদা। চা, তল, শঙ্গোম তোৎপা ঐঙোন্দা পীজদবা লৈতে। মাগী ফনেক লোনফম মনাক্তা দউীনা ফমফম ওইবা অচৌবা চৌকি অমা ঙামথদুনা থাই। বশন বোরা খুন্দোক-খুনজিল, হাপতোক-হাপশিল তৌবিঙৈদা নীচৈ-কোৎনা চৌকি অদুদা ফমদুনা লৈ। নুপা অদুনা ব্রা কয়া ঙাংই। মদুদা মহাক্না খুমই,

'বাবু সাহেব, জম্ভু নহি। কবি হাযবনো ঐ খঙদে।' মবান্নি নোকমিন্নবা উই। স্নাইবেম্মগী চেং, হরাই, চিনি, সাবুল, ঘী, মাখন, শঙ্গোম কৌতা মহাক্না পুবিবকপা উই। চরুটসু। স্নাইবেম্মা খুতুম তাশিল্লগা চুরুট যেপ্তুনা থকই। নুপা অদুনা কাংচুপ। নুপী ওইজববসু মহাক থৌনা ফৈ। চিনদোন-লৈতোল শেংই, মহাক্না ঙাংথোক-শকতোকলকপদা তানিংবা পোকই। মহাক্না হাযবদগী ঐনা খঙই। মহাক মৌনি। লুহোংবা মতুং থা অহুম শুবদা ইম্ফালদা বোম তাই। খুঙ্গংদা চেনবদা মাগী মপুবোইবা অমসুং মকুবোক খোং হাংমদুনা শিখি। মহাক্না হৌজিক লৈবিবসি মপামদনি। মাগী মপাংবুং নুপী অনী লোল্লি, মহাক্না নুপী অহনগী মচানি। মমা অতোনবীদি মচা নুপা নুপী যাম্ল পোকই। মাদি মতোমতা পোকই — মমাসু লৈখিদবে। মহাক্না ঐঙোন্দা মচিন্নাথোক্না নোংমা হায,

'ইবুংঙো, নচেমুক তোনবা মী জগৎতা লৈত্রবনি। নুমিৎ হেক তাখিবগা থবাযসি লাংহিকমুক্তা চাওই। ইমাতোনগী মপশিংনা ঐবু নুংশিদে। ঐতনা শিববসু ফবে খন্দোক্তুনা হেংগৎলকপনি। অহিংদি কিবনা তুম্বা যাদে।'

ঐনা হায়,

'স্নাইবেম্মা, নুমদাং নুমদাং মথৈ ঐ নহোযদা তুম্মুবা?'

মহাক্না নোক্রদুনা হায,

'নুপা নথক্তা য়াওবনি। ইনে মাম্মনা য়াবোই। অযুক নুংথিলদি নুংতিগী ঐগী ইনাক্তা লাক্কুন। শাস্ত্রো।'

নুমিত্তু থাংজনি হাযগুম তৌই। অয়ুক্তগী হৌনা নোং চিফেৎ-চিফেৎ তাই, অমুকস্ নুংশা থোবকপা উই। নুংথিলগী মতমনি। বশন হোনবা গাড়ী অচৌবা ঙসাইনা লাকখ্রে। খুনযাদগী ফনা লাপ্পা চৎথোক্লুনা ঐখোয কেকুলোৎপী শান্নবি। নুপা চাউ-শংখ্রবা অমা খুনযাবোমদগী পবপ পবপ থোবকই। মাগী মশক উবদা ঐখোয পুন্নমক য়েংদবা ঙমদে। মহাক খুদৈ অবাংবা চাউবাং অমা শেৎলি, খুদৈ মচা অমনা মখ্বাংদা লাকশিল্লি। মাগী মবেং মথবাক অদু খাবৌগুম ফন্দোকই। মপামবোম, মফৈবাক, খুবোম তচাউ-তচাউই, মবৈ মবৈ তায। মযাংলেন শাংই। মপা লৈতন কনগদবা মীওইগুম উই। মহাক্না ঐখোয উবদা লাওবকই — 'কনা কনাগী মচাশিংনো? লৈবম্মু ঙসিদি খঙগনি। বশন বোবা থাদবক্রবদি, নন্দুনা শিগনি খঙদ্রা?' মাগী হৌববা খোঞ্জেলদু তাবদা ঐখোয পুন্নমক কিদুনা খুনযা তন্না চেনখৎলি। মহাক্না হাযগুম্মদনা এবোপ্লেন পাইথবকই ঙাইহাকতূদা।

নুপা অদু চাখোং মরুমদা ফমথখিবদা মঙাযবি, চীংদগী পাইথবকপা প্লেন অদু খুনযা নকশিল্লক্রবদা, ঐখোযনা উই বোবা মবি মঙা হূব্দ-হূব্দ লৈদুনা তাবকই। বোবাশিংদু প্লেনগী নুংশিৎনা চেন্দুনা পুই। লৈমাযদা তাবগা বোবাশিংদু হাংমৈকোকথোং ওল্লি, তাফমদগী ফনা লাপ্পা চেল্লগা লেপই। ঐখোয়না য়াক্লবা খোঞ্জেল অমা তাই, 'ইমা।'

ঐখোয পুন্নমক অকি-অখংনা থুক্মৎলবা খোল্লাও তাখিবা মাযগৈ অদোমদা হোৎচিল্লি। হৌজিক্তা ঐখোযবু চৈবম্বা শাফবা নুপাদু লৈমায়দা খপ চোংদুনা লৈবদু উই। সিফাই খবশু ঐখোযগা লোয়ননা নুপাদুদা কোয়শিন্দুনা য়েংই। ঐখোয পুন্নমক মাগী মতৌ উবদা ইপা পাখৎলি। মচিন মনাতোন্দগী ঙাংশং ঙাংনা ঈখেং হাদোবকই। উব্রা উদববা খঙদে মহাক মমিৎ অমুক্তং পাঙথোকলম্মী। অদুদগী মহাক ফদ্রাক তাখি। মহাক শিবা মাল্লি। ঐখোয নাক্তা লেপ্পা সিফাই অমনা হায় — 'বেচাবা, উসকা শাতি ফৎগযা।'

নুমিৎ খবগী মতুংদা ঐনা তাই — পাখংদুগী মমিং কমল কৌই। খুদক্তা মাগী হার্ত কাযদুনা শিবনি। মাগী শ্রদ্ধদা শেন্থং পিবকখি। কৈবোল লৈকায়গী মীনা য়াম্না নুংঙাইতনা শোন্নে।

চাক তোক্লগা ঙাইহাক ব্লাওবি-ব্লাওবি তৃমলুবদা ঐ মঙ অমা মঙই। স্নাইবেম্মনা লৈবিবা শঙ্গোয অদুগী নোচুপ্তা মাঙ্গোল মচা অমা লৈই। পোৎ-চৈ থন্নবা ইগী অপিকপা য়ুমনি। মাঙ্গোল অসিদা ঐনা লৈপাক্কী শল কয়া শাদুনা পরেং শানা

থমই। মহাক্না ইমুংগী থবক-ইনখাং শুরিঙৈদা ঐনা মফম অসিদা হেক হেক শাগ্রে। ঐগী মঙ অদুদা লৈপাক্লা শাবা শল অনী অশেংবা শল ওম্প্রেকলক্কুনা কন্না ব্লাইনখি। স্নাইবেম্মগা ঐগা চৈ অমমম পায়দুনা থামগে হোৎনৈ। খুবম চাহৌদবদগী মহাক নিংথেংননা তুখি লৈমায়দা মফি-মরোল মফম মরাং খঙদনা।

ফুক হৌগত্তুনা ঐ মাগী মনাক্তা চেন্নি। খোঙ্গুল তাদনা ঐ শল থমফমদা চংদুনা য়েংই। খুৎফম ইকায় কায়দনা ঐনা লৈপাক্কী শলশিংদু উই। মতম অসিদা লোন্ন-থুপ্ন মীনা ব্রা ঙাংনবগী মখোল ঐ তায়। ফক্লাং অহোবদা ঐনা লোন্না য়েংই। স্নাইবেম্মা লোংনা হিপ্তুনা লৈবদু উই। মশা ফবা পাখং অদুনা মপালগা কোন্নবা চাখোং পাম্বী অমসুং মাশা-মরেং মথক্তা লোংনা তাদুনা মফি-মরোল পক্তনা লৈরম্বগুম, স্নাইবেম্মগী য়াম্রবা মশম মোমপাক মথক্তা ইচাই চাইনা তাদুনা লৈবা ঐনা তশেং তশেং উই। মাগী মমিৎ অনী তরংদা য়েংদুনা লৈ। খুদৈ অরাংবা শেত্তুনা ঐখোয়গী ইমাঙদা লেপখিবা পাখং অদুগুম ঙৌশ্রোক ঙৌবা নুপা অমা লেংহরতা অঙাংবা অমা শেত্তুনা কাংথোল মনাক্তা লেপ্তুনা শেৎচিন্নগা স্নাইবেম্মা থানিন মপানলোমদা থোকখিবা উই। মহাক ফনেক অঙাংবা শেৎলি। শক্সুল থোক্লবা মাগী মশম নিংদুম মখা য়ৌই।

লৈপাক্কী শল য়েংনা য়েংনা ঐ মঙ অদু নীংশিংলকই। ফমুংদা তাদুনা লৈবা স্নাইবেম্মগী ফিবমদু অমুক উরকই। খোঙউপকী মখোলদগী নুপা অদু চৎখ্রে হায়বা ঐ খঙই। ঐনা থোরকপদা থানিন-সনা মাঙ্গোলদা লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঙৌনা চাউ-শাংলবা মাগী শাবাল-মূর্ত্তি নুংশাগী মঙালদা তঙাং তঙাং উই। ঐগী শক উবমক্তদা মহাক্না মশম থাদোক্লম্বদু পুনশিনখি। খুদক্তা ঐঙোন্দা হাইফেৎ য়েংলগা হংঙকই,

'ইবুংঙো, নংবু লাকপা কয়া কুইরবগে?'

মাগী ব্রাহংগী অর্থ ঐ খঙই। ঐনা খুমই,

'লাকপদা ঙায়রি সনাইবেম্মা!' ○

# শম্বল

নোংঙাল্লকপা মতমনি। উচেক-ব্লায়া মহুমদগী পাইথোক্করকপা হৌবদা মঙায়বি।

ঐনা পাম্লোইবীবু তুবেল মযাযদা ফমদুনা ঈরুজবা উই। তোর্বান্দগী ঈশিং চেল্লিবা তুবেল খোংনুং যৌনা কুমথবদা ফনা থাপ্পা উই, ঈশিং ঈচাওদা অকনবা ঈথক-ইবৈনা চাথোকখিদুনা অকুৎ-অতোং কয়া লৈ। মুশিন মুবা লাইথীনা মবোল মবোল লোন্নদুনা ঈচেলগী ফিবাল ওইবি। ঈকংথা ওইদুনা তুবেল অদু মযডাং উববসু, ঈশিংগী ঈচেলদি কন্না উই। অযুক্কী তনৌ তনৌবা মঙালদা ঐনা পাম্লোইবীবু মযেক শেংনা উই। অঙনবা মী-পোং কুপ্নদ্রিবা মতম ওইবনা ঈশিংদু তরু তরুই, থবোই মহিমুক লূই। পাম্লোম যাওদবা অঙৌবা ফুবিমচা অমতনি মহাক্কা লিংলিবা, ঈশিং মনুংদা ফমদুনা মশম থাদোক্কুনা লৈ। মাযাগী লাংদা থুদুনা ঐ হৌগত্তুনা চৎপা ঙমদে। ঐবু উবদা মহাক ইকাইবনা ইঙাও ঙাওই, ফদিনা খাওন ওনশিল্লগা মতুং ওপ্লোক্কুনা লৈবাযদা ফমদুনা লৈ। ঐনা মহাকপু লমলাপ্স চনু অমগুম উই। ধ্যান কাযববা বিশ্বামিত্রনা মেনেকাগী জগোযদা ঙাওবগুমই। যোৎচাবীনা যোৎকুপ চিংশিনবগুম ঐ মাগী মনাক্তা তপনা তপনা চংশিল্লি, খোঙথাংগী নাশোল ফংবদা তুডুং-মাঞ্জুংবগুম মাগী মশা থক-থক নিরুই। মতম অসিমক্তদা ঐ মিৎকপ খংথোক থোকই। ইমানা ঐবু হৌদোকল্লকই, 'হৌগৎলো হৌগৎলো নুপামচা। লাইবিক ঔবাইবা থেংঙ্গনি।' ঙাইহক্তি ঐ খোংগুল তাদে। ফমুংদা ফমদুনা লৈ। ঙকই, বদোমদগী লামশিল্লদুনা মঙলূবিবা মঙনো।

অযুক্কী পায়া চিকপা লোইদুনা ঐনা মায-মিৎ তাবা পৃথ্রী অচৌবদা চৎপদা পাম্লোইবী থোঙ্গ্রদা ফমদুনা ঈরুজবম্বা উই।ঐনা মাঙোন্দা হংই, 'পাম্লোই, কবিগীনো ঙসি অযুক ঙন্না ঈরুজবিবদি?' লৈবায়দা চেং-থোইদিং-লৈ লা-লাতোন অমদা হাপ্তুনা লৈবগু উই। ঐনা মখা শমথৈ, 'নংবু লাই খুরম্বা চৎকদবা লৈব্রা?' মহাক কবিমতা খুমক্তে।

অমসুং অতোপ্পা ব্লারীশিং/৮৬

ঐ মঙদুবুশু নীংশিংই। লাই-তিন্না চেল্লুবা মীনা ব্বা-লাল ঙাঙদবগুম মাগী মতৌ উবদা, ঐ ঙকই। ঐসু কোইতক তৌই। ঐনা মাঙ্গোলদা ফমদুনা লাইরিক তৌরিঙেদা, মহাক ঐগী ইনাক্তা ফমথবকই। মহাক্না ঐঙোন্দা মোমোন নোক্না হায়বকই, 'তা লাইঙমসে মমায় থকখ্রে। ঙসাই ঐনা নোকনিংবদি। ঙসি মৌনি লুপ্পা নুমিৎনি হায়বা খঙদমাল্লে।' মহাক চন্দন-চন্না তরং তরং থিল্লি, চিংহী-উতী লুদুনা মশম-মনা তনান তনান হাৎলি। নোকফেৎতা তৌবদা মাগী কুপ্পবা যাতোন পরেং উই। মাগী ফজবসে ঙসিদি মঙদগী হেন্দোক্লুনা তাইবংদসু উবে। লেখা বয অমা পাযদুনা ঐঙোন্দা মহাক্না হায়,

'অঙ্ক অসি খবা তাকপিয়ু। ঙসি স্কুলদা পুগদবনি।'

'মৌনিগী ব্বাদি ঐদি কাওথোকলুবে।মীনা ঙাং-শকপদি খুমদ্রেদো, ঙাওববা খল্লুরে।'

'নপংদি পংজবগা। চুন্না ঈকুজববু হৈ-লৈ য়াওব্রা?'

'কবি বব নিবগে? ঐনা খঙবা য়াবা জাৎলা?'

'হৈমা। মীগী পুক্লিংগী ব্বা পাক পাক হাযদোকপা যাব্রা?'

'চাউববনিনা পাম্বেইবীহোযদি পুক্লিংগী ব্বা-কাশু ফুমদুনা থম্না হৈববোইবে।'

মহাক ক্লাস টেন তমলি। ঐনা বি,এগী অবোইবা চহিনি। ঙসিদি হাইফেৎ হাইফেৎ ঐ মঙোন্দা যেংই; মহাকসু মফি-মরোল চেকশিল্লি। মাগা ঐগা য়ুমথংননা লৈমিন্নে। অযুক নুমদাংগী তোৎন-তিন্নদুনা লৈমিন্নবা মীশিংনা পুক্লিং-হকচাং ওল্লকপা পাক খঙদে। যুমগী নুপী অমসুং মাগী মপুরোইবা অনীদগী হেন্না নক্লবা তাইবংপান্দা অমা লৈতে। মশম লৈশাবিঙে, ধাকা ব্বায়-ব্বায় কক্লিঙেদগী লৌন-লৈনদুনা লৈমিন্নবকপনা শিবা ফাওবা তিন্নবা অনীগী চেৎখ্রবা মরীনি। নোংমা নোংমগী থোইদিং মক্ত অমনা শরুক চামা থোক্লগা শরুক অমগী পান্দমদা পুন্সি ময়েং তারকপা, হকচাংগী ফিবম হোংলকপা নুপা নুপী অনীনা উবা ঙমদে। হায়নৈ, মীনা মচাগী মশক য়েংলগা মপা মমানা মখোয় অহল ওইরে হায়বা খঙজৈ। পাম্বেইবীগা ঐগা চহি মবি খেন্নে — ইমাহোয়না ঙাংনবা নোংমা তাখি। পুন্সি হায়বসি অমরোমদা খল্লুরবদি যান্না শাংই। শন্না মফৈ অমমম চাউখৎলক্লুনা ঙসি পাম্বেইবী লৈশাবী শীংদা চল্লবিবনি, ঐসুনি নোংমদা পাখং ফাবা নত্তে। মা-ঐ ফি-রোল থৌশাদ্রিঙেদগী লোয়নদুনা লাকলিবনি।মহাক্না ঙসি মফি চেকশিনবা উবদা হৌপ্রবা মতমদা থোকখিবা থৌদোকশিং পরেং শানা উরকই। মীওইবগী পুন্সি

খোঙচৎপূ খংনুং নুংশিরকই।

পঙত্রবনিদা পাম্লেইবীসে অঙাং ওইবিঙেদা। নীংশিংলি, মিত্তা তবং তরং উরি। নোংমা মহাক্না অনা অমগা পৈশা অমগা পুদুনা লাক্লগা ঐখোয় ইমাদা পী, অদুগা হায়,

'ইনে, অনামা মতেক হায়বদো মতেক লৈত্রে, অনা অসিগা পৈশাসিগা ওইনা লৌরো। লীকলিসি ঐ য়াম্না পামই, লৈজরগে।'

ঐখোয বাজিগী হৈ শুন্নবা লৈরোং শাৎপা লীকলিগী শেম্পাক মচাদু পুদুনা মহাক হবাও হবাও চৎখি। বাজিগা ইমাগা নোক্নুনা লৈহৌই।

নোংমনা কমদৌই। কালেনগী নুংথিল পোবোপনি। নুংশাশু প্রোক প্রোক চাক্না শাই নুমিত্তু। ঐখোয়গী মাঙ্গোলদা ফমদুনা পাম্লেইবীগা ঐগা চুহি চফু কোত্নুনা চামিন্নে। মমৈদা চফু মনিংদা পকপা অমুক অমুক কোৎনৈ। চুহি যাওশিন্নক্লবদা ইবানী মুন্নবা হৌবকখি। চুন্না ঙাংনবম্বদগী, খোল কনখৎনবখি –

'ঐ অমুক কোৎকে।'

'নং য়াম্না কোৎলি।'

'খিৎতনিবা।'

'ঐগীদি কবিমতা পকত্রে।'

ঐখোযগী বাজি নুংথিল তুমগল্লি। মহাক্না তুমলিঙেদা মী লাংবা যাম্না শাওই। অহানবদা চুন্না চৈবা তাবম্মী। চুহি মুন্নবগী খোঞ্জেলনা ইশৈহনবগা দুহাবগা পবপ পবপ তান্নদুনা দৃঘ সুবদা ইশৈ অওক-অথোং তৌবকপা তাঞ্জাদুমক্তেদা, বাজিনা লাউবকই – 'থাংখ্রেমচা অনী লৈবম্মু ঙসি।' মহাক্না ফমুংদগী গ্রন্ড চোংথবকপা উবদা ইবানী প'খত্নুনা শমজী খাইদুনা খা-ব্লাং খঙদা চেল্লি। মহাক্না চফুমচা তাপ পাযদুনা লৈবকলোমদা মনিং তেকথোক্নুনা চেনখি, ঐনা মনিংলোমদা। শগোইদাক মবক্তা ঐনা উই, ইনেহোযগী যুমফম অনৌবা থোনগৎপা লৈতাংগই মথক্তা মহাক উপথুননা তুশিনখি। চফু পোপ লাওনা কায়বগী মখোল তাই। মদুদগী মহাক্ল চফু কাযবে হায়দুনা কপখিবনা নুমিৎ লৈথববা ক'ন্দা উচিন-নাচিন্না তোকখি।

পাম্লেইবীগা ঐগা পিকলিঙেদা নুমিদাং চাক থোংবা লোইদ্রিঙৈদা অয়াম্বা মতমদা লাইবিক ঔবাইমিন্নে, ঐখোযদা নৎত্রগা মখোয়দা। ময়েক চত্রিঙেদগী ঐনা মাগী মতেং পাংঙকই, হৌজিক্তি মহাক মৈতৈলোন ব্রং-ব্রং পাবা থোকলে। মহাক্তি নুংতিগী লাইবিক ঔবাইবদা উইদবা তুমদবা পঙনা য়াওদে। ইনদোম্রা মাবু নুংতিগী

চৈবী। ফক্তা তাদুনা ঈশিশিনা তৃমথোকখিবসু য়াওই। ইমানা নৎত্রগা ইন্দোন্না কৈথেলদগী লৈরকপা লালু, লেম্ফু, চিনিচফু, তল শামু ইবানী চামিন্নে। ক্লাস ফোরগী বৃত্তি পরিক্ষা মনুংনি। ঐনা ফক্তা কাম্থ্রা থাদুনা ইমুং লময়ায়দা তৃম্বদু নুংঙাইগদবা মান্দুনা মহাকসু য়াওই। তৃন্না তৃন্না মহাক চোইরোল লোল্লি। লাইরিক পাবম্বদগী ঐসু তৃমথোকলুরে। মঙদা পরিক্ষা তৌরম্মী, একলব্যগী ৱারী পাওতাক্কা কোন্ননা হংলম্মী। নোংঙাল্লগা চৈকোক অচংবা অমসুং হকশেল কাংলোলগী পরিক্ষা ফমগদৌরিবনি। কম্বীদা খিনবা মোমবতী তৃদুনা পাম্প্লেইবীনা খাংলিবা মোন অদু তেবা মনুংদা হন্দুনা মৈ চাকলম্মী। মাগী মশম চবুন অমা কেল্লকখি, ইবানী চংদুনা ইপা পাখৎনা মোন শেগায়বদু কাওদ্রি। লাংকপ লাংকপ অমুক উইরুরগা মিৎকপ থোরকপদা নোং ঙানদৌরমলে। মৈবমদা থৱানমিচাক অমা ঈঙান ঙান্না থোকলম্না ইবানীনা উরম্মী। তোর্চলাইত তৌনা মঙাল পুন্না শান্না চৎলি, শোরারেন্দগী মীনা মখুৎনা পাযদুনা কাপথবকপা মান্নি। ঐখোযগী মখা থংবা ৱাপলদা মঙালগী অরোইবা মশেক তাই। কাওদ্রি. পোইনু থানি। দাউদা ফমদুনা ইবানীনা য়েংই। কিরদুনা মহাক ঐঙোন্দা নপশিল্লকখি অমসুং ঐঙোন্দা হংখি,

'তা লাইঙম, শোবাবেন্দা মী লৈব্রা?'

'মী লৈদি হায়নদে, লাই লৈদি হাযনৈ।' ঐনা খুমখি।

'অদুদি, থৱানমিচাকসে লাইগী মমিৎলা?'

'মমিৎ নত্তেদো, থৱানমিচাক্কী মঙালনি।'

'মঙাল হায়বসি কবিনো?'

'মৈগী মঙাল উদ্রিববা? নুমিৎ থোক্লগা অমস্না মাঙখিদুনা পৃথিবী ঙাল্লিবসিনি।'

পরিক্ষা অদুদা একলব্যগী ৱাবী পাওতাক্কা পুন্না হংখি। ঐ ঙকখি – পুন্সিগী অথুপ্পা মশক অমা লৈ হায়বসি নুমিৎসিদগী থাজবা হৌখি। নুমিৎ অদু নীংশিংবা খুদিংগী অতিয়াদা লংনা থোকখিবা সংঙাইশেলবু মিত্তা হেক্তা উরকই। ঐঙোন্দা পিশক পিক্লা নপশিন্দুনা ফমখিবা পাম্প্লেইবী অমসুং মাগী ৱাখল অদুবু কাওবা ঙমদে।

হন্দক মরক পাম্প্লেইবী কেনা কেনা স্কুল কাবা উই। স্কুলদগী হল্লক্লগা সনাবুল লংনা ফেংদুনা তোটি ঈশিং শোকপা তোয়না চৎলি। নোংমা ইমান্নবা খরগা চৎথোকপদা মহাক্লা ঈশিং শোক্লবগা হল্লকপদা লম্বীদা থেংনৈ। ঐনা মাবু লাপলিঙেদগী উই। হঙ্গাম মপাল মচুগী ফনেক অমা শেৎলগা, সনা মচুগী মপাল

অশংবা চনবা ফি মতেক পাদ্রিৎ পাবা অমা ইল্লি। নুমদাংব়াইরমগী নোংজাবী থোকপা মতম ওইবগা মাগী ফজবা ঐ চপ চানা খঙলে। পিকতক তৌবা মমায়দো য়ৌনা রাশি লৈ। ইমান্নবশিংগী মিৎযেংশু মাঙোন্দা থমই। মরুপ অমনা ঐঙোন্দা হায,

'লাইঙম, নখোইগী পম্লোইবীসে ঐদি নহান মখৈ অসুক ফজৈ হাযবা খঙদে। শেৎতোক-চাথোকপনা পকচবিবা, ফজবা মীনা তৌথোবকপা পুন্নমক ইপক্তা পকচৈ হাযবদু অচুম্বনি।'

ঐ তুমিন্না চৎলি, খুমনিংলবশু খুমদে। অতোপ্পা মরুপ অমনা মহাকপু অমুক থাগৎলি,

'হোযনে, পাম্লোইবীগী শাবানসে ওম্লোক্লা ফজখ্রেদা। মাগী নাপদা খজিক্তং উত্তুনা থেৎখিবা নাচোমদু নখোয উহৈব্রা? নাচোমগী মপাল মাগী মাযথোংনা তাংবা নত্তে, মাগী মাযথোংগী মপাল নাচোম্না তাংজবনি।'

ইপা-ইপুগী লৈবাংগা খোইমুগগী প্রমাণসি ফজবা জাৎনি। অঙাং ওইবিঙেদা পাম্লোইবীগী মনাক্তা কনাশু লাকলমদে। হন্দক্তি মানা স্কুল কুম্মকপদা পাখং খবা ইন্নরকপা লেপ্তে। নুমদাংবাইবমদা ঐখোযগী খোংনাংখোংদা পাখং চাববা তোয়না উই। মণিহার ঐগা লুনা তিন্নবা মরুপনি, ক্লাসমেতনি। মহাক ঐখোয়দা লাকপদা ঐ হবাওরম্মী। চাক চামিন্নে, লাইবিক্কী মবমদা ব়াবী-ব়াতায় শামিন্নে। নোংমা ঐনা মাগী অরোনবা মিৎয়েং অমা উরুবা নুমিত্তগী মহাক লাকপদা ঐ পুক্লিংদা ব়াইচিনবা অমা ফাওরে। মহাক তোয়না তোয়নসু লাকলে — মতম চাদনা, মরম লৈতনা। মাগী মশক হেক উবদা কল্লক-খম্বলগী চৈনা অমা থম্মোয়দা ফাওই। য়োৎচাবীনা লৈবা মায়গৈদা য়েৎতুন্না কোয়তান তান্নবগুম মহাক্লা খোঙকাপ অমতং ঐগী কাদগী থাংদোকখিবদা মাগী মতুং ইন্নিংই — লোন্না ঐনা মাবু য়েংনিংবা পোকই। পাম্লোইবীদগী ইঙ্গিৎ অমসু ফংই, মণিহার লাক্রবদি মহাক য়াম্না হৈনিংনা উই — শুমাং-থেলোংদা কাতু কারল চৎলি।

কালেন ছুটি মনুংনি। পাম্লোইবীহোইগীদি স্কুল কাবা হাপ্তা হেন্নরিনি। মহাক মশা শুমদে হায়বা তায়, মশক-মশা উদবা নোংমা-নীনি ফারে। নুংথিলনি। মী-পোং হাঙবা তান্নকনি। টেবলদা ফমদুনা লাইরিক পারম্বদগী ফুক হৌগক্তুনা ঐ মহোয়গী ইমুংদা পরপ পরপ চংই। নিংঙোল কাদা, মাগী ফমুংদা ফিবম কায়না তুমদুনা লৈবা মাগী মশক উরুবদা ঐ তহা তহা থোরকই। মহাক পিকনিঙেদগী মপোপ-

মতাং ফৈ। মিনিট অমতনি ঐনা মাবু উরুবসি, অদুবু সনা অহিংবা মচুবু ঙমজরবী নিংঙোলনা মশাদা ফি থোংদনা ইশি শিনা তুমদুনা লৈবা থেংনবদা ঐ ইঙাও ঙাওই। ওইদবা পরেংবু অওইবা ওইনা শাগত্তুনা নুংশিৎ-নুংশা লাংবা পৃথিবীবু ঙাইহাক কাওথোকলুই।

মহাক ঐ চংলম্বগী শামিন ফংব্রা হায়না খল্লি। মিৎকপ খংথোক থোক্তুনা মহাক মফি শেৎচিন্নবা লাক্লহৌই। নুমিৎসিদগী হৌনা ইবান্নী ইকোই কোইনখি। মহৌশা কোন্না কৌন-ঙাংনরম্বা নোংমা নোংমগী ওই ওইনরকখি। ইনশাং অহাওবা অমতং থোংবদা পুকখম তেঙ্গোৎ থাংদুনা চান্নিরবম্বা হৌজিক তোকখ্রে। পাম্লেইবীগা ঐগা ফমমিন্দবা, ফাগী-জুগায় তৌনদবা মতম ফনা শাংলকলে।

ক্লাস সিক্স হেক কাবদগী ঐ শৈরেং মচা মচা ইবা হৌখি। স্কুলগী মেগাজিন্দা ফোংঙকপা উবদা নুংঙাইবনা ঐ শোরারেন খুৎনা লাম্বা ফংবগুম ফাওই। কদাইদগীনো নোংমদি ঐনা শৈরেং মচা অমা ইখি; মদু লোইরমলোইফাত্তনা বোই ময়ায়দা ফাক্তোক্তুনা টেবলদা উপশিল্লগা মনুংদা ঙাইহাক চংলুই। ঐনা হুন্নকপদা পাম্লোইবী ঐগী কাদগী মমায়-মমিৎ তথক তথক থোক্লকপা উই। শৈরেং অদু অসুন্না ই —

ঐগী পুন্সি লৈকোলদা শাৎলিবী
মংলানগী লৈরাং পাম্মুবী!
কয়াদা নক্লিবা নকাদা
অদুবু অমুকস্ কয়াদা লাপ্লিবা।
থম্মোয়গী চেনা খুদিংদা ইরিবা
নংগী কোলোয় নুংশিবী,
মুৎকনি হায়বা থাজদে
হৃন্দক্কী মপোক লাংঙোনগী।
চেক্লা মচা নুংশিবী!
নংনা পাইখ্রবা মতমদা
নংনা তোংলম্বা অক্লাসে
লৈহৌগনি খল্লুবদা ইহাং হাংনা
কপলি থবায়না নিংঙমদনা!

ঐনা মাবু কৌই, অদুবু রা অমতা হায়রমদনা মহাক মখোয়গী ইমুংদা হাথু হাথু

চংখি। ঐগী পুক্লিংদা চিংনবা অমা ফাওখি।

মেত্রিক পরিক্ষা লোইখ্রে। পাম্পোইবী থাজখ্রে। লুহোংবগী নুমিৎ লেপলে হায়বা ঐ তায় — ইঙেনগী তরানি পানবা। কাংলেন নুমিৎসু তাই ঙাংনৈ। খরা লাপলিঙৈদদি পুক্লিংসি খরা য়াংলমই। হয়েং মাগী লুহোংবা নুমিৎনি হায়বদুগী মমাংগী নুমদাংদা ঐ চৎথোলুবদগী য়ুমদা হঞ্জিল্লকই। মখোয়গী মাঙ্গোলদা থাওমৈ অঙানবা থানবা কোম্পোং হেক কানশিল্লকপদগী ঐনা উই। ঐ ব্লাখলনা লুমথরকই। হয়েংদগীদি পৃথিবীসি মরোন-মরাং ইতাক তাক্কদবগুম উরকই। তুমিন খম্ব্রাংনা লেপ্তুনা নৈরিবা য়ুমজাও অনীদু কনাগুম্বা লামলানবা অমগী মিৎয়েংদা উবগুম ঙসিদি ঐঙোন্দা নৈনিংবা পোক্তে। ফি হোংদোক্লগা ঐ হংচিক লাংদুনা ফক অমা থাদুনা লোংনা হিপ্তুনা লৈ। থব্লানমিচাক পুন্নমক ঙসিদি য়াম্না নকশিল্লকপগুম উই, চবাক-চবাক মওং-মবিল তাদনা অত্যাদা নপশিনবগুম তৌই। অহল-লমল চাক ঈশিং চানখিবা তাঞ্জানি। মতম অসিদা পাম্পোইবী ইমুংদগী থোরক্লুনা ঐগী ইনাক্তা তপ্না তপ্না লাক্লুনা লেপলৈ। ঐনা মঙোন্দা হায়,

'পাম্পোইবী, নং চাক চাদ্রিবরা?'

'চাদ্রি।' মহাক্না খুমই।

নুপীগী পুন্সি অসি ফনা নিংথিনা অব্রাবা অমনি। 'তা লাইঙম' হায়বা মহাক্কী মীকৌ অদু তোকখিবা কুইরে। অদুক নক্লনা পিশক পিক্লিঙৈদগী মাগা ঐগা থবো থরো ওন্দুনা তিন্নরকপা, ঙসি কয়া লাপথোক্লরবা! হায়নিংবা ব্রা খাকপা নৈতনা মাদি ঐঙোন্দা দোরো দোরো হায়ম্বনি। অদুবু ঙসিদি মহাক্না ঐবু কয়া কোইনা তৌরিবা! ঐগী ইনাক্তা নৈশিন্দুনা লৈবা উবদা ঐনা মাঙোন্দা হংই,

'নং ঐঙোন্দা করি হায়নিংবা লৈবগে?'

'ইনেনা ঐবু চাক চাও হায়। চামিন্নবা য়াগদ্রা?' মাগী নমহাই ওইনা ঙাংথোরকপা ব্রা তাবগা ঐ নুং থোক ওল্লি। ঐনা খুমই,

'করিগী য়াদনি। পাম্পোই, নংনা পাম্বা করিগুম্বা পোৎ অমতনি ঐসু নংনা লুহোংবসিদা পিনিংই। হায়য়ুদনা।'

'করি পীগদবা ব্রাৎলি হৌজিক? ঐঙোন্দা তাদনা পীদুনতা লাক্লবনি।'

'পম্পোই, পিশক পিকলিঙৈদগী নং ঐ নৈমিন্নরকপনিদো, পাক কাওবা ঙমগদবা মান্দে নংবু ঐনা।'

'ঐসু। নীংঙমদবা অমদি মপোক অসিগী নৈবা তারে।'

'করিগী নীংঙমদবা?'

ঙাইহাক ৱাখল তৌরবা মতুংদা, ইমুংলোমদা মমায় ওল্লগা চৎনা চৎনা মহাক্না হায়রকই,

'নংনা বোইদা ইবা শৈরেংদু পারে।'

'অদুবু নংনা ৱা ওইনা খল্লুরিবা।'

ঐনা নোকশিন্নে। ইকাইবোই করিবোই খুমই। মহাক্না খঙখিবা অদুগীসু নুংঙাইবা অমা পোকই। মহাক্না ইমুংদা হেক চংখিবগা জগৎ অসি মী-পোং তাদবা লৈঙোইগী লম্চাংগুম উরকই। ○

লোইরবা



